MANGGA TAIBANGGA
(a collection of Manipuri Short Stories)
by Lamabam Gojendra; 1996)



অহানবা ফোঙবা ঃ সেপ্তেম্বর, ১৯৯৬

মশীং ঃ ১,০০০

ফংফম থোকপা ঃ অইবা

অফোঙবা ঃ রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগীদমক
লমাবম ওংবী ভিক্টোরিয়ানা ফোঙবা

মখুম ঃ বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

মমল ঃ লুপা ৩৫

নম্ফম ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ)
পাউনা বাজার, ইম্ফাল

---

অইবগী ফোঙখ্রবা ঃ মখোং শোম্বীদ্রবা লৈ (বারীমচা, ১৯৬৯)

মরাল লৈজদবা তমথিবা মীহাত্তা
লৈখিদ্রবশিংগী মফমদা

# বাহৈ খরদং

স্কুল তল্লিঙৈ ইঙাও ঙাওনা ইখিবা বারী মচাগী লাইরিক অমা চহী ২৭ কী মমাঙ ১৯৬৯ ইংদা ফোঙখি। অদুদগী মখা তানা অদুম ফোঙখিদ্রে। মসিগী মরম য়ামখ্রে। মরম ময়ামদুগী মনুংদা সাহিত্যগী লম্বীদা সুম চঙশিল্লুরগা অকিবা ফাওরকখিবা, অপাম্বা লম য়াম্বদগী থবক মফাং মফাংখিবা অসিনসু লাইরিক ফোঙনিংবগী নেশা মাঙহনখিবগী মরম অমনি। অদুবু পুন্সিগী থেংনরকপা থৌদোক, পুক্নীংদা ফাওরকপা ময়াম অদুবুদি থিংবা ঙমদবনা মরক মরক্তা সুম খোৎচিনখি। মচেৎ মকায় ওইদুনা লোইশিনবা ঙমদনা লৈখিবা কয়াসু য়াওখি। মদু পূন্নমক্তু চোইখোম খোম্নগা পুন্সিন্দুনা লাইরিক অসি ময়ামদা লাম্বোকচরি। ঐঙোন্দা লাইরিক ফোঙননবা দন্দি তাহনখিবসি লমাবম বীরমণিনি। নমদুনা ঐবু রাইটরস ফোরম য়াওহনখি, লাইরিক ফোঙননবা কন্না তকশিল্লকখি। অদুবু লাইবক থিবদি লাইরিক ফোঙলমদাই মতাং অসি ঐঙোন্দা মাথা য়াম্না শাবা, বাখল লৈতাফম খঙদবা তাঞ্জা অমা ওইখি। অকক্নবা মতমগী মনুংদা ফোঙদবা য়াদবনা অক্নবা ওইরক্লবদা ঐবু পুক্নীং থৌগৎপিদুনতা লাকখিবা, য়ুমলেম্বম ইবোমচা অমসুং শরতচান্দ থিয়ামনা প্রুফ রিদিং অদুগা য়েংশিনবীবগী অরাম্বা দায়িত্ব লৌবীদুনা লাইরিক অসি পুথোকপা ঙম্বনি। মখুম য়েকপিবতা নত্তনা বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেমনসু মতেং কয়া পাঙবিখি। মখোয় পূন্নমক্কী মফমদা লমন তোল্লবনি। মখোয়বু থাগৎচরি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা 'খুদোলপোৎ' অমসুং 'মঙালাক্নরিবা পুন্সি' অসি 'সাহিত্যগী পাউ' অমসুং 'বাখল' চেফোঙদা হাপখ্রবনি। অদুগা 'অমম্বদা তিনখ্রবা মঙাল' হায়বসিনা ১৯৭১ ইংদা মণিপুর কলেজগী মেগাজিনদা হাপখিবা 'খাংঙুথক্কী শিঙ্গারৈ' হায়বদু খরা শেমদোক্লগা ইথোকখিবনি। লাইরিক অসি ফোঙননবা থাগৎপা মতমদা 'খুদোলপোৎ' হায়না থাগৎখি। মমিং অমুক ওনবগী অয়াবা পীবিবগীদমক রাইটরস ফোরমগী থৌপুরিবশিংবু থাগৎচরি। থোইদোকনা পন্দবা য়াদবা অমদি, হাথু হাথুবা মওং দা পীশিনখিবদগী মওং মরীন নাইখিদ্রবা স্ক্রপ্টপু মপুক তপ্পা য়ুমগী নুপীগুম, শাউবা তৌদনা অৱাবা কয়া মায়োক্নদুনা নম্বীখিবা পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ) গী ইচিন-ইনাওশিংনা মায়পুনবা থৌদাং লৌবীরমদ্রবদি লাইরিক অসি মতম চানা থোকপা ঙম্নম্লোই। মখোয়গী লমন তোল্লবনি। থম্মোয় শেংনা মখোয়বু থাগৎচৈ। লাইরিকসি ওইনবা হোৎনবদা তেংবাংবিখিবা পূন্নমকপু অমদি ফোঙবগী দায়িত্ব লৌবীরিবা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালবু হন্না হন্না থাগৎচরি।

ইম্ফাল,

আগষ্ট, ২৬, ১৯৯৬

লমাবম গোজেন্দ্র

# ফোরমগী মায়কৈদগী

খৃঃ চহী ১৯৮৮ দগী হৌদুনা রাইটর্স ফোরম্না হৌজিক ফাওবদা মণিপুরী অইবা/অইবী ৪১ গী লাইবিক ৪১ ফোঙদোকখ্রে। লোয়ননা চৎলিবা চহীসিদা ফোরম মশাগী ওইজবা "মণিপুরী সোর্ট স্তোরিজ" অহানবা ভোলুম (ইংলিশ লোন্দা হন্দোক্লুনা ফোঙবা) লাইবিক অসিগা থানা পুন্না লাইরিক ৪২ মীযামগী খুত্তা শিন্নজখ্রে। হন্দক পুথোকচবিবা শ্রীলমাবম গোজেন্দ্রগী রাবীমচাগী লাইবিক 'মঙগা তাইবংগা' অসিনা ফোরমগী ৪৩ শুবা খুদোলনি।

সাহিত্যগী মগুন লৈবা লাইরিক ফোঙদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা হাপচিন্নবা অমুসং অইবা মশানা লাইরিক ফোঙজবদা থেংনরিবা খুদোংচাদবা কয়া কোক্লবা হোৎনবনা অইবশিংগী মরুপ অসিগী মপুং ওইবা পান্দম্নি। শেন্দোং তানবগী বাখল লৈজদে, অইবা মশেল খূৎশম্নদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পোথোক পুথোকমিন্নবনি।

মরুপ অসিগী ৪৩ শুবা লাইবিক অসি মীযামগী খুত্তা হবাও তযান্না শিন্নজবি।

বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম
জেনেরেল সেক্রেটরী
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

ইম্ফাল
২৮ আগষ্ট, ১৯৯৬

# য়াওরিবশিং

# খূদোলপোৎ

নুমিদাং থেঙজল্লক্লবদুদদি লাঙলম্বা পূন্নমক ইচীক চীকখ্রে। থেঙনা হোঙলবসু, চহী লৈশীন্নববসু মতিক চানবগা হোঙবা লুহোংবনিনা লৈবাক কূম্মে ওইনা চাউনা হোঙবা হাযবদুদি ওইবে। প্রোফেসাব মণিবাবু অমসুং ইবেতোম্বী দেবী অনীগী পুন্সি লৈপুন মীনা চীরু-চাযনবা ঙমখিদে। ফনা কুইনা ৱাবীনবগদবা লুহোংবা অমনি। লাইবিক লাইশুদা থৱায যাওজবনা নুংশি নুংওনগী লম্বীদা খোঙদাজবক্তবা ইবেতোম্বীগী ফিদমগী মশক ওইববা হেক পামজবা বব হায়বদুমক থোকচখি। অহল-লমন হায়ন-শীংনবনি। ঈংই তপ্নি হাযনবা, য়ুনিভর্সিটিগী প্রোফেসার অমবু মহাক্কী নাউথি শাজফম ওইনা ফংলবদা মহাক্কী করি অমুক ৱাৎখিগনি হায়না খঞ্জে। ইবেতোম্বীগী মপূক্লীংদা। বর কন্যা অনীগী মরূপ মপাংগী খুদোলপোৎতনা কা অমদি পিক থনবগুম তৌবে। তনৌরবী খুৎশা অদুনা লাঙতক্লরিবা থম্মোয়গী ঈছল মযামদু নমথজবা ওইনা খূদোলপোৎশিং অদু ফাকপা

হৌরকই। খূদোল তম্লক্লিবা ময়াম্বুসু মথং মথং নীংশিঙজরকই। বেনারসতা এম,এ, তম্লিঙৈগী মাগী রুম-মেট অরুনিমা দিলজনগী খূদোলপোৎ অদু উরকপদা মপান্দা লৈখিবা পুস্নিগী শরুক খরদু থিংবা ঙমদনা মীৎমাঙদা চেনশিল্লকখি।

— দিদি নহাক্কী লুহোংবদা পাউ তাক্লক্তবা য়াদেকো। ঐ শোয়দনা লাক্কদৌরিবনি। নখোয়গী মণিপুরদো নহাক্কী লুহোংবদা কোয়বা লাক্কদৌরিবনি।

— ঐগা নঙগবু কনানা হানগদৌরিবনো অঙাওবী। ঐদি পাক লুহোংলোইদা। তান চাদ্রগা হোঙদবসু য়াই। ঐগী ইনাওশিং শেমগদবা য়াম্না লৈরি।

— ঐনা হাল্লবসু ঐগী নুপাগা লোয়ননা লাক্কদৌরিবনি। ঐগীসু শোয়দনা তাক্লক্কনি। দিদি লাক্তবা য়ারোই।

— হোয়নে, হোয়নে। করিগী লাক্তনি। লাকসু ঙায়দনা। ঐগীদবু তম্বা ঙমদে হায়বগী ৱানি।

— অদো দিদি নহাক লভ মেরিয়েজগা এনগেজমেন্টগা করম্বনা পাম্মি?

— হুঁ, ঐগীদি এনগেজমেন্ট হায়সি ঙায়দনা। ঐদি লম্বোইবীনে। নুংশিনবা হায়বদু পুস্নিগী খঙলক্ত্রি। খঙবসু পামদে। তৌবদবু ঐগী বর অদু মতমগী ইরাং য়াওদবা অচম্বা মী পাম্মী। ওজা ওইবগুম্বা।

— ওঃ ফরে ফরে অদুদি ঐ বর পীরগে দিদিগী নীঙবদো লেপ্নমক থুংজরো।

— হোয়নে থুংজরগেনে। নঙসু নঙগী অপাম্বা বরদু হেক ফংবা ওইজবো। অঙাওবীসিদি . . . .।

অদুগা মবানী থৱায় তানা নোকমিন্নখি। খল্লকই — চীঙ্খিবীদো ঙসিদি মহাক্কী বরদু লেম্না মাঙদ্রে তাবদা কয়াদা হরাওজরমগদবা। . . . .

প্রোফেসার মণিবাবু তপ্না চঙলক্তুনা মাগী নাক্তা ফমথরকই। অদুগা মাগী তনৌরবী খূৎশাশিংদু পায়শিন্দুনা হংলকই,

— করি খল্লিবনো?

স্বাই লাউই। থম্মোয়গী মিছল দং দং চোংলকই। করি পাউখুম পীগনি। ঙাইহাক ঙকচাননা তুমিন্না অদুম লৈ। অমুকসু হংলকই,

— কনাবু নীংশিঙলিবনো?

মপূরুীংদা খল্লকই 'ভাব অমা চৎখিদৌরেনা সিদি' তপ্না খোঞ্জেল নীক্কা খুমলুই,

— খুদোলপোৎশিং অসি য়েংলুবদা মরূপ মপাঙশিং - ইমান্নবীশিংদো নীং-শিঙলকপনি।

পাউখুমদুনা ৱাহংদু লোইশিল্লদবোই খল্লুই। অদুবু লোইখিদে, মখা তারকখি,

— মরূপ মপাঙ হায়দি কনাগুম্বা নিঙবা কায়হৌবা মীকা?

তৌরিবা মতৌদুদা ইবেতোম্বী নোক্লীংবদুম ফাওরকই। খল্লকই 'কমদৌনি তৌরিসিদি, অঙাং মানখ্রেদকো। পুক্লীং থৌরিবা হায়দু ওইরমানে, খুমলুই,

— ইমান্নবীগী ৱানে। ঐগীদি কনাগুম্বকা অমতা লৈজদে। অহানবা কনাগুম্বা হায়ববু অদোম্নে।

— মণিপুরদা নৎত্রবস্ মপান্দকাদি?

শকফম কায়দনা ইংনা তকথরকই প্রোফেসারসু। 'হায়মা কবিনিগে' সিদি ওজাগী হৌনবীবো অসুক যাম্না কোথরিসিবো? অহানবা উন্নবগী পুক্লিং চমথোক্লবগী ৱাহৌদোক হায়বদুরা — ফবে অদুদ ঐসু কোচি থাংনা হেক খুমলগা লোইরে' অসি খল্লদুনা শেম শাদুনা খুমখি,

— তশেংবনি ঐগীদি কনামতা লৈজদে। অদোমগীদুম কনাগুম্বী নীঙবা কাযহৌবীকা?

— ঈ। ঐঙোন্দা অমুক ওনশল্লকএনা সিদি। ৱা ঙাঙববু য়াম্না হৈবম্মিনে। ঐদি তুমিন অঙাওবী ওইববোই নীঙলুরে।

— তু থাজদ্রগা য়েংবিয়ুসে বেনারসতগী, এম,এ, তম্লিঙেদা ঐগা রুম মেট ওইখিবী অমনা থাবকপনি।

— ও! য়াম ফজেনা সিদি। হুঁ অদুবু মরকসিদা কনাগুম্বগী খুদোলপোৎসু শোযদনা য়াওরমগনি। আদগী য়াম্না চাউবা পেকেট অসি শোযদনা ওইবমদৌ মাল্লি।

— য়াম্না থাজবিদ্রগা হেক্তা য়েংসি কৈদৌবগে?

মপুক্লীং থৌরিবনি খঙনা খঙনা ইবেতোম্বী মথম্মোয নৌথরকই। অচৌবা পেকেটতু লামদুনা লৌশল্লুই। অদুগা মাঙদা থম্মি। প্রোফেসারনা মতৌদু নোকমি নোকমি য়েংলি। পেকেটতু হাংদোকপা হৌই। মরোল মরোল চে ফনা য়াম্না য়োম্লম্মি।

— হুঁ শোয়ররোইবো মসিদি। কিবু কিশিল্লকএকো কনাগুম্বদুগী মখুৎ অককপকা ওইরমদনা।

প্রোফেসারনা হায়রিবদুগী ওন্ন-তৈনবদা ইবেতোম্বীদু করি নীংশিঙনুরবনো খঙদে নোকফেৎ তৌনা হায়রকই,

— ঐদি মসিদি কনানোমনা এপ্রিল ফুল তৌবদুম মানশিল্লকএ।

— অদুম্মায়না হায়রগা য়েংবা তোক্কদৌ নত্তে। লোইবফাওবদদি য়েংখিসি।

— য়াইনে য়েংবিয়ুনে।

মথং মথং হাংদোকই। ফিনা য়োম্বা পোৎশক অমা য়াওরি। মথক্তুদা চে অমদা ময়েক লানা ইরি —। 'ওজাগী নুংঙাইরবা নুমিৎ অসিদা মতিক চাপ্রবা খূদোলপোৎ অসি পীজরি লৎনদনা লৌবিয়ু।' ইবেতোম্বীনা মদু উবদগী হায়রকই,

— মসিদি ঐগী নৎত্রে অদোমগীনি। কনাগুম্বীদগী ওইবা য়াই। য়েংসি করি খূদোলপোৎনো।

ফি অদু শৎ হাইদোক্লুবদা ইবেতোম্বী খংপ্রেক খংই। থা শুদ্রিবা পূকনুংগী অশিবা অঙাং অমা। পাখৎনা ইবেতোম্বী মমায় খুমজিন্দুনা খাঙলি। ইবেতোম্বীনা মমায় হাংদোরকপদা প্রোফেসারসু অশিবা অঙাং য়াওবা পেকেটতুসু লৈরমদ্রে। ◆

১৯৯২

# মঙলাক্লরিবা পুন্সি

'মসিবু থাজনিঙঙাই ওইরিবরা? নত্তে, শুকথা থাজবা ঙমদে। মখোযনা নমদুনা পানশিনখিবা কৈ মকোকনি। ঐ খঙই। ঐগী ইচাবু মশক মুন্না খঙই। অদুক কুইনা শেংপা চাবা মনীঙ থুংদনা লৈবকপদু চেক মোক লাউখিদে। ঐনা কৈথেল কুম্লকপা খূদীংগী মমা ঐবু ওক্কুনা লৈরম্লিবিনি। ঐঙোন্দা ৱা ফাওবা কন্না ঙাউজবা ঙম্বা নত্তে। মপা লৈখিদ্রবা মতুংদগী মনাওশিংবু যেংশিনবতা নত্তনা মমা ঐগী ইতেং ঙম্বমখৈ পাংজদুনা লাক্লিবা ইচানি। মাগী কলেজ তম্বগী খরচ মশানা পুবা ঙম্নবা হোৎনজবক্লিবনি। অদুগবু ইচাবু কৈ ওম্লম্মে অদুনা হাৎতোকলে হায়দুনা ইবায় হেক লায়না পুবক্লিবা। মীনম্বা ৱানি। ওইদবনি। ঙম্মি হায়দুনা মখোয়না হাত্তোক্লগা কৈ মকোক নমদুনা পানশিনবিবনি। অদুবু ঐনা ৱাকৎকদবসি কনাদনো . . .? তাবিনবা লৈরফাওবদা ৱাকৎলুবগী করি কান্নখিগদগে। অমুক হন্লক্লরোই ইচাদো অমুক উররোই।'

মঙগা ভাইবংশা

খাঙঙমদনা পি মবীক মবীক শীষ্ণরকই ইবেমনুংশি।

— ইমাগী কোবীগা হঙ্গামগসিবু কয়া কযানো?

খংপ্রেক খংই। নীংশিঙলকই মহাক কৈথেল ফল্লিবনি। হোবেল মচাশিংগী চান-থক্লবা লৈবগা পুগদৌবিবনি। অদুবু পোৎ লৈবা লাকইবা পাখং মচা অদু উবদা লৈখিদ্রবা মচাবু নীংশিঙলক্তুনা অমুক্কা হেন্না নুংহিক্লবকই। খল্লকই, লেম্নবু পীথোকখ্রসিবা। অদুবু মদুগী থৌনাসু লৈবা ঙমদে। লুপা মঙাদগী তাবদা মহুৎ মাঙ্গদৌবিবনি। পাখংমচাদুগী শেৎলি-চাবিবদু উবদা খঙলে। লাইববগী চৈথেংনা যেববা অমনি। মহাক্কী শেন্দোংগী ৰাফম খল্লক্তে।

— লুপা মঙাখক হেক পীবম্মু ইবুংঙো।

অতৈদা মমল সুম হংলুবদগী মফমদুদনা ইহোঙ হোঙলবগুম লুপা মঙাদু পীবল্লগা হবাও হবাও চৎখিবি পাখং মচাদু।

ইমা হন্দক বি, এ পবিক্ষাসি থাদোক্লমলগা ঐ চাংদা মতম খবা লৈবগে। মচানা অদুম্না হায়বক্কনি হাযবা থাজকুদে। চাববসু চান্দ্রবস্ অবা-অনা, লৈত-লাইব তাথোক তাশিন তৌমিন্নবিবা মচানীপানা হাং বক্লিবা ৰাদু ইবেমনুংশিগী মফমদদি তাশোন্না থিনবগুম্বনি। যানিঙদে হাযবা খঙহন্নিংবগুম তুমিন্না লৈ পাউখুম অমতা পীদনা। ইমানা যাদ্রগবুদি ঐনা নমদুনা চৎপা ঙমগদবা লৈতে। ঐসু যুম থাদোক্লীংবা নত্তে। ফেবোইজম তা-তোম্বীনা চাংগী লন্নাই স্কুল অমদা ওঝা ওইনবা হাযনবীগে হায। অদা সুম খল্লুবনি।

ইবেমনুংশি মচাগী পূক্নীং চপ চানা খঙই। সুম লৈবিবা ফিভমসিনদি ওইবা যাদবনিনা খজিক্তুং ওইববসু যুমগী মতেং ওইনগদ্রা খনবদগী হায়নক্লিবা ৰানি। যাবোই খঙলবদুদি মখা অমুক তাবখিদ্রে মচানীপা ইবোহল।

— নুংশি চৎখিবোইদ্রনে নঙবো? চৎলসি লোইশিল্লো থেঙখ্রনি। মতম ফত্ত্রে। খবা ঙম্না কুমসি।

মচাবু নীংশিঙলুবগী মঙ অদু অমুক মাঙখ্রে। যান্না চুম্মি। মতম ফত্ত্রে। পূক্নীং লৈতানিঙঙাই লৈতবা মতম্নি। অদুবু লাইববী লুখ্রাবী মহাক্কী মচাবু মথানুংদগী শেৎখিবগী মৈচাক অদু পোৎফম ফম্মিল্লিববী মহাক্তি নীংশিঙদ্রমাম্লে।

— হোয লোইশিনজবগে ইচে।

শিংহৌদবা মনা-মশীংশিংদু লোইশিল্লগা মকোক্তা থোঙ্গত্তুনা ময়ুম পাংলকই।

লম্বীদা পোৎলোয়বা অমা থেংনরকই। মেত্রিক পাস তৌজবতা ওায়রিবা মমা মপা লৈজদ্রবা মবোক হনুবী অমনা য়াম্না ৱানা য়োকচবা পাখং মচা অমা শিবগীনি। শিবগী মরম হংলুবদনি মহাক্কী থম্মোয় হায়ফম খঙদনা মৈরি ফাংনা চাকখৎলকখিবদু। মাগী মচানুপানা শিখিবদুগা চপ মান্নে। কৈ মকোক পাল্লম্বগীনি। মমীত্তা উরকই কৈ মকোক পানশিনবিরবা পাখং কয়াগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংনা তাদুনা লৈবদু। মখোয়দুনা মকোক্তা নত্তনা মশা পূম্বা কৈ ওল্লদুনা হিঙ্গংলকপগুম উরকই।

— য়েংঙুনে নুংশি। মবোক হনুবী অসিগী মতৌ অসি য়েংববু ঙমদ্রেদা।

তারকই মবোক হনুবীদুনা তেংথারিবদু .. 'ইবুংঙো অবোক্কী ইবুংঙো নুংশিবা . . . নবোক ঐবু হন্দোক্লম্লগা কদায়দনো নঙনা চৎলিবা . . .।'

ইবেমনুংশি নাকোং মেনশিল্লি। তাবা ঙম্নক্তে। চরাঙনবা ৱাখল ময়ামগী মরক্তা মঙওই হা-ওই খোঙথাং লেপ্তুনা থাংলক্তুনা ময়ুম য়ৌরকই। মচা অনীনা 'ইমা। ইমা।' হায়না চেম্থোরকপদুতদা জ্ঞান তারকই।

নুমিদাং। মচা অনীনা তুমগ্রবা মতুংদুদা ৱাখলগী নোংলৈদু অমুক হঞ্জল্লকই। . . .'ইমা ঐখোয়গী ইবমদম অসে মতম খবগী মতুংদদি ঐখোয়গীনি হায়বা ঙম্লক্লরোই। মীশিং য়ামজদ্রবা ঐখোয়গী মশীং অসুম অসুম হঙ্করক্তুনা . .' নোংমৈ মখোল নত্ত্রগা বোম পোকখাযবগী মখোলগুম্বা অমনা নুংশিগী ৱাখলবু ঙাইহাক চিংথোক্লুই। . .'ঐখোয় অসি লৈবম্মি হায়দুনা ৱারীনবখক নত্তনা মালেমসিদগী খোঙ্গুল মুৎখিবসু য়াই।' ৱাহৈশিং অসি মচাদা নত্তনা কৈ মকোক পাল্লিবা অশিবা পাখং, থোৎ নৌরবী লৈশাবী কয়াদুনা হায়রকপগুম তৌই। মখোয় ময়ামদুনা করি করিনো থম্মোয় শোক্লা লাউরি।

মহাকসু অঙাওবীগুম খোঞ্জেল থোক্লা লাউরুরমান্নে — মচা অনীনা 'ইমা কৈদৌরে?' হায়দুনা কন্না মশা নোমদুনা কৌরকই। মচা অনীবু মুন্না য়েংলগা মথানুংদা চেজেৎনা কোনশিঞ্জে। মঙ-হাগুল্লবা ৱাখল ময়ামদু কাউথোক্লবা লাক্লরকই। 'হয়েং ঙত্তা পোৎ তিকপা চৎকদৌরিবনি ঙাইহাক্তুং তুমহৌদবা য়াদে।' হায়না খল্লদুনা তুম্বা থেমলকই। ◆

১৯৯৩

# আশা

পূক্লীংসি লৈতাফম ইখঙ খঙদে। পাটনাগী 'পোপুলর নর্সিং হোম'সিদা শরূগী অরুবা অনাবা অমগী ওপরেসন তৌবা লোইদুনা লৈরক্লিবসি থা অনী হায়রক্লে। ওপরেসন লোইশ্রবা মতুংদা থা তরুক হিপ্লুনা লৈখিগদবনি। হৌগৎতুনা চৎপা য়াখিরোই হায়রি। থা অনী কা মনুংদা লেল্লক্লবা মতুংসিদা ত্রোলিদা হিপ্লগা কাদগী মপানফাওবদি থোকপা য়াহল্লে। ফক্লাং মরিদগী হেন্না উবা ফংলমদবদগী অতিয়া, উচেক অমসুং উ-বা ফাওবদং উবা ফংলক্লবা মতমদুদা লাক্কদবা পুল্সিগী রাফম কাউথোক্লগা কয়াগী মতিক নুং ঙাইখিবা। পূক্লীংদা চিংশিঞ্জখি — ইম্ফাল, চীংনা কোয়শিল্লবা ইরমদম মণিপুর। মরূপ মপাঙ কয়া . . .। হৌশ্রবা বারীশিংনা ইমাঙদা চেনশিল্লক্লুনা ঐবু নীংশিঙবগী সংসারদা মীৎকূপ কয়া তাউহন্দুনা লৈহনখি . . .।

ঙসিসু — ত্রোলি মথক্তা হিপ্লুনা থার্দফ্লোরগী কোরিদোর অসিদা মঙ কয়া মঙলি।

অমুকসু খল্লি — য়ুমগী মীওইশিং, মরূপ মপাঙশিং কয়া উন্নবা ফংদনা ঐবু মীরমসিদা অসুম . . .। (ডাক্তরনদি ফরবনি হায়। অদুবু ইশানদি ইথা থাজবা ঙমদ্রি।) মসি হেক খল্লুবদা পাঙদ্রবা কপচেৎকনবা নীপাগুম মীৎতগী পি তত্তনা শীঙ্করকখি। কৈদৌঙেনো অমুক্তং ঐনা খোঙনা লৈবাক্তা থাদুনা চৎপা ঙন্নক্কদৌবা . . .! 'হে, ইমা লৈবাক নুংশিবী নতম্পাক্তা অমুক্তদি চেন-চোংদুনা শান্নজরখিগেকো।' মীৎ উইশিন্দুনা ইমা লৈবাকপু পুক্নীংদা চেৎনা থাগোঞ্জরকই। খঙহৌদে মীৎকী পিসু থিংবা ঙমহৌদনা মরী মরী শীঙ্করকখি।

— করি তৌরে? করিগী কপলিবনো?

হিন্দী লোন্দনি। মেঙলবা খোঞ্জেল অদুগা লোয়ননা থোৎলবী তনৌরবী খুৎশা অদুনা ঐগী মীৎতগী চেঙ্খবক্লিবা পি অদুসু তৈথোকপিবগুম তৌখি। মানি। মহাকনি। নুমিৎ খরনিগী মমাঙদগী লাকখিবী ঐগী কা পরেংদা কা অমখক্তং কাল্লগা রুম নম্বর ৪৩ দা লৈবী নুপী অদুনি। মশক মতৌ ফজে। ময়াঙদি খরা কংই। মপুং ফাববী লৈশাবীনি। অনাবগী সেবারী ওইনা লাকপা ওইরমানে। অনাবা — অনাবগী মীশিং তোঙান তোঙানবা লমদগী লাক্নবা ওইববসু জাৎ-ধৰ্ম্ম তিন্নদ্রবসু ইনুংদা নুংশিনৈ। তোঙানবা তাইবংপান অমদা পুল্লপ থেংনরবগুম্বনি। মহাক্কী নোকমি নোকমিবা মঙাল লৈবা মায়থোং অদু উবদা ঙাওরোইদবা কনাসু লৈতে। ঐসু মীৎকুপ খরদি মহাকপু উবদা শুন্দাৎখিবগুম তৌই। মীৎকা মীৎকা য়ারী শানবগুম তৌথ্রগসু অসুন্না ইনাক্তা চঙলক্তুনা মীৎকী পি তৈথোকপিরগনি হায়বসিদি মঙদফাওবা খল্লুদে। ঐগী য়াখললরা? মঙ মঙলিবা হায়বদুরা? মীৎ পাঙথোক্লুই, মঙ নত্তে অশেংবনি। মহাক ইনাক্তা লেপলি। নোকমি নোকমি অমুক্কসু হায়রকই, ( হিন্দীদনি।) - করিগী কপলিবনো? নুপীসু নত্তনা নুপানবু অদুক থম্মোয় শোনবা হৌনবরা?

ঙাইহাক্তংদি ঙকচানখি। করিনো ঐনা খুমগদবসি। অনাবা ওইরবসু মাগী য়াহংদুদা ইকাইখিদবদি নত্তে। শেম-শাদুনা খুমলুই,

— অনাবগী অয়াবদি অনাবতনা খঙগদবনি। শিবা কিবগী কল্লা নত্তে। য়ুম নীং শিঙলক্তুনা তৌবনি।

— থা অনী-অহুমখক্তং খাঙলগা য়ুমদা চৎলগাদবনি। অদুক ঙাইঙমদ্রিবা করিগীনো? নহাক্কী অনাবদি ফরবনি। শরূগী অনাবনিনা হিল-অপ তৌবা ঙাইবগী মতম

খরদং হিপ্তুনা লৈতবা য়াদবতনি।

— এ! নঙদি করম্না খঙলিবা? য়াম্না মুন্না খঙলম্মিনা'!

— সিষ্টর উমানা হায়বদগী খঙবনি। অদুদসু নত্তে, নহাক য়াম্না কপচেনকনবনি হায়বসু খঙলে।

অসি হায়রগা মহাক থব্রায় তানা নোকথোরকই। ঐ ইকাই নুংশি য়াম্নরকই। ঐবু কপচেনকনবা তাগ্রবা। থা তরুক চুপ্পা অসুম হিপ্তুনা লৈবা হৌগৎতুনা চৎপা যাদবা হায়বসিগী অব্রাবা অদো মখোয় খঙদ্রে। য়ূমদা তুমিন্না শুংজিন্দুনা লৈবা হৈনদবা চৎতুনতা লৈনিঙখিবা ঐগী মওংদু খঙদবনিনা কয়াদা লায়না হায়রিবা। সিষ্টর উমা, খঙনিদনা মা। মীঙোন্দসু অমুক পাউথোকপিরিবোইরে। মঙোন্দা ব্রা শুকঙাঙ ঙাঙলবোই। ঐবু খরা লুনা তৌবিবা নর্সনি হাযদুনা ঐনা খরা কোমথোকপা, লন্নাই ব্রারী খরা শাদোকপসিদা মা ঐবু য়াম্না লায়না লৌরমাল্লে। ফাগিদৌনা খল্লমাল্লে। ইথন্তগী অব্রাবদি ইথন্তা খাঙজিঞ্জবা। কনামতগা বারী শাদবা। লৈশাবী অসিনসু ঐঙোন্দা লঙনহল্লবা।

— কৈদৌরে তুমিন লৈববদি? ঐনা ফাগি তৌবসিদা শাউরিবা হায়বদুরা? ফরে অদুক শাউগল্লবদি চৎলগে।

মহাক্না ঙাইহাক্তং ইনাক্তা লৈবদু তশেংনা হেক থম্মোয় শেংনা হায়বা তারগদি মঙলানগী জগৎ অমদা তাউবগী নুংঙাইবা অদু ফংলিবনি। চৎখ্রগদরা হায়না পাখৎলকই। ব্রারৌগনবা থম্মোয়বু ইথন্তা ব্রারকচরকই।

— শাউদেদা। কবিগী শাউগদৌবিবা? সিষ্টব উমানা হাযবদু চুল্লিবনি। ঐদি যাম্না কপচেৎকল্লি। খঙদে, করিগীনো পূক্নীং যাম্না নুংশিগল্লি। ইশাগী ইতৌসি ইশানা পেঞ্জদ্রিবনি।

— কৈসু নৎতবদা ব্রাখল পীকশিনহন্নিংদে। পুক্তি হায়বসিদি সি ঙাক্তনি। অব্রা-অনা পূম্বা থেংনবা তাবনি। লাইবক্কা তন্নম্বদুদগী কনানা লীৎথোকপা ঙমগনি। ফমুংদা খরা শাংনা হিপকদবনি হায়বদুদা নহাক্কী পূক্নীং শোম্বুবা মাল্লি। নহাক থাজদবদি তৌরগনু অনাবগীদি ফরবনি। খরা শাংনা হিপ্পা হায়বদি তঙাইফদবনি। নহাক্কী ওপরেসন অদু মায় পাকখ্রবনি। নর্সিং হোম অসিদা শিগনি চঙগনি খঙদ্রবা হৌজিক হৌজিক লাইবককা লাম্বেংনরিবা অনাবা কয়া লৈরিবনি।

ঐসে কয়াদা পূকচেল পীকখ্রবনো। ঐবু অসূক য়াম্না পূক্নীং থৌগৎপীরিবী মঙোন্দা

মখোয়গী অনাবগী মরমদদি করিসু হংলুদ্রি। হৌন খঙদবা মানখিবা তারে খন্দুনা হংলুই,

— নখোয়গী অনাবদি করম তৌরবা? ওপরেসন তৌগদবা অনাবরা?

— য়াম্না লুবা লায়নানি। হয়েং ওপরেসন তৌগনি। হয়েংসিদা মাগী লাইবক লেপকদৌরিবনি।

তাঞ্জাসিদা মখোয়গী মী অমা লাক্কুনা মাবু কৌরে। মদুদতা খঙহৌই মাগী মমিং আশা কৌই হায়বা।

— ঐ অমুক চৎলগে। অদু . . নথন্তা পি অমুক শুংলনুকো।

— হোয়, হোয়। ওপরেসনদু মায় পাকপা ওইসনু।

— থেঙ্ক্যু।

ৱাহৈসি হায়রগা শুম্বাৎনিঙঙাই ওইরবা মীনোক্তু নোক্লদুনা চৎখ্রে। হৌগৎপা ঙমদ্রিবা ত্রোলি মথক্তা হিপলিবা ঐবু ৱাখলগী মঙলান অমদা তাউহন্দুনা থম্বিরম্লে . . ।

থংনবা নুমিৎকী নুমিদাং পুং ১০ মুক তাবা অদুৱাইদা য়াম্না নক্না কপ্প-লাউনবগী মখোল তারকখি। অনাবা মরক্তগী শোয়দনা শিবা অমা যাওবম্লগনি। পুক্নীং লৈতাফম খঙখিদে। কনাবু ওইবিগবা! আশাহোয়গী অনাবদু ওইরিগদ্রা! আশাসু ঙসিগী মশক উবা ফংদ্রি। পাউ খঙনিঙবনা লাঙতক্লখি। সিষ্টর উমাসু ঐগী হিদাক কাপ্পা লাকখিগদবনি। মঙোন্দা হংগদবসু হৌজিকফাওবা লাক্ত্রি। কৈদৌথ্রবনো? হৌগৎতুনা চংপসিমতং ঙম্লম্লবদি কয়াদা নুংঙাইগদবনো। মখোয়গী অনাবদু ওইরম্লবদি ঐঙোন্দা পুক্নীং থৌগৎপিরম্বী মহাক্তগী ফিভম করি ওইরমগনি। মমীত্তগী মপি পুম্বা থিংজন্দুনা নোকমি নোকমি তৌনবা হোৎনবা ঙম্লমখিগদ্রা। ইথন্তা ৱাহং কয়াসি হংজরদুনা লৈতাফম খঙদনা লৈরকই।

মীকপ মীরাওগী মখোল নেমথখ্রবা মতুং ঙাইহাক লৈবগা সিষ্টব উমাদু ঐগী হিদাক কাপকদবগী চঙলকই। মহাকসু কপ্পরবরা করিনো মমীৎ মমায় ইপোম পোম্না উই। ঙাইঙমদনা হংলুই,

— উমাজী করম্বা অনাবা লৈত্রবগে? রুম নম্বর কয়াগীনো?

উমাগী খকলুরবা পিগী ঈচেল থিংবা ঙমদনা অমুক চেম্বরকখি। মখোল ফাজিনবা ঙমদনা হিক হিক কপথোরকই।

— কৈদৌরবগে নহাক্না য়াম্না নক্নবা মীরা? ঐগী খঙনীংবসিসু অমুক্তা কোকহল্লু।

রুম নম্বর ৪৩ গীদি নত্তেকো?

স্বর অশাংবা অমা হোন্দোকলগা মপুক্কী ং ফাজিঞ্জরদুনা খুম্নকই,

— রুম নম্বর ৪৩ গী অনাবদুনি। ঐগী নরুবা করিসু নত্তে। অদুবু নুমিৎ খরনিদং লোয়নবদা মানা ঐগী থম্মোয়বু পুমশুম শুম্বাৎখি। ওহোক্লা কাউঙমলরোইদবা মীওইনি।

— ও! হৌগৎতুনা চৎপা ঙমদ্রবনিনা ঐদি হংবা ঙমলুদ্রেদো। আশাদো ওহোক্লা নুংঙাইরম্লরোই . . .

ঐগী বাদু তাবদা উমানা ইঙক ঙক্লা হায়রকই,

— করিনো নঙনা হায়রিবদুবো। লৈত্রিবসি আশানিনে। নারিবসি মহাক মশামক্লিনে। মহাক্লা কাদগী মপান্দা খরা চৎতুনা লৈবদুদা নহাক্লা সেবা তৌবা লাকপা ওইনা খল্লম্মনি। অরুবা অনাবনি। ওপরেসন মায়পাক্লবদি কনবা য়াই খল্লম্বনি। অদুবু ঈশ্বরনা থৌজানবিদ্রে। অবাবনি!

চাউরবা নুঙথং অমনা থবাকসিদা ফুজিল্লরুবগুম খনখি। মীত্তগী পি থিংবা ঙমদনা চেষ্টরকখি। খাঙফম খঙখিদে। থাজবা ঙমখিদে। শুকথা থাজবা ঙমখিদে। অসুক ঙকপা থৌদোকসিবু অসুম্না পুক্নিদা থোক্লরবা!

— মহাক . . . মহাক্লি - হায়বা উমা? নত্তে মহাক নত্তে অমুক্তা হাযয়ুবা উমা।

— নহাক্কী থম্মোয়বুসু মহাক্লা জয় তৌরম্লবরা? অঙকপনি। অঙকপা নুপীনি। থম্মোয় চাওখ্রবা। করিমতা অবাবা নুংঙাইতবা উৎথোক্তে। মাগী বাঙাং শাঙাং, মী খোনবা মতৌ, মশকনে মতৌনে। পাম্মুখ্রে ওহোক্লা পাম্মুখ্রে . .

কবি করিনো উমানা ঙাঙলিবদু ঐ তাখিদে। য়াম্না থাপ্না নোকমি নোকমিবা মায়থোং অমনা ঐবু কৌবগুম তৌরকই। ◆

১৯৮০

# অমম্বদা তিনশ্রবা মণ্ডাল

**ওফিসতগী** হল্লকপদা চিঠি অমা টেবল মথক্তা তাদুনা লৈবম্মি। ফনা থায় রোজিষ্টার তৌরগা থাবকপনি। কনাগী চিঠিনো! কনানবু থারকলিবনো ইঙক ঙকই। থারকপা মীগী এদ্রেসসু হাপ্লক্তে। মিং লান্নরব্রা হায়বসু ঐগী মিং অমসুং এদ্রেস যাম্না ময়েক শেংনা ইদুনা লৈরি। হাংদোক্ত্রিমখৈ খঙলরোই। হাংদোকপদা মতারে। চিংনবদি ইকোক কোক্তে। ঐঙোন্দা অসুক য়াম্না শাংবা চিঠি ইরকদবা মীসি বাখলনা লাম্বা ফংদে। নিঙকোক নিঙকোক লাউনা হাংদোক্রে। মখূৎতু উরুবদা মী অমা খঙনিঙ নীংশিঙলক্রে — ‘তামো ইবোহল’। হন্দক্তা লুহোংখ্রবী ইমান্নবী শান্তিগা মতম অমা মরী লৈনরম্বা তামো ইবোহলগী চিঠিনি। হেন্না পানিঙবা অমা পোক্লকই। পাবা হৌই . . .

*নুংশিরবী ইচল রাশি,*

চিঠিসি ফংবদা নহাক শোয়দনা ঙক্কনি হায়বা ঐ খঙদবা নত্তে। ঙসিদি মীকুপ খরদং

নঙোন্দা যেৎতবা যাদ্রে। মীগী পুন্সিদা নত্তুগা নহাক্কী পুন্সিদা অকাযবা পীগদবা নত্তে। শান্তি লুহোংখ্রে হাযবা ঐ তাবে। ঐ মহাকপু নংশিখিদবা নত্তে। নখোয়নদি ঐবু থম্মোয য়াম্না কনণা মীনুংশি যাওদবা অমওম লৌবমগনি। কবিগীদমক ঐনা মঙোন্দগী লাপথোক্লবা হোৎনখ্রিবনো হাযবদু হৌজিকফাওবা নহাক্তি ঙকলমখিগনি। মহাক্সু ঐবু লান্না লৌখিবদু কোক্লমগনি থাজদে। ঝাফম পুম্বা অসে মহাক্কী লুহোংবা তেক্ত কাযদনা লোইখ্রবা মতুংদা নঙোন্দা ফোঙদোক্কে হাযবা ঐ চপ যুংনা খনখি। ঐগী ত্রাজফবদু তশেংনা ঐ ইশানা নোমখিবনি। মযামদগী লাপথোক্লগা ঈংনা চীংদা লেপ্পিংঙকখিবগী মবমসি মী অতৈনদি শোযদনা নোক্লিংগনি। ঐগী ইফমদদি তঙাইফদবা হাযবদু ওইখি। মক ওইনা শাস্তিগী লুহোংবা কাযদনবগীদমক্তনি হাযববসু যাই। অদুবু ঝাফম অসি কন্নানবু থাজগদগে? নহাক্না খল্লমগনি ঐসে ঙাওববা হাযদুন। তশেংনা শেংদোক্কদবা মতমদা শেংদোকহৌদ্রগা মহাক্না লুহোংখবা মতমদা শেংদোক্লিংলবসিনদি ঐনা মঙোন্দগী লাপথোক্লগে হাযবসিমদি শোযদ্রবনি হাইবসে খনযম থোকই। অদুবু পুন্সিদা ফংখ্রিবা বদনাম অদু ঐগীদি ওহোক্না লুববা ফম অমনি। মাগী মবমদা ঐ কবিমতা খল্লখিদে হাযবদুদি মীনম্বা ওইগনি। তশেংবদি লৈতাফম খঙদ্রবা ঝাখল মযাম্না ঐবু ওৎখিদনা নত্তে। অদুবু তুংদা লাক্কদৌবিবা পুন্সিগী শক্তম অদু মমি লাকশিন্দুনা যেংলুবা মতমদা থম্মোয কাযজববসু মাগী পুন্সিনা তেক্ত কাযদনা লৈখিবদুনা হেন্না ফৈ খল্লুবদগী ঐ তুমিন্না লৈখিবনি। ঐ খঙই। ঙসি নঙোন্দা শেংদোক্কে খন্দুনা ইবিবা চিঠি অসি মহাক্না লুহোংদ্রিঙৈ মমাঙদা ইবম্বা শেংদোক্লম্বা তাংগদি মহাক্সু ঐগী অশেংবদু খঙবীদুনা ঙাকপিরম্বসু যাবনি। অদুবু মতমদুদা ঐনা তোঙানবা ঝাখল অমা খনখিবদগী ঙমখিদ্রে। মসিমদি ঐগী অশোনবনি। মঙোন্দা শেংদোকপা ঙমখিদ্রসু, ফুর্মজিন্দুনা অসুম থম্বগী অঝাবসিদগী খজিক্তং ওইববসু নাম্থোক্লিংবদগী ঙসিদি নঙোন্দা কাম্নদবা মীবেম ঐগী ঝাবীসে ইববনি। নহাক্কী মমল যাম্লবা মতম ঙাইহাক মাঙহনবগীদমক নঙ ঐবু ঙাকপিযু।

বাশি, পুন্সিদা মঙগুম্বা থৌদোক ঙাক্তা থোক্লদুনা হৌজিক্তি মঙ অনসুং তাইবং অনীগী খেন্নবদু খঙবা ঙমলক্তে। কাউথোকনিঙলবা, মীকুপ অমতসু নীংশিঙনিঙদ্রবা থৌদোক অসিনা ঐবু তত্তনা নীংশিঙহন্দুনা থম্মোয অসি কায়হল্লি, ঐবু পোখাফম খঙহন্দে। বাশি, ঐহাক যাম্না লাইববা মচানি, লুখ্রাবী মচা। নঙসু খঙলিবদুনি। পুন্সিসিদা ইমান্নবগা মীমান্নবা ঙমজবক্তবা তোল্লবা মীশক অমনি। ঐগী ইমা লুখ্রাবীনা কৈথেলদা

য়াম্না বানা নুংশা মরক্তা ফৌদুনা হে য়োল্লগা ঐবু থাকলকপনি; ইহে তমহল্লকপনি। ঐনা মেত্রিক পাস তৌরবা মতমদুদগীদি ইমাগী অৱাবদু ঐসু য়েংবা ঙমদ্রদুনা য়ারিমখৈ মীগী য়ুম শাবা খরা য়াও, অঙাং খরা লাইরিক তাকপি তৌদুনা লেল্লকই। অদুবু মদুনদি ওইবা য়ারকখিদে। থবায় নুংঙাইতবনে করিনে বি,এ, পরিক্ষা থাবা ঙমখিদে। থবক থিবা কোয়চৎ চৎখি। থবক ফংবদি লায়রদুনা মতমগী চৎনবী খঙদবা, পৈশা য়াওদনা থবক ফংগনি খনবা অঙাওবা তাদুনা থবক্কী মহুস্তা খোঙ্থী, মীনোক-মীচৈ তাদুনতা হল্লকখি। ইমা ইচাগী ৱারবা, তোল্লবা পুক্সি অদুদা মরাইবক থীরবা (নখোয়না য়াম্না চিংনখিবী) ইচে ইবেতোনগী পুক্সিসু য়াওশিল্লকখি খঙহৌদনা। নোংমা হায়ফম তৌফম খঙদ্রবী নহা ওইনা লুখ্রা ওইহৌরবী মহাক ইমাগী পোৎফম মনাক্তা সুম উংদুনা লৈরমমাল্লে। ইমানা নুংশিদুনা ৱারী হংলুবদগী ইমাগা মান্নরম্বা পুক্সি অদুগীদমক হেন্না নুংশিখিদুনা, মহাক্কী মতেং ইমানা পাংনিঙখি। অদুবু মশক মতৌ ৱাৎত্রবী নহা ওইরিবী মহাক্লা হৈ-য়োনফম ফম্বা অদ্যমক্তি ইমানা পামখিদে। অদুবু মহাক্লা যামনদবদগী ইমানা লমজিংদুনা মহাকসু হৈ য়োনফম ফমদুনা হৈ য়োনবী হাযবদু ওইরকখি। অসুন্না পুক্সিগী লৈত-লাইর, অৱা-অনা পূম্বা তাথোক তাশিন তৌনদুনা ইচে ইবেতোনগা ঐখোয়গা অমতা ওইরকখি। ঐনসু হেক পোকমিন্নবা ইচেগুম, মহাক্লসু হেক পোকমিন্নবা মৌপ্পাগুম খন্দুনা লোয়নরকখি। অদুবু মীবা ঙাঙনবা পামবা সমাজসিনদি ইবানিগী মরীবু ইচম চন্না উবিবা ঙমখিদে। তাবদা হঙ্গোইরবা তোকঙা কয়ানা তোঙানবা মীৎয়েং অমদা য়েংবীরম্মী। হায়নিঙবতা হায়জ্রসনু, লান্দ্রগা লোইবে খন্দুনা ৱানা খা-চিক্তুনা খাঙজরকখি। করিগীবুদি ঙাঙননিঙদনি — ঐনা পাখঙ অদুগা মহাক্লা নহা ওইরিবী মৌনহা লুখ্রাবী। ঐগীদি থোইদোক্লবু খল্লুদ্রে। অদুবু মপুরোইবগী মফমদা শন্নাগী মফৈ অমতসু অরানবা থবক তৌনিঙদ্রবী মরাইবক থীরবী ইচে ইবেতোনগী খল্লুবদা তোকঙা শন্দোরকক্লিবা, মীনুংশি য়াওদ্রবা মীওইশিং অদুগী মখৌরি চরম পায়দুনা মেৎনিঙখি।

অদুবু ৱাশি, অশাউবনা মাঙহল্লকদবা খুদোংথীবা ময়ামদু নীংশিঙজদুনা থম্মোয়বু ফাজিনজখি, মখোয়না লাম্না খল্লগসু। অশেংবা থম্মোয়গী ৱাফম অদু ঐ ইশানা খঙজরি, ইচেনা খঙবীরি। মসিদগী হেনবা ঐ করিসু পামখিদে। ঙসি ঐনা চাক্লিবা, খাংঙমদ্রিবা, নিঙঙমহৌদ্রিবা পূন্নমক অসিদি মখোয়না অদুম্না তোকঙা শন্দোকপিবগী ঐগী ইজ্জৎ মাঙহনবীবগী অমতা নত্তে। ঐনা খাঙমদ্রিবসিগী মরমদু লীরক্কে তাও —

ইচে ইবেতোনগা ঐখোয়গা খঙনবা চহী অহম্মুক্কী মতুংদা ঐহাক্লা হৌজিক তৌরিবা থবক অসি ফংখি। থবক তৌরবা মতুংদুদগীদি নুংঙাইতদুনা ইমাবু ঐনা হৈ য়োনবগী থবক অদুদগী পোখাননবা হায়। ইচে ইবেতোনদসু হায়বনি ঐনা লোইনমক য়েংলগে তোক্লো হায়দুনা। ইমাদি অহলগা ওইশল্লকপনে ঐনগা কন্না তকশনবদুদা য়াবে। অদুবু ইচে ইবেতোনদি ঙমলিবমখৈদি মশাগী হুমাংমন্না তান্দুনা চাজগে। ঙমদ ঙমলক্ত্রবা কান্দা হায়জরক্কে হায়দুনা য়াদবে। নীংথ্রবদা হোংহনবা ঙন্নরোইদবা ইচেগী ৱাখল্লি। ঐহাক উপায় লৈখিদে। অদুবু ইচে ইবেতোনদগী লাপথোকপা হায়বদুদি ওইখিদে। ঙাইহাক লৈতনা উন্নদুনা নুত্তিগী লৈত-লাইরগী ৱারী শাবা তোক্লমদে। অদুবু ইমাগা ফমিন্নরিঙৈদা মাগী ঙাকথোকফম খরা ওইবম্বদু ইমানা ফম্বা তোক্লবা মতুংদগীদি অতোন অতোনবা মী উরগা তুহৎপা পাম্বা, থম্মোয পান্দবা মীনুংশি খঙদ্রবা, তোংশাতবু কললকপা মীওইশিং অদুনা ইচে ইবেতোনবু শেলনা লৈবা য়াগনি খন্দুনা চঙলকপা, ঙাইহাক লৈতনা ঙংলবগী ৱারীশিংদু ঐঙোন্দা থম্মোয় শোক্লা মমীৎতা পিগী ঈবা চেন্দুনা তমখি। পুকচেল শেংনা হিংজনিঙবা ইচে ইবেতোননা মখোযগা য়াম্না ৱানা লাম্থেংনবকখি অশাওবা ফাথদুনা থেম নৌদুনা থাদোকখিবগী ৱাবী তমখি। ঐসু হায়ফম তৌফম খঙখিদে। অদুক য়াম্না নুং ঙাইতনা মীনা উশিৎতনা ফমগদবগী শরুক তোক্লো ঐনা লোইনা য়েংলগে হাযবসু শিখাঙ খাঙনা য়াদে। মী কৌবনিনা নোংফাদোকসু ৱা কা হেন্না ঙাঙবা অঙম তানবা মী খরা লাকপদা খাঙবা ঙমদবদগী তিং থোক্লা শাউদুনা তানখিবসু যাওখি হায়। মহাক্লা থম্মোয় শোক্লা কপ্তুনা হায়খিবা ৱাশিং অদু কাওদ্রি — 'ইবোহল, পুকচেল শেংনা হিং নবগী লম্বী মখোযনা অসুক য়াম্না পীনিঙদ্রিবসিবু করিগীনো? নুপী ওইবীগী পুন্সিগী মমলবু মখোয়না অসুক লায়না খল্লিবসিবু করিগীনো? মখোয়গী কবেম্নবা ৱাহৈ, মখোয়গী তুক্কচ্চরবা ৱাঙাং কয়া অদো ঐ খাঙবা ঙমদে, খাঙবা শুকঙম ঙমদে। ইবোহল ইচেনা হাযরিবসিনি করিগুম্বা পুকচেল শেংনা হিংনবগী লম্বী অসি মাঙবদা তারবা, লৈরকত্রবা অদু ওইরবদি ঐ মখোয়না পাল্লিবা লম্বী অদুদা খোঙ থাংজিনগদবগী শরুক — ইমা ইচা অনীমক হ চাদুনা শিখিগনি। থাজত্রা ইবোহল ঐ শোয়দনা শিখিগনি।'

মহাক্কী উপায় লৈত্রবা, শোম্থরক্লবা মীকুপশিং অদু ঐনা থম্মোয় চাউথোক্লবা ৱা কয়া হায়জিন্দুনা থেমজিন্নবা লাক্লখি। অদুবু পুকচেল শেংনা হিংজনিঙবা মাগী পুন্সিগা নুপীগী পুন্সিবু ফাগিদৌনা লৌবা কয়াগা থেংনরিবা লান্দি লোইবা নাইখিদে। মহাক্কী পুন্সি

মণ্ডালগী শরুক য়াওদ্রবা অমম্বা ওইনা লৌরকখি। 'খণ্ডদ্রে ইবোহল; ... জান তাদ্রে। পুন্সিসি অমম্বগী অমম্ব ঙাক্তা উরক্লে। অঙানবগী মণ্ডালগী শরুক উবা ফংজিল্লক্তরে। অশেংবা, অচুম্বা, ফজবা হায়বদুগী অর্থ য়াওরক্তবগুম উরে। মায়কৈ খুদিংমক্তা অতোনবশিংবু লাইবক থীরবশিংবু তুহৎপীগদবগী নৈবীগদবগী তৌদুনা লৈরবা ভুট প্রেতকুল্লবা শক্তম ঙাক্তা ঙাইরবোই নীংলে। নুভিগী অসুম থেংনগনি — ঐগী পুন্সিবু শেলনা লৈবা য়াগনি খল্লবা ময়াম — ঐনা থীনা থীনা চৈদুনা অসুম তাহ্বোকখিগনি। ঐগী পূকচেল শেংনা হিংনিঙবগী বাখল অসি মখোয়না ফাগিদৌনা লৌখিগনি। কবেন্নমা নোকশিল্লগা চৎখিগনি। ফৈ, ইবোহল ঐঙোন্দা লমজিংলম্বসু ইমানি। ইমানা নঙবুদি অখাঙ কন্না য়োক্লকপা ঙম্লগা, নখোয়নসু মতেং পাংবীরিবা ঐনা কবিগী খাঙবা ঙম্লোই। খাঙগনি। ঐসু মীতৈ নুপীনি। নঙ করিমতা খল্লুগনু। ইচে অমুক হন্না অবাবা বারী নঙোন্দা তম্নরোই।' করি খল্লক্লবনো খঙদে। ঐঙোন্দা ওনশন্দুনা থেমজল্লকখি। ঐ খঙই, মহাক্কী অবাবদু উরগা ঐনা নমদুনা মাবু কৈথেল ফম্বা তোক্রো হায়দুনা তক্লরক্লগনি খনবদগী ওইবম্বা যাই।

মসিগী মখা তাবদি কবি ওইবমগদৌবা মাল্লি রাশি। ভাবনা শাবা ঙম্ব্রা? নোংমা অয়ুক ঙস্তা অমা ইচেদা ঐনা ইবুংঙোমচাগী মিংদা যাওবা চিঠীখেলা অদু ফাউবগী নুংঙাইববা পাউ অদু তমগে নিঙদুনা যাম্না হরাওনা চৎলম্মী। ঐনা পাউদু তম্বদা মমা মচানা হরাওজগদবা পুম্বা মীত্তা শং শং উরম্মী। অদুবু লম্বীদা মী ওর্মশিল্লি করিগীনো হায়না যেংগে চঙলুবদদি ঐ কোকচাওবী কাখি। ইচেগী থবায় য়াওদ্রবা হকচাংনা মফি মরোল মথোং খঙদবমখৈ লফু মতুপ তাবগুম লৈরম্বা অদু ঐগী মীৎসিনা উখি। ঐ যেংবা ঙমখিদে। শাউনিঙবা অমসুং নুংঙাইতবনা হকচাংসে থক থক নিকখি। মীৎ উইশিন্দুনা খাঙখি। পৃথিবী অসে মথক মখা ওল্লবোই নিঙখি। থৌদোকতু তশেংমক, ঐ মঙ ওইহন্নিংখি। চুন্নগী অকিবা মঙ অমা। পূকচেল শেংনা হিংবা পাম্বগী মনা ওইনা ফংখি তমথীরবা মীশি অদু। অসিগুম্বা ফিভম অদুদা মাগী মচা অদু ঐনা য়োক্তনা কনাদা শিন্নরুগনি। মীবা ঙাঙনবা পাম্বা তাইবংনা অদুক তমথীরবা মীশি অদুবুদি খনবীদ্রগা ঐগী মরমদা ওইদবা বারী কয়া অমুক লীনদুনা মতম লেল্লরকখি। রাশি, ঐ য়ুম পানগে হায়না খদ্রে। ইমা লৈরিঙেদদি ইমানা য়াম্না তক্লরম্বনি। হৌজিক্তি ইমাসু লৈখিদ্রবনিনা করিসু কায়দ্রে। ইচে ইবেতোনগী পুন্সিনা 'অমম্বদা তিনগ্রবা মণ্ডাল ওইথ্রবসু অঙাং অসিগী

পুন্সিগী দায়িত্বদু ঐনা লৌরগে খনখিবদগী ঐহাক শান্তিগী মফমদা থম্মোয় কনবা হায়বদু ওইগ্রবনি। ইথন্তা ইমা হিংলিঙেদা কয়ারক হন্না বাখলসে চিংখায়গ্রবনি। ইমানা মমীন্তা মমৌ অমতং উজরগা লাইগী খুয়া তানখিগে হায়জবদু ঐনা মচা অমা ওইনা পাঙথোকপা ঙমখিদ্রে। ইমা অমসুং শান্তিগী মফমদাঐ ইরাল লঙজরবনি।

নহাক্কী মতম অমুক শাংথনা বাকোয় শুদুনা মাঙহল্লরোই। লোইশিল্লগে। নহাক্কী পুন্সি য়াইফবা ওইসনু।

*নহাক্কী নবুং*

**ইবোহল**

চিঠিদু পানা পানা ঐগী মীৎসু পিগী ঈচেলনা থুমহৎলকখি। মীনা ঙাঙনবা ময়ামদা শান্তিনসু ঐনসু চিংনবা পোকখিবদু নীংশিঙলুবদা নিঙঙমদবা পোক্লকই। শান্তিদা ঐবু চিঠিসি পাহল্লুখিদ্রা? করিবু কান্নখিনি। নোংমা মতাং চাবা অমদা বারী ওইনা তন্নবসু য়াই। অনৌবা পুন্সি অমা হৌগ্রবা শান্তিগী মফমদা অমুক কাইহৌরবগী কান্নবা লৈতে। চিঠিদু থুপচিল্লগা এনভেলপতা অমুক হাপচিল্লে। গম তৈশিন্দুনা অমুক নপশিল্লে অদুগা ঐগী আলমিরা মনুংদা থমজিল্লুরে। থমজিনবগী কান্নবা করিনো ঐ খঙদে। অদুবু শেগায়দুনা নম্ব্রগা মৈ থাদোক্লুনা মাঙহনখিবসু পামখিদে। নুপী ওইবী, উপায় লৈজদ্রবী অমগী পুন্সিগী লাম্ছেং, অবাপোলোইগী বাবী অসিনা ঐগী থম্মোয়দসু চৈনা পীরবে। মাগী থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইরবা বারী শাগোন্নবা চিঠি অসি ঐগী ইরল ওইদুনা লৈজরসনু। নোংমা লাইরিক ইবা কনাগুম্বা অমগা থেংনরকপা থোক্লবদি — মসিনা মাগী বারীগী মচাক ওইরকপসু কনানা খঙবা . . . । ◆

*জনুৱারী, ১৯৭২*

# লমন খুম্বা

**মরূপ** অমনা হায়খিবা ঝা নীংশিঙলকই — 'এক্সপরিয়েন্স মখল শুনা ফংবা পাম্মি অদুবু হোসপিটালগা জেলগগী এক্সপরিয়েন্সতি ফংজরোই।' ফমা কুইখ্রে মরূপতু উন্নখিদবা। কমদৌরমগদগে মাবু অনা অয়েককা অমতা য়াওরম্লোইদ্রা? মানা পামজদবা এক্সপরিয়েন্সতু ফংদনা অসুম লৈরমগদ্রা? অহানবদদি ঐসু হোসপিটাল য়াম্না হৈনরমদে। অদুবু ইশাদগী চিংনা ইমুংগী মীওইশিং ওপরেসন তৌদবা, হোসপিটালদা লৈতবা ইয়াও য়াওশিল্লক্ত্রবসিদদি নোক্লীংবা অমদুম ফাওজিল্লক্লে। দাউনা য়াদ্রিবসু ওপরেসন লোইরবা মতুং চয়োল অমগী মনুংদা কুম্বা য়ারনি হায়রম্বদুনা সেপতিক ওইরকপদগী ফৎত্রিফাওবা লৈতবা য়ারোইদৌরি ইমাগী অনাবা অসি। চহীনগা য়ামশিল্লকপা গৌড়িয়ানগা কনবগা, সেবাসি ওম্ভোক্লা ঝাপ্রবা তনপ্রবা মওংনি। য়ূমদনা য়ুমদনি, হোসপিটালফাওবদা ওপরেসন তৌদ্রিঙৈ মমাঙ অদুদি ঈরুজথোক্রগা চন্দোন চবা লংনা থিল্লগা, ঝাই তৈথোক্লুনা চারিবা

চাকনি। নর্সশিং অমদি লৈমিন্নরিবা ময়ামগী কূম্মৈ হায়বদু ওইরবনি। মতাং চাদবা অদুগা সেবা তৌবিনবা নুপীসু তাঙবনা লাকপুদি মবাক্লগসু তশেংনা হেক অততায় হায়বদুদি ঐঙোন্দা তারে। অদুনা হোসপিটালসিদা য়ুমগুম্না লৈবা তারকই। নোক্লীংশ্রবা থৌদোক কয়া, থম্মোয় শোক্লবা থৌদোক কয়া, মখল মথেলনি হোসপিটালগী পুক্সিসু।

গাইনি ৱার্দ। নোক্লীংবগা কপ্পীংবগা য়াম্নবা ৱারী কয়ানা, ময়ামগী পোত্থানফম ওইনরি। নোংমা, মী ময়াম্না ওটোরিক্সো অমা চৎখিবদু য়েংনরম্বদুদা করি তৌরবনো হংলুবদা - হায়ঙম তৌঙমদবী, মীয়াই চল্লবী পোৎফম ফম্বী অমনা হায়রকখি — 'হা ইবুংঙো কবিবু হায়গদবনো যুগসি যুগতা অমনি। লৈশাবী অমনা মচা পোক্লম্লগা চৎখিবগীনি। লৈশাবী মমান্নবী অমনা সেবারী ওইনা লাকই। মবানীতনি। ময়াম্না খরা য়েংলুবদা শাউবু শাউজল্লম্মী — করিগীনো ময়ামনা ঐখোযদা কূম্মৈ ওইনা য়েংবিবিবসিবো হায়দনা। ঙমখ্রে, ঙমখ্রে। ইমাইপেম্মা। ইমাইপেম্মা! মশাদা ইকাইবা মচেৎ অমতা হেক পক্তে . . .।'

— ইনে অঙাংদুদি?

ঐনা খঙনীংনা হংলুই।

— নর্স নুপী অমনা মচা পোকচদবা মী অমগী য়োকচনবনি হাযদুনা লৌহৌরমাক্লে। নখোয়সু সুম খঙলকখিগনি, ইবুংঙো, অঙকপনি হোসপিটালদা তৌবিবসি। সুম্মাইনা য়োকচগে হায়বা লৈত্রগনা থা শুদ্রিঙৈদা হিদাক কাপশিল্লগা য়ৈথবা . .

পেন্নবা চৈহৌরি ঙাঙহৌরি নুপীদু। ঐদি অদুম লাক্লে। ফাগি তৌগনবা, মাগী নুপী অনাবগীদমক লৈরিবা তা-চাউথোইনা মসিগী ৱারী সুম শারকপদা হায়খি — 'শিখ্রিবা অঙাংশিং অসিনা ৱারী লীহল্লবদি নুংঙাই নুংঙাইবা ৱারী কয়া থোক্কনিসে। কম্নানা খঙনি, মখোয়গী মরক্তা অচৌ অচৌবা মী ওইগদবা কয়া য়াওরম্বসু।' নর্স রেনুনা তমখিবা ৱারী অমসু নীংশিঙলকই — মপুরোইবা নাবগী সেবা তৌদুনা লৈবা নুপী অমগা মশাগী নুপী নাবগী সেবা তৌদুনা লৈবা নুপা অমগা হোসপিটালদা কুইনা লৈবদগী খঙনরক্তুনা, অনাবা অনীদু হুন্দোক্লম্লগা চেনখিবগী ৱারীদু। নোক্লদ্রা কপকদ্রা খঙদবা তাইয়োম্নবা ৱারী কয়ানি হোসপিটাল মনুং অসিদা। নোংমনা গাইনি ৱার্দকী কেবিন্দা লৈবী চহী ১৩/১৪ দা ঙায়রিবী নুপীমচা অমবু মী খরনা য়েংবা লাক্লে। ঐঙোন্দা অমনা তুমিন্না চঙলক্তুনা হংলৈ, 'মোইরাংদা নোংলৈ নুংশিংনা পুখৎলুরগা থাদরকপা নুপীমচা অমা মীরোল্লে হায়দুনা

খবরদা য়াওখি। মদুবু কেবিন্দা লৈরিবী নুপীমচাদু ওইগদৌরিব্রা?' ঐ ইঙক ঙকখি। ঐদি নুপীমচাদু অনাবগী সেবারীনি খল্লুই। মখোয়না শাগৎলুরিবা বারীদুনা কদোমদগীনো। 'খঙদেবু' হায়বদগী হেন্না ঐগী পাউখুম অতে লৈখিদে।

অসিগুম্বা বারী মচেৎ মকায় ময়াম অসিগী মরকসিদা খ্বাইদগী ঙকপা বারী অমদি — ঐখোয়গী ইমানা লৈরিবা বেদকী ইথাপ থাগুনা চীংমী নিংঙোল মৌনহা অমা লৈরিবদুনি। মনাওনুপী নুপীমচা অমনা মাগী সেবা তৌই। কনামতগা বা ঙাঙনদে। মথন্তা অদুম তুমিন্না লৈ। অহানবদদি খল্লুই — মবোল থোক্তবা ওইরিব্রা? অদুবু মনাওনুপীদা বা ঙাঙবা উবদগী মদুমদি নত্রে হায়বা খঙলকখি। মনাওনুপীদুসু মীগা কয়া দ্রো দ্রো তৌনবা উদে। অদুনা মখোয মচীন-মনাওগী হৌনবী ওইরমতাই খনখি। অদুবু মচেগী মনাক্তগী থোরক্লবা, চাক থোংফমদা, টৌটি ঈশিং শোকফমদা থোরকপা মতমদদি অদুক য়াম্না বা ঙাঙগন্দবা হায়বদুসু মানখিদে। তা-চাউথোইগী ফাগিদা মথ্বায় তানা নোকচবা কয়া য়াওখি। ফাগি পুবা মীগী নুপী ওইবা হায়বসিসু নুংঙাই বজাৎনি। তা-চাউথোইগী ফাগিদা মাগী নুপী অনাবীদুসু অবা-অনা কাউথোকচখিদবা ' নত্তে। তা-চাউথোই লৈতবা মতমদসু ঈতৈমদুনা মাগী নুপাগী ফাগিগী বারী কয়া ঐখোয়দা লীদুনা তাহনখি। নাইট দিউটি তাবা নর্সশিংদি থওইনা তা-চাউথোইবু ফাদুনা বাবী লীহল্লিবনি। বা ঙাঙগন্দবী চীংমী নিংঙোল মৌনহা অসিসু তা-চাউথোইনা শোয়দনা জয় তৌবা ঙমগনি হায়বসি ঐনা থাজখি। নোংমা মতাং চাবা য়েংলগা তা-চাউথোইবু মনাক্তা থাজনগে খন্দুনা লৈরকখি।

নোংমা, নুমিৎয়ুংবা অদুবাইদা মুর্ত্তি শুরবা থা ৭ মুক্কী অঙাং অমা দষ্টবিন্দা ফিনা য়োম্লগা তারিবদু ময়াম্না য়েংনরম্মী। ঐসু চঙশন্দুনা য়েংলুই। নুপী অঙাং খরদি মুরুম মুরুম শোন্নখি — 'ওম্বোক্লা থম্মোয় কনথ্রবী মমা হায়দু ওইরে।' সিষ্টর রেনুদা হংলুবদা খঙখি — বা ঙাঙগন্দবী চীংমী নিংঙোল মৌনহাদুগী মচানি। খঙনীংবা অমগা লোয়ননা হংলুই,

— অঙাংদু পোকপদা খুদোংথীনিঙাই ওইবদগী শিনা লৌথোক্লিব্রা নত্রগা . . .

ঐনা হায়বা লোইফাৎত্রিঙৈদা সিষ্টর রেনুনা থুনা পাউখুম পীরকখি,

— মাগীসি ওম্বোকপা বারী হায়বদুনি। মাগী মপুরোইবা অদুনা মাবু থীনা থীনা ওৎপিখি। য়ু য়াম্না থকই। নুপী অতোপ্পা অমসু থিগ্রে। নুপাদুগা মাগা পুন্সিগী ওইনা মরী

লৈনবা পামদ্রে। অঙাংদু লৈরবদি মাগী নুপাদুনা মঙোন্দা অমুক য়েংলবা য়াই। অদুনা অঙাংদু এবোর্সন তৌবা হাযবসিনা মাগী ৱারেপ ওইখি। কয়াদি নুংঙাইখিদ্রে। অঙাংদু নুপানি। নঙসু উরবা নৎত্রা?

— মাগী ৱাবেপতু কনমল্লি। থা শুরগা হিংনা পোক্লগা মচা পোকচদবা অমদা য়োকহনখ্রবসু য়াইদনা। *সিষ্টব রেনু, মীওইবগী ৱাখলসি ওয়োক্লা তমথিনখ্রে।* অদুগীসু মথক্তা নুপীনবু অসুক য়াম্না থম্মোয় কনবা।

— মী মীগী ৱাখল হায়বদুদা তাবেদনা। ঐখোয়দি সিগুম্বসি থেংনমল্লদুনা করিসু থওইরক্লে। পুম্নমকসে নুপা নখোয়না ফৎমন্দবদগী থোক্লিবনি। নুপী খুদিংমক মাম্নববুদি নত্তে। মশানা ওকচদবদগী, মশানা থাকচবা লাংদা থুজবদগী খুদোংথিবা কয়া নংবা কয়াসু যাওদবদি নৎতে। অদুবু অযাম্বনদি নুপানা লৌনম নমথাক তৌবিরম্বদগী উপায লৈরক্তদুনা তৌবকপনসু মশীং খবদি হেল্লমগনি।

— হোয, হোয। ইবানী মবে যেৎনবগুমসি। ঐনা ঙাক্লিবদি ৱার্দসিদা এবোর্সনগী লাকখিবা ঐগা থেংনখিবা মযামদগী মানা ইতোপ তোপ্লি। যাম্না অখাঙ কনবী নুপীগী মওং মাল্লি। অদুগা —

— অদুগা য়াম্না তমথীবমগদবা নুপীসু মাল্লি হায়বা নৎত্রদো?

— ঐনা হায়গে তৌবদি অদুমক্তি নত্তে। মাগী-মীগা ৱা লান অমতা ঙাওনদবা মথন্নতা তুমিন্না লৈবা মওং অদুনা ৱাখল যাম্না লুনা খনগনবী সেরিযস ওইবী নুপী মাল্লি হায়গে তৌকবনি। ৱাবীসে শোয়দনমক্কী মহাক্কী থম্মোয় শাথীনা শোক্লিংঙাই ওইরমগদববুদি মাল্লি। অদুবু মবাল লৈজদবা অঙাং অদুফাওবদি —

— নঙনা খল্লিবদুমাইনা ঐসু খন্দুনা নোংমা মঙোন্দা হায়কবদা, মহাক্লা কবি হায়রকই খঙব্রা — 'তুকৎচৈ ঐ মাবু তুকৎচৈ। নুংশিদবা শাগুম্বা মাগী মচা ইপুক্তা পুনিংদে। মাগী মচাদি শোযদনা মাগুম তৌগনি। মাগী মচা ঐগী মীৎসিনা শুকযেং য়েংনিংদে। অঙাংদু লৈববদি মহাক্লা ঐবু ওৎপা লেপথিরোই। মাগুম্বা নুপাদি হাৎতোকপতনসু পেল্লোইদবনি।' নঙনা খঙদদুনা তৌবনি। ওয়োক্লা শাউনা তাবদা হঙোইবা ৱা ফাওবা য়াওনা হাযরকখ্রবনি।

'ও!' হায়রগা ঐসু ৱা মখা তারুদ্রে। মাগী ৱারী তোকথোক্লগা নুমিদাংদু মাগী মতৌ ঐ লোম্না য়েংখি। অমুক কপ্পি, অমুকসু নোকপগুম তৌই। মখা ক্রক ক্রক অমুক চীকই। মনাওনুপীনা চানবা খরা শীন-লাঙবদু চাও হাযবা য়াখিদে। মহাক্কীসিবু করম্বা লমন খুৎখুম হাযবদুনো ঐ ভাব তাখিদে। ◆

*জুন, ১৯৮১*

# অনৌবা পুন্সি অমগীদমক

**মহাক** চহীদি ১৮ চঙলকপদা ঙায়বিবীনি। অদুবু চাউরে কনবা হায়বদুনি, মপূম মরৈ ফাববী লৈশাবী অমগুমলে। চুং ফিবাল চাবী, মপোপ মতাং ফবী ওইবনা য়েংবদা পূক্নীং চিংশিন্নিংঙাই হায়বদুদি অদুম মওইরে। হাযনিংঙাই লৈতনা শক ফজবী হায়বদুমক নথত্রগসু — ফজবগী মনুংদি মচন্লে। কুচু যাম্না ঙৌবী হায়বদুমক্তি নত্তে, কুলৈ কুচুনি। অমরোমদা শাবান ফজবী, রাশি লৈবী হাযরগসু হেন্না চানবা য়াই। মবোক্না নুংশিনা সনাতোম্বী কৌজে, স্কুলগী মমিংবুদি মনমোহীনি নি। অদুবু মিংদু কনানসু নিংথি নুংঙাইনা শীজীন্নবিখিদ্রে। লাইরবা হায়বদু ওইরুবতা নত্তনা ঙস্তানা মপা শিখ্রে, মমাসু শিখ্রে। মবোক হনুবীনা য়াম্না ৱানা হোৎনজদুনা মাবু য়োক্লককপনি। উপায় লৈতবদগী লাইরিকসু ক্লাস এইট ফাওবদং তম্লগা মখা তমথবা ঙমখিদ্রে। মবোক্না শোনজিল্লকপগা ফিশা-লোনশা তৌদুনা মবোক্কী মতেং পাংদুনা হিংনবা হোৎনরকই। মাগী হায়ববু মবোক্কি।

মবোক্লা হায়রগা লোইরে।

মবোক্লা মাগীদমক ফনবা শীনবিবকপা, মাগী অনৌবা পুন্সিগী তাঙ্কক অমা হৌগদৌরিবা নুমিৎ অমনি ঙসি অসি। নিংঙোল ওইবীগী পুন্সি লোইশিন্নগদবনিকো খল্লুবদা মপূক্লীং নুংশিবকখি। চেল্লে হায়বদু থোক্লগা নুপা ময়ুমদা হোঙগদৌরিবনি। চেন্নিবনি হায়দুনা তৌরিবদু নুপাসু য়াওবা নত্তে। নুপী অহুম মরি জীপ অমা পুদুনা লাক্লগা মদুদা মাসু কাখৎতুনা অদুম লাকই। তরু তনানবা চেক্লা শাবা য়ুম অমদা থৈরিবনি হাযদুনা থম্মি। চাবা থকপা ৱাৎতবা ইমুংনি। নুপাদু মথন্তা পোকই হায়। মসিদগী হেনবা কবিমতা খঙদে। খল্লুরগা অমুকসু নোক্লীংলকই — নুপা য়াওদনা চেনবা হায়বাসিবু অতৈসু তৌনরিগদ্রা নত্রগা মহাক্কী অসিদা ওইগদৌরিব্রা? লাইবক্লা ৱাইথুংলরবা মাগী মপুরোইবা ওইগদৌরিবা মহাকতুবু মশক খঙনিংবা উনিংবগী লাঙতক্লবা পোক্লকই। থৈরিবা ইমুং দুগী পুংকক চাউরবী নুপীমচাদুদগী খঙহৌবদি মহাক ঙসি নুমিদাংসিদা শোয়দনা লাক্কনি হায়বসিনি। নুপীমচাদু ফনা কুইনা মাগী মনাক্তা লৈরম্বনি। লাইরিক ঔরাইরুবগে হায়না চৎখ্রবা অদুদগীদি মথন্তা ঙায়হৌবে। মশাদু স্বাই স্বাই লাউবকই। থবাক্কী মিহুলগী খোঙজেল হেঙ্গৎলকপগুম তৌরকই। হাযফম তৌফম খঙলক্তে। ৱাখল চরাঙনরকই। মবোকতুবু কমদৌরিগদগে .. মথন্তা লৈবিগদ্রা . . . অৱাংথংবগী তোমবীনা শঙবিরম্বসু য়াই? ৱাখলগী ঈচৈলদা মফাং মফাং চেনশিন্নকই। লৈশাবী ওইরকঙৈ পুন্সিদা কনাগসু নুংশি-নুংওনগী লম্বীদা খোঙদামিন্নখিদ্রি। অদুবু মীশক অমখক্তংদি মানা স্কুল তম্লিঙৈ মাগী ৱাখলবু চরাঙনহনখি। ওষ্লোক্লা ইকাই থীগনখ্রবা, মমায় শোনখ্রবা নীপা অমা ..

নোংমা। বর নুমিৎনি। ইবেয়াইমনা বর লাই খুরুম্বা হিয়াংথাংদা সাইকলদা চৎলুসি হায়না কন্না তকমনবদগী চৎলুই। ইবেয়াইমদি মমায় য়াম্না থকই। পিশুমথোংগী অদুৱাইদা গাড়ী অমা লাকপগী থৈদোক্লবা হোৎনবদা লম্বী মতাইদা চৎচরিবা মঙোন্দা থেংজনখি। মী খরসু করি তৌরবগে হায়না চেনশিন্নরকখি। করিসু শোক্লদ্রে খঙলবতদা হন্দোক্লখি। 'য়েং য়েংনো থৌ ইবেম্মা' হায়রম্বসু য়াওই অদুগা 'নমায় থকনু ইবেম্মা' হায়রম্বসু য়াওই। মবানীদি য়াম্না শাওরক্কদবোই নীংদুনা পাখৎলুই। তুশিনবদগী চাইখাইদুনা তারবা মাগী পোৎ-চৈশিংদু খোমজিনবীরগা ইবেয়াইমনা 'শাউবা য়াদে, ৱারৌবীবা য়াদে। শোয়খিবনি।' হায়দুনা পীরুই. 'য়ানি। শোয়নববু করিগী শাউরুদগে।' হায়রম্নগা হাইফেত্তং য়েংলম্নগা চৎখি। হেক মীৎচানরুবা হায়বদু মঙোন্দা থোকখি। মী

পিকতক তৌই। মায়থোং অদু তইং তইংই। মমীৎ অদু ওষ্মোক্না নুংশি। মহাক্না চৎখিবা মায়কৈদু ঙাইহাক্তুং য়েংলুই। ইবেয়াইমনা 'করি অমুক উংলিবনো, চৎসি লাকও।' হায়বদুদা খংপ্রেক খংই। থোং লাম্নোকপ্রগা হাইফেত্তংগা অমুক তুং হন্না য়েংলকখি। মহাক্কা অমুকসু হন্না মীৎচানখি। ইকাইরমানে থুনা অদুম লৈথোকখ্রে। পুন্সিদা অহানবা ওইনা ৱাখল চরাঙনরকখি।

— ইবেয়াইমা নং নমায় যান্না থকই। সাইকলদু ঐ থৌগে।

হায়রগা মহাকনা সাইকলদু থৌদুনা লাকই।

— খবা তম্না নুপা ওইরম্বগী ফবনি। খরা ফিংবা, খোন্দা থীবা মীকা ওইরম্নবদি ইবানী য়াম্না থিনা চোপলমগনি।

করিমতা থৌশাদবমখৈ ইবেয়াইমদি ময়া ইহী হীগৎতুনা খুম্নকখি,

— মবাইবক্তুম ফবিবনি লৈশাবীনা পাখঙদা সাইকলনা থেংজিনবীববু।

মহাকনা চৈহৎখি,

— শোক্রমদবণী ফবনি ইবেম্মা। অশোক অপন যাওবম্নবদি লাই খুকম্বা চৎপ্রা হায়ববু নুংঙাইনি।

— নুপানি হায়দনা মমায়বু ওষ্মোক্না শোনখ্রেনে। মী ওইরোই মদুগী নুপাদু।

থবায তানদুম নোক্লগা হাযবকখি ইবেয়াইমনা।

-- ফরে ফবে ইবেম্মা নখোয ককশিংদুদনি নুপা থোক্লিবা মমায কন্নিবা।

হাযনা হায়না কদোমদগীনো খঙদে মখোয়গী ককশিংদু মমান্নবা অমগা উহৌ লাকহৌদে শৎ হাইজিল্লকখি। মবানি হান্না পাউ ফাওনব্রা খঙদে। সনাতোম্বীদি থোইদোক্লা খোয়জংলুদ্রে। মবানীগী ৱাবী অদুম হৌখ্রে। নুমিৎতু ইতাউ তাউনা ময়ুমদা হল্লকখি। থৌদোকতু কাউগে খনবা ইঙম ঙমখিদে।

থা অহমমুক্কী মতুংদা নোংমা ইথা থাজদনা মখোয়গী মখারোমগী ঠিকাদার যাইমখোয়গী য়ুম ছাট হৈবা য়াওরম্বদু থেংনখি। নুমিৎতুদসু মহাকপু উবদা লোৎনবা হোৎনখি। থবক শূবা য়াওবা লাকপদু খঙহন্নিংদবদগী ওইরম্বা য়াই। কাউঙমদনা লৈরক্লবা মহাকপু ইথা থাজদনা অমুক উবা ফংলকপদা সনাতোম্বীগী থম্মোয় অমুক্কা হেন্না মথুম মরাং হৌরকখি। পুক্লীংগী বা খরা শোয়দনা ফোঙদোক্লবা য়াই হায়না সনাতোম্বীনা খঞ্জখি। হুৱান হুৱান য়েংলম্বা মীৎয়েং অদুনা মহাক্কী থম্মোয়বু লৈতাফম

খঙহনখিদে। অদুবু মখা তানা লাকখিগদ্রা খল্লুবা আশাদু কায়খি। মহাক্তি নুমিৎতুদমক য়াওরবা ওইরমাল্লে। করম্না ইকাই-ইকি বাংমা লাম্না মাগী মরমদা থিগৎল্লুগদগে। মথক্তা মখোয়দৌ শাউগৎখি — 'করম্বা নুপা হায়বদুনো!' ইবেয়াইমনা হায়খিবদু নীংশিঙলকই

'মমায়বু ওম্ভোক্লা শোনখ্রেনে। মী ওইরোই মদুগী নুপাদু।' যম্না কুইনা কাউবা ইঙম ঙমদনা লৈরকখি মায়শোনবা মহাকপু। উম্নদ্রবা, থেংনদ্রবা অদুদদি তপ্না তপ্না ঈংথরকখি, চরাঙনরম্বা থম্মোয়সু . . .।

খঙদে, ঙসিদা করিগী মাবু অমুক নৌহৌননা নীংশিঙলক্রিবা। মাগী পুন্সিগী লোয়নবা ওইগদৌরিবা মহাক্তুবু ঙাইজবদা হৌখিবা থৌদোক মচা অদুনা করিবু মরী লৈনদুনা মাগী বাখলদা হাইজিল্লকলিবা। মমায় শোনবা পাখং অদুনা করিগী মাগী থম্মোয়বু শুমহৎকে তৌরম্লিবা! পুন্সিগী খোঙচৎ অসিবু নোক্লিংবসু ফাওরকই। মখা থংবগী দ্রামা য়াওবা খুরা রামবাবুনা হেক হেক হায়বদু নীংশিঙলকই — 'শিবা নাবা হায়বা, নুপী নুপা লৌন-লৈনবা হায়বসি কনামতনা শীনবা ঙম্বা নত্তে। মাগী মাগী মরায়বক্তা তমদুনা লৈখ্রপোৎনি।' মহাকসু ইথা থাজদনা মরাযবক্লা তম্বা নীপা অমগী মনাক্তা লাক্রেদনা। মমায় শোনবা মহাক্কীসু মরায়বক্লা তম্বা অমা মরাইনা লৈজবম্লগনি। বাখলগী ঈপাক্তা তাউনা তাউনা সনাতোম্বী ঙাইহাক উইরুরমাল্লে। নুপাগী খোঞ্জেল অমনা 'তূমনিংলব্রা?' হায়রকপদুদা খংপ্রেক খংই। খুদক্তা জ্ঞান তারকই। মহাক্লা লাঙতরুনা, খৌরাংনা খঙনীংনা ঙাইজবিবা মহাক্কী মপুরোইবা ওইগদৌরিবদু শোয়দনা ওইগনি। মমায় হাইগৎতুনা য়েংলুবসু ঙমদে। খোঞ্জেল নিক্লা খুমলুই — 'তূমনিংদ্রি।' — 'অসুক ফজবী তনৌরবী অমবু ঐগী লাইবক্তা তমলমগনি হায়বসি মঙদা ফাওবা মঙলুদে।' নোক্রদুনা হায়রকখিবদু তাবদা হুরান্দুনা লোম্না সনাতোম্বী নুপাদুগী মায়থোং তম্না য়েংলুই। কোকচাউবী ফুং কায়। মমীৎ তন্দন পাইরকই। মমায় খুইরবা, মীয়াই চল্লবা, কুচু মুবা নীপা অমনা মহাকপু খোয়দানা য়েংলি। হৌদুনা চেন্নিংলকখি সনাতোম্বী। মমাঙদা লেপ্লিবসি — মহাক্লা লাঙতরুনা ঙাইজরক্লিবা, মরায়বক্লা তমলরবা মপুরোইবা ওইগদৌরিবদুনি। করিদি উপায় লৈরি। শোল্লবী, মমা মপা শক্লবী মবোকনা মাগীদমক্তা ফনবা শীনবীরক্লিবনি — চরা হেন্দনবা, নুংঙাইনা লৈরুনবা। ঙাইহাক্তং উংদুনা লৈরুবদুদা হংলকই — 'কৈদৌরে তুমিন লৈরবদি? ঐবু কিরবরা?' বাহে ওইনদি খুম্নুদ্রে সনাতোম্বী। করিসু তৌদে কিদে হায়বদু উৎননবা মঙক হাইরুই অদুগা লৈজবা থৌনা পুম্বা খোমজিন্দুনা, অশাংবা স্বর অমা হোন্দোক্লগা মোমোন মিনোক তমলকই। ◆

*দিসেম্বর, ১৯৮৫*

# অকিবা মঙ

**চাউরবা** ঈপাক অমগী মনাক্তা ঐনা লৈরমলিবদু কমদৌননো খঙদে। ঐনা চৎকে হোৎনখিবদি সহরদনি। মীয়াম তিনবা মফম, চানিংবা থক্লিংবা পুন্নমক ফংবা। হোটেল, মীথুংশঙ, হায়জবদা তাবিগদবা মরূপ-মপাং, শাগে নাতৈ লৈবা মফমদনি। অদুগা কমদৌনা লম্বী ওন্নখিদুনা অহাংবা মফম অসিদা থুংলরিবনো খঙদে। ঐবু কনাগুম্বনা দন্দি পীরিবা হায়বদুরা। নত্ত্রগা লৈবাক ঝাংমদা তাম্নোরক্রবা হায়বদুরা! অদুবু ঐগী ইরালবু করিনো? তুক্কৎচনিংঙাইনা থল্লবা, মীওইবগী থম্মোয়গী ঝাফমদগী পৈশানা হেন্না লুন্না লৌনরবা সমাজগী চৎনবী অসিবু ঐনা খরা ঙাঙলু-শক্লুবগীরা? মদুনবু কয়াম চাউবা ইরাল ওইগদগে? ঐনা খুৎলাই পায়দুনা মখোয়গী মথক্তা লাল হৌরুবদি নত্তেদনা। তৌশিন্নবা, চিরোল-খারোল, নপচ-তাংজবা, ঝাচৎ-ঝানোম হৈত্রবা অদুগা অঙম অঙম্বা শেৎনদুনা চানবদা য়াওবা ঙমদ্রবদি চন্নদ্রবা মীগুম লৈবা তাবা, ফিভম অসিবু করন্নদি

পেল্লুগদগে? নত্তে, নত্তে। ঐগী ৱাখলনা লানবা শোয়দনা ওইগনি। মসিগীদমক ঐবু দগি পীবা হায়বদুদি শুকওই ওইফম থোক্তে। নত্রগনা ঐগী যেংথিনবা কন্না লৈখিবগে . . . মাগী খূজিন থৌরাং ওইগদ্রা? কন্না নীংশিঙনবা লাক্লে। অদুবু ঙমখিদে। ৱাফম মচা মচা খবদা মরৈ যেৎনখিবা, মোৎ মান্নখিদবা য়াওবা মদুমক্লা য়েংথিনবা ওইবা য়াগদ্রা? মদুমক্লা অসি য়ৌনা, ঐবু অসিগুম্বা ফিভম অসিদা লমন খুন্নবা হোৎনরক্কদ্রা? থাজনিংঙাই ওইদে। অদুদি কমদৌননো, করিগীনো ঐনা অহাঙবা লমহাং — অপাকপা ঈপাকসিগী মনাক্তা লৈরল্লিবা। অঙকপা নত্তা মসিবু . .

অসুন্না ৱাখলগী লংজিন অমতা পুথোকপা ঙমদনা লৈরিঙৈ মতম অসিদা ইখঙ খঙহৌদনা ঐগী ইপা শক্লবা ইয়াম্বগা ইমা শক্লবী ইতৈমগা আতিয়াদা পাইদুনা লাকই। ঐনা হবাওনা কৌজে 'অমুক্তা ঙাইখো, অমুক্তা ঙাইখো।' ঐনা কৌজবদু তাববগুম ইনাক্তা পাইথরকই। ইয়াম্বনা নুংশিনা কোক্তা নানবিবগা 'কৈদৌরবগে' হংলকই। কপ্পা কপ্পা তৌফম খঙদ্রবা, মায়কৈ ওন্নখ্রবা ঐগী ৱারীদু লীকই। ঐবু সহব তান্না পুবিনবা হায়জরম্মি। আশা লৈবমদ্রবা ঐগী ৱাখল হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজবম্মি। অদুবু পুন্নমক তাইওন্নখ্রে। মখুৎ য়েৎনা কোক্তা নানবিরগা, মখুৎ ওইনা ঐগী থৌবি চরম মেৎলকই। ইমা শক্লবী ইতৈমদা কনবিনবা উপায় লৈত্রবা মীৎয়েংনা য়েংজরম্মি। মোমোন মীনোরুববী ইতৈমনা মোল্লবা খুৎশা অদুনা ইয়াম্বগী মখুৎতু লৌথোরুবা লাক্লে। ঙকশমদু খবা কোন্নবগুম খল্লবা মতম অদুদা ঙকপগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মোল্লবা খুৎশা অদুগী খূজিন অদু অসুক্কী মতিক থৌবল্লে। ঐগী থবাক্তা মখূজিন থুন্না থিংজিন্দুনা থবাক শেগায়নবা হোৎনরকই। 'কবিনো নবানীনা তৌবিবসিবু! ঐনা কবি লানখিদুনা ঐসু হাৎকদৌরিবনো?' কন্না লাউজনবা হোৎনৈ। অদুবু চীন মেনশিনখ্রে ইয়াম্বনা। ঙাইহাক্কী মনুংদা হিংচাবা হিংচাবীগী শক্তম ওল্লদুনা ঐবু হুন্দোক্লন্নগা পাইদুনা চৎখ্রে। কদোমদনো খঙখিদ্রে। ঈহিং নাইহিং শারবা ঐ লৈমায়দা ফর ফর ওন্না খাঙদুনা লৈহৌরে ইথন্নতা।

ঙাইহাক লৈরগা অঙৌবা ফিজোলনা লৈতেংলবা মী খরা অমুক পাইরকই। ঐনা কপ্পা লাউজে 'অমুক্তা ঙাইবিখো, ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু।' মখোয় পাইথরকই। মখোয়না ঐগী অশোকপা মফমশিংদু নানবিবদা ফখ্রবগুম নীংলকই। মখোয়দা ঐবু পুবিনবা হায়জৈ। অদুবু খঙহৌদনা মখোয় অশংবা মচুগী লঙজা ওনখিদুনা ঐবু মচেৎ মচেৎ শেৎ শেৎতুনা চাননবা হোৎনরকই। ঐনা লৈজবী থাদুনা কন্না চেন্নবা হোৎনৈ। তাঙ্গাদুদা মচু

মচুগী নহা নুপা নুপী ময়াম অমা অমুক পাইরকখি। মখোয় লাকপদগী লঙজাশিং অদু পাইখ্রে। ঐ হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজখি হিংজরে খঙদুনা। মখোয়দনদি ঐবু শোয়দনা পুবিরগনি থাজরুই। অদুবু ঐগী আশা পুম্বা মাঙখ্রে। করিগীনো খঙদে — মখোয় মশেল অমগা অমগা কাঙলুপ কাঙলুপ নাইনদুনা লান তৌনরকই। অশিবা কয়া য়াওরকই। ঐনা খান্নবা হোৎনজে। অদুবু করিসু কান্নখিদ্রে। অঙকপা অকিবগী মশক ওইরবা লান অদুদগী নাম্ছোক্লনবা ঐ অমুক কন্না চেল্লকই।

হন্দক্তি তশেংনা হিংগদবা মাল্লে। পাক্লবা ঈপাক অদুগী তোর্বান অমদা উনা বানানা কৃন্না শঙ অমা উরকই, মৈঙাল অমসু। মদুদা মীওই খরা ফমলম্মি। লাইরিক অমসুং ইননবা চে কলম কয়াসু লৈরম্মি। ঐনা চঙখিবদু মখোয় কনাসু হন্না ফাওবা য়েংলক্তে। মাগী মাগী মথৌদা পুক্লিং চঙনবগুম তৌরম্মি। শঙ অদুগী মচি অমদা ফমদুনা, মখোয়না ঐঙোন্দা য়েংবিরকপা ঙাইদুনা লৈরম্মি। ঐবু ঙাইহাক তুমথরুরব্রা খঙদ্রে। নুপা অমগী চৈনাখোল খাঙবগী ‘হো ইমা।’ হায়না লাউরকপা অকিবা ফংলবা খোঞ্জেল অমনা ঐবু খং প্রেক খংহল্লম্মি। নীপা অমগী মথবাক্তা অতোপ্পা নীপা অমনা মচীন তুম্বা কলমগী মচীননা হঞ্জিন হঞ্জিন থিল্লম্মী। ঐনা চেনসিন্দুনা খামদোক্লবা হোৎনরুই। ঐবুসু লাক্তুনা থম্বোরকখি। ঐঙোন্দসু থিনগদবগী তৌরকখি। ইশা হিংজনবগীদমক লৈজবা পাঙ্গল ফুদোক্তুনা মাবু লাক্তুনা ঈম্বুবন্নগা ঐ শঙদুদগী কন্না চেম্ছোররুম্মি। ঙাইহাক্কী মনুংদা শঙ অদু মৈ চাকলক্তুনা তাঙ্গোয় ওনখ্রে। মীশিংদুসু অমতা উখিদ্রে। মৈ চাকপদুদা য়াওখ্রমাল্লে। হকচাং অসি ইচোক চোকথবগুম তৌরকই। খোঙ থাংবা ঝাশিল্লকই। ঈপাক অদুগী মনাক নক্লা তোর্বান অমদা কুমদুনা ঈশিংনা মায় মীৎ তাথোক্তুনা খরদং তেকখৎনবা হোৎনরুই। অদুগা হীপথরে তৌফম খঙদনা। ইশাদগী তপ্পা তপ্পা অকিবা অসুম অসুম নাম্ছোকখিবগুম তৌরকই। অশি থোংঙারেম লাক্লবসু থেংনবা ঙমগদবোই খল্লকই। লিরি লিরি শিংপা নুংশিৎনা য়ৈরকপদা চোকথরবা হকচাং খরা অমুক তেকখৎলবগুম খনখি। তাঞ্জাদুদা কদোমদগীনো নুংশিরবা পুন্না শকমিন্নবা ঈশৈগী সুর অমা তারকখি। মরোলদি লৌফম খঙদে। খোঞ্জেলদু তপ্পা তপ্পা নকশিল্লকপগা লোয়ননা গেরম্বা মচুগী ফিজোল শেৎপা, কুচু তঙাং তঙাংলবা নুপা নুপী খরা লাকলে হায়বা খঙলকই। ঐনা আশা তৌনা কৌজে ‘ঙাইখো লেপখো, ঐবুসু খরা পুবিয়ু।’ মখোয় ময়াম চঙশিল্লকই। মখোয়গী মরক্তগী খরনা ঐবু থাঙ্গৎতুনা পুরকই। ঈশৈদুদি শুকলেপ লেপ্লে।

ঈশৈদু খঙবগুম্নসু তৌই অদুবু তশেংনা হেক খঙবসু ঙমদে। সুরদুদি অসুক্কী মতিক নুংশি। তাবদা খোয়থুম্নে। সুরদুনা ঐবু ঙাইহাক্তং শুমদুনা তুমহন্নুরমান্নে। কদাই য়ৌরবগে ঈপাক্তু লৈহৌরবরা অমুক্তং য়েংনিংলকখি। মীৎ পাঙথোক্তুনা য়েংলুবদদি ঈপাক অদুগী মযায়দা চৎপা ওইরম্নে। খঙহৌদনা কিনিংঙাই ওইববা অমুবা লিন ময়াম পাইশিল্লকখি। ঐখোয তম্না। তশেংনা চঙশিল্লকপদি ঙমদে। মনাক নক্লা অদুম ইন্নদুনা লৈ। মখোয়দি অকিবা য়াওদনা ঈশৈ শক্তুনা করিমতা নাচুংদনা চৎলি। ঐঙোন্দগী মাঙবগুম তৌরুরবা অকিবা অমুক হঞ্জল্লকপগুম তৌরকই। মখোয়দুদদি করিমতা ঙমদ্রবসু, ঐঙোন্দদি মখোয়গী মমীৎনা খৌরাংনা য়েংলিবোই খল্লকই। গেরুবা ফিজোল শেৎপশিং অসিনা ঐবু হেক থাদোকপিরম্বদা, লিলশিং অদুনা ঐবু পেন্না চীকখিগদবদু খল্লুবদা হমাং কাংলকই। ইশা পুম্বা অকিবগী বাখলনা লাঙ্গোয় চনগ্রবগুম তৌরকই। লিনশিং অদুনা লৈ পরেং ওল্লকপদু পামজরম্মি ঐনা। 'গেকুবা শেৎপা' ঐবু পুবিবিবশিং অদুদা হাযজে — 'অকিবা ফংলবা লিনশিং অসি তাম্বোকপিগ্রো। অমুক্তা তাম্বোকপিগ্রো।' ঐনা হায়রিবদু কবিমতা তাদবগুম মখোযদি ঈশৈদু শক্তুনা অদুম চৎলি। উপায় লৈত্রে। মীৎ উইশিন্দুনা মখোয়না শকলিবা ঈশৈদুগী ময়েক্তু খঙদ্রবসু সুরদুদং ইনবা ঙম্নবা হোৎনরুই। সুবদু খজিক খজিক মতুং ইনবা ঙম্নবগুম তৌরকই। ঈশৈদুদা পূক্লীং লুপসিনখিবনা তপ্না তপ্না লিনগী অকিবদু মাঙখিবগুম তৌরকই। ◆

*ফেব্রুবারী, ১৯৯২*

# মঙগা তাইবংগা

স্কুল তম্মিন্নখিবা কুইনা উন্নখিদ্রবা মরূপ চাউবা নোংমা উন্নে ইথা থাজদনা কৈশামথোংদা। চহীগা মশাগী ফিভমগা চানদ্রে। অহল যাম্না ওইশিন্না উবে। মহাক্না কৌরকলমদ্রবদি ঐ খঙলম্লোই। মহাক্না ৱারী লীবদগী খঙলকই — হিংনবা লানফমদা অৱা অনা কয়া মায়োক্নরকপগী ফলনি। স্কুলদা লাইরিক ফবা ছাত্রগী মনুংদা মহাকসু চনখিবনি। লাইরিক্তদা অসুম উংদুনা লৈবা মীদাসু নংখিদে। ময়ামগী থবক্তসু থবাম্ন য়াওবা মীওইনি। অদুবু লাইবক্না তাথীবিরবা হায়বদু ওইরে। হৈনিংবা পোক্তনা হিংলিবা পুন্সি হায়বদু ওইরে। তোঙ্গজবা ৱাখলনা নমহংখিদুনা মরূপ মপাং কয়াদগী নাথেরকই। ঐবুদি মনুং মপান নাইদনা খরা নক্না তিন্নখিবদগী থৈদোকপা ঙমদনা কৌরকখিবনি হায়বা খঙলকই। মরূপ মপাং ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার অমসুং ওফিসার অচৌ অচৌবা ওইনখ্রবা — হৌজিক্তি ঐখোয়গা লাপথোক্নখ্রবা কয়া অদু নীংশিঙনরকই ইবানীগী ৱারীদুদা। কয়াদা

নোক্লিংগ্রবা। মতম অমসুং ফিভম। স্কুলদা অঙাং ওইরিঙৈ অমতা ওইনা নুংশিননা চেন চোংদুনা শান্নমিন্নরম্বা কয়া অদু ঙসিদি শকখঙনদবা লমলানবগুম হন্না ফাওবা য়েংনদবা য়াওরি, হরাও হরাও কৌনবসু য়াওরি। ঙাইহাক বারীদা উংনরিঙৈ মরক থংনা মহাক্না ইখঙ খঙহৌদনা হায়রকই,

— নঙদি করিমতা পায়দ্রবরা? খরা পায়রুসিরা? নঙনা শেল থোকপা হায়বদু তারে। ঙসিদি খরা ওফর তৌ।

— মরক মরক্তদি পায়, অদু মতম ফংতবসিদা . . . . .

লকক-লকক, ইক-আক তৌনা খুমখি ঐনা। অদুবু নাম্থোকপা ঙমখিদ্রে। থোং বাংমা লাক্লগা অদুম চঙমিন্নরে। য়াম্বা নত্তে। বারীদি নুংঙাইবা হেঙ্গৎখি। থোক্লকই। ঐনা ক্বা লৈরিঙৈদা মহাক্না খিত্তং মাঙ থাগৎখি। তাক্লাদুমক্তদা খঙহৌদনা পোকখায়রকখিবা বোমগী মখোল অমগা লোযননা মহাক্কী হকচাংনা লৈমায়দা হাইথখি। মীৎকুপ অমতংগী মনুংদা তম্বা ঙমদ্রবা লৈবাক্কী ঈরাংদা মহাক্কী থবায়সু তিনখি। অকিবা মঙ অমা মঙবগুম ইশাসি ইতাউ তাউখি। মফম মরাং খঙখিদে। ক্বা লৈবগী ঙাইহাক পম্থরমদ্রবদি ঐহাকসু শোয়দনা য়াওরমগদবনি। কুইনা উন্নরুদ্রগা ইমাঙমক্তদা থৌদোক অদু থোক্লনবা তাইবং মপুনা শীল্লকলিবা হায়বদুরা! খাঙবদা অসুক বাবা চৈনা অসি ঐঙোন্দা করিগী পীরম্লিবা। ও! মাগী নুপী . . . মাগী অঙাং . .

*　　*　　*　　*　　*

মখল মখলগী হে পাম্বী হৌরবা হৈকোল মখল মখলগী লৈ কয়ানা ফুগাইনা শাৎলবা লৈকোল মরক অদুদা অঙৈংবা নুংশিৎনা যুবগী নুংঙাইরবা তেকখৎলবা হকচাংগা লোয়ননা শান্নরম্মি ঐনা। শংবান্নরবা অতিয়াদা উচেক শঙ্গু শঙ্গুনা মনিং তম্না পাইরি। লুরবা পুথ্রিগী ঈয়াইদা ঙাশিংনা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নরি। চাং চপ মান্নরবা শংত্রিক শংলবা নাপী মথক্তা হিপতুনা পোথাখি ঐনা। খঙহৌদনা ঙাইহাক্কী মনুংদা অতিয়া পুম্বা অমম্বা নোংনা কুপশিনখি। মমীৎ ফাকলকই — শহম কল্লবা নোং নুংশিৎ অমনা ঐবু ঙকচানহন্দুনা অকিবা ফাওহল্লকই। ইনা কুপ্না পোথাশঙ মচাদুদা চেনশিন্দুনা খাঙলুই। ঙসাইমখৈ ইথন্দা ঙায়বগী করিসু খল্লুদবা, নুংঙাইবা বাখল অমদা তাউদুনা লৈরুবদু

মাঙত্রে খুদক্কুদা। পূম্মম মমশিনগ্রে। ইশানা ইশাবু ফাওবা উবা ঙমজখিদ্রে। খোঞ্জেল হৌনা লৈজবী থাদুনা লাউরুই। অদুবু খোয়াং ওইনা হন্নকপা নত্তনা কনামত্তগী খোঞ্জেল তাখিদ্রে। অসুম অসুম তপ্না তপ্না অকিবনা ঐবু লাঙোই চন্নকই। খন্নকই — ঐগী অরোইবা নুমিৎ হায়বদু লাক্রমান্নে। স্বর ফুনগৎপগুম তৌরকই। আশা পূন্নমক থাদোক্লবা মত্তমদুদা মৈবুলগুন্নবা মঙাল অমনা ঐবু খংগ্রেক খংহনখি। মৈঙালদুগা লোয়ননা ফিঙাং জোন জোন লাউনা শেংপা,কোয়েং য়েংপা মকোই চোম্বা নীপা অমা ঐগী মাঙদা লেপ্লুনা লৈরম্মি। মহাক্না ইঙ্গিৎ তৌদুনা মাগী মতুং ইন্নবা হায়রকই। মন্নুনা শুম্নাংখ্রবা মীগুম করিসু খন্নুদনা মাগী মতুং ইন্নুই। কয়াম শাংনা চৎলবনো খঙদ্রে — মশেল মঙালনা থন্নবা উনা অমতা পান্দ্রবা, মশা মরেং য়াম্না লোঙবা উপাম্বী অমগী মনাক্তা মহাক চপ লেপখি। মহাক্না য়াম্না চীং লেন্না তপ্না হায়রকই —"লাইওইরবা উপাম্বীনি। উপাম্বী অসিগী মশাশিংদা. মীনুংশি য়াওদ্রবা মীওইশিংনা তমথিবা মওংদা হাৎপিখ্রবশিংগী থবায় কয়ানা হবাওনা শান্নজফমনি, পোথাজফন্নি।" মহাক্না হায়বগুম্নদুনা অঙাং অমদি নুপী-নুপা, নহা-অহল, কযাগী শক্তম মানবা পীশক্তি পীকপা কয়ানা উশাসিং অদুদা য়ান্দুনা, চেন চোংদুনা শান্নরি। মখোয়গী মতৌ যেংদুনা ঙাইহাক ঙকচানরিঙেদা লমজিংলম্বা নুপা অদুসু মাঙখ্রে। মখোয অদুসু অমম্বা মৈখুগী মপৈ অমনা খুমজিনখিদুনা উখিদরে। পূর্মচিক চিকখরে। ইথক্তা অমুক ঙায়হৌরে। কনানো খবনা ঐবু কন্না কন্না কৌরকই . . ।

*            *            *            *

অয়ুক মন্নি মন্নি তৌবদুদা সিফাইশিংনা ঐগী য়ুমদা পূমকোয কোয়শিন্দুনা লৈরম্মি। নহারোল খরা চেনশিনখ্রে, মদুগী থিবা ছম্বা তৌরিবনি হায়। ইমুং চঙশিন্দুনা কোয়য়েং য়েংই। ইমুংগী মী পূম্বা পাখৎনা, মিহুল থক্কৎনা লৈনরি। ইচানুপী লৈশাবী অদুগা ঐগী নুপীগদি পাখৎপগী মথক্তা কপ্নীং কপ্নীং তৌমসু উরি। থোকহন্নীংদবা থৌদোক কয়া থোক্লবা য়াই খন্নুবদা ঐসু ছমাং অনপ্নী কারকখি। মখোয়গী মরক্তগী অমনা ঐঙোন্দা ৱাহং কয়া হংলকখি — "তশেংনা উহৌদব্রা? করিমত্তা খঙদব্রা? করম করম্বা নহারোল লাকই? . ." অসিনচিংবা। ঐগী পাউখুম হায়ববু 'করিমতা খঙদে' হায়বসিতনি। পাউখুম

খুন্না খুন্না ঐগী পুক্নীং লৈতাফম খঙলক্তে। সিফাই থরনা ঐগী নূপী অমসুং ইচানুপীদা মিতানা য়েংলিবগুম খল্লকই। চৈরক্নুদা কদোমদগীনো খঙহৌদে মশক খঙদবা নহা অমা মনিঙলোমদগী ফাদুনা পুথোরকই। মদু উবগা খঙহৌদে মখোয় থরনা 'খঙদে হায়বদাই, করিগী নচীন থীরি' হায়দুনা মীৎ মায় খঙদবমখৈ ফুজিল্লকখি। ঐগী নূপী অমসুং ইচানুপীগী কপ লাউবগী খোঞ্জেল অদু তানা তানা মখোয়গী মখুৎ পেন্না ফুরিবা চৈফুদুদা ঐহাক জ্ঞান তাখিদ্রে।

*   *   *   *

লমশাং লাকপগী চোকথরবা, ঘারবা ঐহাকপু নৌরবা খূৎশা অমনা তপ্না তপ্না নানবিখি। কনানো হায়বদুদি খঙবা ঙমদে। মশক খঙননবা মীৎ অমুক্তং পাঙথোক্কে হোৎনবা অরেম্বদা তাপ্রে। ঐবু মীৎ চেজেৎ খুমজনপ্লবরা হায়ফম খঙদ্রে। অঙৈবা নুংশিৎনা তপ্না তপ্না য়ৈরকপদু ফাওরকই। তশেংনমক্কী অইংবা নুংশিৎনা নব্রগা শকউদ্রবী শকখঙদবী অদুনা হুমাই হুমলিবরা। মদুসু খঙবা ঙমদে। হকচাং থরা তেকথৎলকপগুম তৌরকই। শকখঙদবী অদুনা খূৎ পায়দুনা ঐবু চিংবগুম তৌই। দোলাই অপাইবী অমদা তোংহনখিবরা। পাইদুনা চৎপগী মওং অমা তৌরকই। পুল্লম্লিবা মীৎকী ফিদু লৌথোকপিগ্রমাক্লে। উবাফংলকই — চীংয়া-তময়া, লৌবুক-লমহাং। অদুগা মহাক্নুদি কদাই? ইথন্তমক দোলাই অপাইবীদুদা লৈরম্মি। ঙকচানরিঙৈ মরক্তুদা মেঙলবা খোঞ্জেল অমনা হায়রকই — "নহাক ঐবু উবা ফংদ্রবরা? নহাক্না করিগুম্বা নশাগী ওইজথিবা বাখল, নাপল, কল্লক-খম্বন, মিহৌবা অদু থাদোকপা ঙম্লবদি ঐবু শোয়দনা উবা ফংগদবনি। ঐবু উবা ফংদ্রবসু ঐগী খোঞ্জেলফাওবদি নহাক তারিদনা।" ঐনা লাঙতক্কনা খুমখি — "তারি নহাক্কী খোঞ্জেল তারি। নহাক্না হায়রিবশিং অদু মীওইবগী হৌনশানি। অদুবু ঐসু য়ারিমখৈ মদু পুন্নমক্তু খুদুম চনশিন্নবা হোৎনজরিবা মীশক অমনি। মীয়াম মরক্তা লৈরিবা ঐদি লায়রদুনা, সাধু সন্যাসী লাই নীংদুনা লৈপ্লবা ফাওবদা . . . " ঐনা হায়বা লোইদ্রিঙৈদা মানা নোক্লদুনা হায়রকই — "য়েংউ তুঃ মাঙদগী লমদম অসি - লৈরিবা মীয়াম অসি। শূমিন্নরিবা, চামিন থকমিন্নরিবা, শান্নমিন্নরিবা। মখোয় কনাসু য়েংথিনদে, কল্লক্লদে, হাৎতোক্লদে। মখোয়গী তাইবং তোঙানবা তাইবং অমনি।" উরকই

নোকমি নোকমিবা মায়থোংলো থল্লবা নুপা নুপীশিং। মীৎনা উরবমক্তদা ঐ থাজবা ঙমখিদে। ঐনা শাউনিংনা হায়খি — "মীনম্বনি, পূন্নমক মীনম্বনি। নঙ মায়বীনি। নঙনা মীত্রং তৌদুনা ঐবু পঙউ উহনবনি। মমায় লৈরো নঙগী দোলাই। পুরো ঐবু ইরমদমদা।" ঐনা হায়বা লোইরম লোইফাৎত্রিঙৈনা কল্লবা নোং নুংশিৎ অমা হৌরকখি। অদুগা মরক অদুদা পাইরকখি দোলাই অদুসু মায়কৈ শলাই খঙদনা। নোংথাং কূপ্লকই — অখাক অরাও তৌরকই — নিল্লকই দ্রং দ্রং মখোলনা. . . .।

ইনক নক্লা অয়ুক অঙনবদুদা নোংমৈ মখোল বোম মখোলনা নিনখি। পাখৎলবা ঐগী নুপীনা হায় — "সিফাইগা নহারোলগা কাপ্নরেয়ে। ইমুংদগী হেনবিরনু।" হায়না হায়না থোঙ থোঙনাউ লোনশিনখি। অদুগা মচানুপীবু মথানুংদাচেজেৎ কোনশিন্দুনা লৈখি। মমা মচাগী মতৌদু য়েংলগা ফাওরকই পূক্লীংদা — 'করিগুম্বা মমা মচাবু ইমাঙমক্তদা শারাক তমলরবদি কমদৌবা! মদুদা কমদৌনা খাঙগনি ঐনা।' খনফম খঙদ্রবা বাখলনা চিংখিদুনা কাম্বদা লৈরিবা থাঙজৌ অদু ময়া থৌরিব্রা য়েংলুই। মীৎসিদা অমুক উরকই — লাইওইরবা উপাম্বীগী উশাশিংদা চেন চোংদুনা শাম্ববা শক্তম কয়া অদু. . . .। ◆

*জনুৱারী, ১৯৯৪*

# থায়না থায়না মমাঙঙৈদা. . .

— **পুপু** ৱারী লীবিয়ু পুপু।

মশূনা নীংঙাই তৌবকই ৱাবী লীবিনবা। ৱারী পামদবা অঙাং কনা য়াওবগে? কনা য়াম্নসু লীগ্রবনি মহাক্না নীংশিংঙবা ফুঙ্গা ৱারী কয়া। মণিপুরগী চীং অমসুং তমগী ফুঙ্গা ৱারীদগী হেন্দোক্লুনা মহাক্না থেংনরকপা অতৈ লমগী ফুঙ্গা ৱারী কয়াসুনি। অদুমক্তদা লোইবা নাইদে, ৱারী পাম্বা মশূগী নিংঙাই। 'ৱারী হায়ববু করিনো? ভাবনা শাবা অদুগা নুংঙাইহনবা। অশেংবা ৱারীবুসু ভাবনা শাবা মালহনবা, অদুগা অসুম্না হেক্তা হৌবা — থায়না থায়না মমাঙঙৈদা . . .' অসুম্না খন্দুনা ৱারী লীনবা শেম শাবা হৌরকই। অদুবু করি নীংশিংঙলক্লবনো খঙদে হৌনা নোকথোরকই।

— পুপু! ৱারী লীয়ু হায়রগা করিগীনো নোক্লুনা লৈরিবদি?

— কৈসু তৌদেদা। পুপুদো করিনোমা নীংশিংঙলকপা। লীরগে। লীরগেসে।

অনুমুত্রো থায়না থায়না মমাঙৈদো হিংচাবা অমম চৈরাশী।

— নত্তে পুপু। হিংচাবা হায়রগদবা নত্তে। নিংথৌ অমা পান্নশী হায়রকপনুত্রে।

— হোয়নে হোয়নে হিংচাবা নিংথৌ অমা পান্নশী হায়বনি। অসিত্তদা হিংচাবা নিংথৌ অদুগী লৈবাক্তা চাকথাক- অন্নশী, প্রজা মীয়াম্না পালি নাইনদুনা, নোমশী শোয়দনবা, হিংচাবা নিংথৌগীসু মনাই কন্নাইবা কৈ মকোক পানবাশিংগীসু। শা-মথেল, ঙা-মথেল, সনা-লুপা, হৈ-লৈ। মদু কৎপা ঙমদবশিংনা মশামক চাকথাক ওইবা তাই। অসুম্না মাগী মাগী পালি লাক্কনি খনবদা অকি-তুজুংননা হিংলি লৈবাক্তুগী প্রজা মীয়াম্না।

— পুপু। হিংচাবা নিংথৌনা করিগীনো অদুক কৎত্রিবা? নিংথৌদি মাগী প্রজাবু লুনা তৌগদবা নৎত্রনে?

— চুম্মি। লুনা তৌগদবনি। অদুবু কমদৌনি। লৈবাক্তুগী প্রজাশিংগী মরাইবক তারেদনা।

— হিংচাবা নিংথৌদুগী মতুংদসু হিংচাবনা অদুম নিংথৌ ওইখিগদ্রা পুপু?

— হায়বা ঙমদে। লাকপা যাই মীনুংশি খঙবা, লৈবাক্কী খনবা মী নিংথৌ অমা, লাইবক ফরবদি।

— হীংচাবদুবু হাৎপা ঙম্বা মী অমতা লৈত্রবরা? ঐ ওইরবদি হাৎকনি পুপু।

— তুমিন লৈয়ু। লাউনা ঙাঙগনু। হিংচাবা নিংথৌদি তাদবা লৈতবনি, মাগী মনাইশিংসু তাদবা লৈতবনি।

— পুপু। থায়না মমাঙঙৈগী বারীনি হাযবদাইনে?

— চুম্মিনে, হোয়নে। থায়না মমাঙঙৈগী বারীনি। হৌজিক্কী নত্তে। অদুবু মখোয়গী থবায়মিদি কোয়পাই পাইদুনা লৈ মতম খূদীংমক্তা। অদুনা চেকশিন্দবা যাদে।

— তুমিন লৈরগে। অদো মখা লীরকও পুপু।

— অদুদগীদিনে মথং মথং পালি অসুম পুনরকপনা নোংমদি মতৈ মনাওদা লৈজবা, মচাসু পোক্তবা লাইরবা নীপা অমগী পালি তারেদো। উপায় লৈতবনিনা মহাক্কীদি মহাক মশা নত্রগা মাগী নুপী অনীগী মনুংদা অমা চাকথাক ওইহল্লুবা তাখি। মবানীমক্তু অমনসু অমনসু 'ঐ চৎকে, ঐ চৎকে' হায়দুনা য়েৎনদুনা লৈরে। লাইখায় তাবা ইঙম ঙমদে। য়ুমথংনবশিং, লৈকাইগী মীশিং লাক্তুনা বায়েন্নবা হোৎনৈ। অদুবু ঙমদে। নুপীদুনা হায়, 'ঐ ইপুরোইবগী মাঙথানা শিবা হায়বদু ওইজগে।' নুপাদুনা হায় 'ঐ লৈনা লৈনা ঐগী

নুপীবু চাকথাক ওইনা চৎহনবা হায়বসিবু হৌনরিব্রা? লৈবাক মীয়াম্না ৱারীনহৌগদবা থবক্নি। ঐ চৎকনি। ঐনা চৎফম থোকই। ময়াম্না মহাকপু খরা খাম্বিয়ু।' নুপীদুনা অমুক হায় — 'ইশা নহা ওইরিবী ঐনা লুপ্রা ওইনা লৈহৌবদু লৈঙাক মওং অসিদা ঙমজরোই। অদুগীসু মথক্তা মপুরোইবগী মাঙ থানা চৎচবা ঙম্বী, থৌনা ফবীদু ওইজগে। নুপীবু অদুক হম্থনসু লৌবিগনু।' অসুম্না অমনা ঙাঙঙে চুম্বোই নিঙ, অমনা ঙাঙঙে চুম্বোই নিঙ - মতমনদি য়ৌশিল্লক চৎতবা য়াদ্রবা মতাং অদুদা নুপী অদুনা মপুরোইবগী নাকোংদা তুমিন্না ৱা খরা হায়রবা মতুংদা মাগী নুপাদু য়ারে। মশক মতৌ চঙখোল্লবী নুপী অদুনা লৈকাইগী মচেম মনেমদগী ফজবা ফিরোল খরা নিজদুনা লৌজরে। মদু শেৎ-ইন্দুনা মাগী হৈজবী ঙমজবী মওংদা কেজরে। নীংথিজরে, ফজরে। মপুরোইবদগী, মীয়ামদগী কপ্পা কপ্পা বিদায় লৌজরে। চৎখ্রে চাকথাক ওইরুনবা কনাসু লোইনদা হিংচাবা নিংথৌগী মনাক্তা। নোংঙাল্লগা থৌনা ফবী নুপীসিগী ৱারীনা লৈবাক শিনবা থুংলকই। য়ুমথোং খূদীংগী ৱারীনফম ওইরকই। মতম খরগী মতুংদা লাইরবা নীপাদু পৈশা পায়খৎলকই। করম্না নুংঙাইখৎলক্লিবা কনানসু খঙদে। অহীং অহীং মাগী নুপীবু কৌদুনা তেংথাবদি লৈকাইনা তাই। মসিগী মতাংদা কদোমদগীনো কমদৌননো খঙদে, ৱারী অমা কন্না হায়নরকই — মাগী নুপী লানঙমদ্রবা থৱায়না ভুট ওম্দুনা লন থুম কয়া লৌরুরগা পাইরম্বনি মাগী নুপাদা।

ৱারীসিনা মরম ওইদুনা নুপীদুনা ওনবা ভুট থেংনগনি হায়দুনা লৈকাই অদুদা মপান থোক্লদে নুমিদাং হেক মমখিবগা।

ৱারী লীরম্বা মপু ঙাইহাক তুমিন লৈখি। মচীন্দা শোন্দোকখি 'ইবেম্লে।' মশূনা হংলকই,

— পুপু! নুপীদুগী মমিং ইবেম্লে কৌব্রা?

খংপ্রেক খংই মপুদু।

— হা! করিবো! নুপীদুগী মমিংবো কৌদে কৌদে।

— অদুদি করিগীনো হৌজিক্তা ইবেম্লে হায়খ্রিদুদি?

— ইবেম্লেগী ৱারীনা ইতোপ তোপ্পা ৱারীনি। মদু ঐ কোন্না লীগে।

— অদুদগী কৈদৌরবা পুপু।

— অদুদগীনে. . . উম কদাই য়ৌখ্রে ৱারী মতাংদুবো?

— নুপীদুনা ওনবা ভুট থোকই হায়দুনা ময়াম্না কিনবগী মতাংদু য়ৌগ্রে।

— উম, অদুদগীদি ভুট থোকপগীবারীসি হিংচাবা নিংথৌগী মফমদসু য়ৌরকই। বারীদু তারগা পঙনোক্তা নোকই হিংচাবা নিংথৌ।

বারীদু অশেংবা নত্তে। ভুট ওনবগী ভাবনা শাবা বারী শন্দোক্নুনা মীয়ামদাঅকীবা পোকহনবা য়ারোই। বারী-শন্দোক্নবা মীওইশিং ফাগনি। দণ্ডি পীগনি।

অসুম্না হুকুম থোক্লকই নিংথৌনা। হুকুমদু কিনবনা বারীদু শীনবা লেপখি। বারীসিদগী শেমদোরকবা বারী অমনা অমুক মহুৎ শিল্লকই।

মতীক ময়াই লৈবা লাই অমগী থৌগল ফংগ্রবী নুপী অমনা শিগ্রবা মতুংদা মাগী থবায় মিরেলনা কোয়পাই পাইদুনা লৈ পৃথিবী। শিন-থুংনা। অদুগা পুরকই সনা-লুপা, লন-থুম কয়া মরমদমদা।

— অদুদগীদি কৈসু হায়খিদ্রবরা হিংচাবা নিংথৌদু পুপু?

— উম, হায়খিদ্রে। অদুদগীদি ইখঙ খঙহৌদনা নীপা অদু মাঙখ্রে। হিংচাবা নিংথৌনা নিপাদুবু ফংনবা ঙম্বমখৈ থিবা হোৎনরকই। উপায় লৈখিদ্রে। মাগী পাউ পীবা ঙম্বা মীদা মনা পীগনি লাউথোকই। মদুসু কান্নখিদ্রে।

— পুপু, অদুদি মখোয়গী লৈবাক্তু বাংমা লাম্না চেল্লম্নগনি নুপাদু।

মশূনা বাবীগী মরক থৎনা হায়রকখিবনি।

— মদু ওইবা য়াই নৎত্রগনা নুপা অদুবু নুংশিবা মীওই কয়া লমদমদুদা লৈখিবদগীসু ওইবা য়াই।

লম্বীদা সিফাইগী গাড়ী ময়াম চৎপগী চরাংনবা মখোলনা মশূ মপুগী বারী ঙাইহাক লেপখি। মপুগী বাখল লৈতারক্তে। গাড়ী ময়াম থৌজিল্লক্নুনা নোংমৈ চিন্দোল মরক্তা মশূ-মপু অনীবু লাঙ্গোয় চল্লরবগুম খল্লকই। মশূবু চেজেৎ কোনশিল্লি। বাখল অমদা তাউদুনা লৈখি। গাড়ীগী মখোল নেমথখ্রে। মশূনা হায়রকই,

— পুপু কৈদৌরবগে? বারী মখা লীরকও।

— মখোয়শিংদু চৎখ্রবরা?

— কনাসু লাক্তে পুপু। লম্বীদা গাড়ী চৎখিবগী মখোলনি।

— পামহৈবসু লাক্তবা?

— পুপু করিনো নঙবু ঙাওরবরা? কাকা পামহৈবদি শিখিবা কুইরে হায়বদাইনে?

— চুম্মি। কুইরে নঙগী কাকা পামহৈবনা শিখিবা।

মচা পামহৈববু খঙনিং নীংশিঙলক্তুনা মথম্মোয় নৌথরকই। মমিৎতু পিনা থুম্মৎলকই।

— নঙগী কাকা পামহৈবদুসু নঙগুম্না বারী য়াম্না পাম্মী।

নীংশিঙলকখি। মতম কুইনা মাঙলুরবা মতুং, নোংমা নোংমৈ মরুনা চয়োম শানা য়োমলবা মচা পামহৈবগী থবায় য়াওদ্রবা হকচাং ময়ুমদা পুরকখিবদু। মশূনা তকশিন্নকই,

— পুপু বারী মখা লীরকও। ঐ তুন্নীংলে।

— অদুদগীদি . . .

বারী মখা তাবা গুমদ্রে। ইখঙ খঙহৌদনা মশূনা হায়রকই,

— পুপু ঐ খঙলে, হিংচাবা নিংথৌদু শোয়দনমক্কী নোংমদি মাঙথ্রবা নিপাদুনা হাৎলবগনি।

— মী অমগা অমগা পঙহাৎতা হাৎতোক্লবা। লমন পঙখুমদা খুন্নবা। মসিনা কান্নববু করিনো?

— পুপু, ফৎতবা হিংচাবা নিংথৌদো হাৎত্রবদি লৈবাক্তু অদুম বাদুনা লৈগদৌরিবনি। মহাক হাৎপা তাবনি। নহাক্না হায়দ্রবসু খঙঙেবা নুপাদুনা শোয়দনা হাৎকদৌরিবনি। চুমদ্রনে পুপু?

— নত্তে নঙনা খল্লিবদু ওইদবসু য়াই। মহাক্তি মী হাৎতুনা লমন খুম্বগী মছৎতা তোঙানবা মখলগী উপায় শীজীন্নদুনা মীযামগী ঈহৌ অমা শাগৎনবা হোৎনরম্বসু য়াই। ফরে বারী মখাসে কোন্না লীরগে। তুম্মো, তুম্বা থেম্মো।

নাউশুম ঈশৈ অমুক শক্তুনা মশূবু তুম্বা থেমলক্কই। ঙাইহাক্কী মনুংদা ইশি শিনা তুমথপ্রবা মশূগী ইচম চল্লবা মায়থোঙদা মুন্না য়েংদুনা লৈ। অদুগা মচীন্দা মুকম মুরুম শোল্লকই,

'করম্বা তুংলমচৎকী পুন্সি অমনা ঙাইৰিবগবা নঙবু' ◆

*জুন, ১৯৯৪*

# অশিবগী ৱাকৎ

**থেঙলবা** অহীংগী মতমনি। মোংফমদগী অশিবা ময়াম মরী মরী হৌগৎনরকই। মপাল কাওজেবুঙ তম্না লাকই। মরু ওইনা তমথীবা মীহাৎতা হাৎপিত্রবশিংনা অয়াম্বা ঙাক্তনি। অহীং খূদীং মখোয়না মখোয়গী পেন্দবা ৱাকৎ কয়া পুথোক্লদুনা খন্নে। খন্নরিবসিগী কান্নবা করিনো মখোয় খঙদে। অদু ওইরবসু মখোয়না থাজে মীওইবগী থম্মোয় পানবা মীওইশিংগী মফমদা নোংমদি শোয়দনা মখোয়গী পেন্দবা ৱাকৎশিং অসি য়ৌখিবা য়াই অদুগা তমথীবা মীহাৎকী চৎনবী অসি তোকখিবা য়াই। মী অমা হাৎপদা করিসু থৌশানরক্লিবা, মীগী মমল করিসু লৈতনা লৌনরক্লিবা মওং অসি মখোয় থম্মোয় শোক্লা পেন্দে।

কাওলুপকী ইরাংদা শিরক্লবা অহল ওইরবা নীপা অমনা ময়ায় তাংবলদা ফমদুনা মীফমদু হৌরকই। অহানবদা নুপী লৈশাবী অমা, মশা পূম্বা নৈথৎপিদুনা ইজ্জৎ

মাঙহনবীরগা তমথীবা মীহাৎতসু হাৎতোকপিরম্নবা অদুগা মীহাৎপশিং অদু অঙম-অথৌ, ইনাক খুনবগী মচা মশূ ঙাক্তা ওইবনা মথন্তা সুইসাইদ তৌদুনা শিজবা তাহনখ্রবী অমা। তাম্নবা খুঙ্গংগী লমদম অমদা পোকখিবী লাইরবী লুখ্রাবী অমগী মচানি। পুন্সিগী আশা কয়াগা লোয়ননা সহ্বদা মনে থোকপা অমগী মনাক্তা ইমুংগী থবক-ইনখাংসু মতেং পাংবা ওইনা লাইরিক তম্বা লাকখিবনি। শম্না মহাক্কী য়েক্লবা ওইরবগুম মহাক্কী মশক্তা মিকারবা নহা পাখং কয়ানা লাং থাক্লবা হোৎনরকখি। মদুবু মোং হাজদ্রবী লাইরিক-লাইশুদা থব্রায় লুপচবী মহাক্না পূম্নমক্তুদগী ফজবা ব্রাহৈনো নাম্থোক্লবা হোৎনজরকখি। অদুবু তমথীরবা ব্রাখল চেনবা মীওই খরগী মফমদগী নাম্থোকপদি ঙমখিদ্রে। অচেংবা ঙাইদুনা লুমদুনা লৈরবা মখোয়না নোংমা নুমিদাংব্রাইরম মথন্তা লাকপা তাঞ্জা অমদা মহাকপু ফাদুনা পুখি। সহ্বদগী খরা থাপ্না মফম অমদা পুদুনা শারাক তমখি, অমতসু নন্তুনা মখোয় মঙামক্লা।

ইশাগী ইজ্জৎ মাঙখ্রবসু মখোয়বু লেম্না থাররোই হায়বা ঐগী থম্মোয়বু খঙলদুনা, লৈকা ফম্না শাৎলিবা লৈরাংবু মচেৎ মচেৎ শেগায়দুনা শাম্নবগুম ঐবু মনীং তৌনা শাম্নববা মতুংদা খৌরি মেৎখায়দুনা মখোয়না ঐবু হাৎখি। য়াইতোং খমদোংবা ইনাকখুনবা মচা ঙাক্তনি। ইনেবু মখোয়না লাইনা শুমখি। ঐবু ইনেগী ময়ুমদা পুরক্লুনা, ইনেগী ইম্খোল মতোন্দা হৌবা হৈনৌ পাম্বীদা থৌরী য়ান্দুনা শিবা তাহনখি। শাজিম্লবা ব্রারীনা অশেংবা ব্রারীদু খুমজিনখি। উপায় লৈখিদে। লাইরবী লুখ্রাবী ইমানা ব্রাম্থ-ব্রাম্থনা থম্মোয় শোক্লা তেংথাখিবদু খাঙফম খঙখিদে ঐ। তমথীবা থম্মোয় চেম্লবা মীহাৎপশিং অদু ঙসিসু করিমতা মরাল লৈত্রবা মীদৌনা' চৎলি। অরং অরাকতা মিতাবী কয়ানা মশানা য়াজনা মখোয়গী শাম্নপোৎ ওইরি। খঙবীখিদ্রে কনানসু লাইবক থীরবী ঐগী মীশি। মদুগী অচুম্বা। হৌজিকসু চৈনাখোল ফাওরি মখোয় মঙানা ওৎখিবদুগী।

ব্রা ঙাঙবা থোকখিদ্রে মহাক। থম্মোয় শোক্লা কপলকই, ওম্ন থোইনা।

মথংদা কাঙলুপকী ইম্নাংদা শিরক্লবা অঙাং অনীগী ব্রারী তমলকই,

'নুমিৎতু স্কুল ছুটি থারগা নুংথিলগী চরা ব্রাম্লুরনি হায়বগী নুংঙাইবা ব্রাখলদা চেম্না চেম্না ইবানি য়ুমলোমদা লাকখিবনি। অদুবু অহাঙবা লমহাংদু ফাওরকপদা মখুত্তা খুৎলাই পায়বা মখোয় খরনা ঐখোয়বু ফাখি। ঐখোয়না কিনা লাউজখি। মখোং পায়দুনা কপখি। অদুবু পূম্নমক অরেম্বা তাখি। শা-ঙা হাৎপগুম ঐখোয়বু তমথীনা হাৎখি। ইমাগী

তম্পাক্তা ওন্ন-থোইনা শান্নজরিবা ঐখোয়গী পুন্সি থদথপিগ্রে লম্মখাংদা। ঐখোয়গী ফিভম কায়রবা অশিবা হকচাং উরগা ৱাহু ৱাহুনা কপখি ইমানা, বাবাসু য়ান্না কপখি। ঐখোয়গী ইরালবু করিনো? জাৎ তিন্নদবা ওইরুবগীরা? তমথীবা ঈ খৌরাংলবা মীওইবশিং করিগী লৈহনবীরমলি তাইবং শেম্বা মপুনা। করিসু খঙজদ্রিবা অঙাং ঐখোয়ফাওবদা মীনুংশি ফাওদ্রবা মখোয়না তৌবা ঙম্মোয়দবা করিনো? কাঙলুপ নাইনবগী খুরবা মীৎয়েংনা শা ওলহনগ্রে মখোয়বু।'

তেংথারকই অঙাং অনী মমা মপাবু কৌরদুনা থম্মোয়শোক্না খাঙঙমদনা।

মথংদা খঙহৌদনা পোকখারকপা বোমনা পান্দুনা শিরক্লবা, পিক্লিবা মচা অনী অমসুং নহা ওইরিবী মাগী নুপীনা অৱা ঈপাক্তা তাহৌরবা নিপা অমনা মহাক্কী ৱারী পাউদমজরকই —

'ইরাইবক থীবনা লাইরবা হায়বদুসু ওইরুরে। নোংম-নোংমগী থোকউ থোকউবা থবক শূদুনা চবা হেন্দনবা অদুগা ইচা অনী অদুদং ফাওবদি ইশা মতীক চাজহৌদ্রবসু লাইরিক লাইশু ফজনা তমহনগে খঞবা ৱাখলদা হিংজরকখিবনি। নুমিৎ অদুসু মবানীগী অৱাৎপা লাইবিক লৈরগা অমদি ঙা চারক্তবা ফনসু কুইরে, ঙা চবা অমতং লৈরগা ইপা ইচা ঐখোয় পুন্না হরাওনা নোক্নুনা চামিন্নরুগে খন্দুনা য়ুম তম্না লাকচখিবনি। অদুবু য়ুম য়ৌবমদাই থজক্তং ঙাইরবা মতম অদুদা ঐগী মপা চানা বোম অদু পোকখায়বকখিবনি। খূদক্তা হকচাং অসি মচেৎ মচেৎ ফক্তুনা ঈনা পুমচাই চাইখি। মসিবু ঐগী ইবাইবক্তা তাইনগদ্রা নত্ত্রগা মফম মতম চাদনা বোম পোকখায়হল্লিবা মখোয়শিংদুদা তাইনগদ্রা নত্ত্রগনা শক্তি মুয়বদা ঙাওরবা শেঙ্গা থুনজানা হাববা মখোয়দা তাইনগদ্রা? পীক্লিবা ইচা অনীগা মমাগনা কয়াদা ওন্ন-থোইনা খাঙহৌবা। নহা ওইবিবী ঐগী নুপীনা মথম্মোয় ৱাবকপা ঙমদ' কাইদোংফম হোংখিবা মতমদা ইচা অনীগী পুন্সিনা করি ওইহৌবা! শিরবসু মরম চানা লৈবাক্কী মীয়ামগী য়াইফনবা হীরমদা শিবা ওইববদি ফৈ। অদুদি নত্তনা মফম মরাং খঙদবা অসিগুম্বা মীশি অসিদি কনানা পামফম থোকপগে? তম্বা ঙমদ্রবা নোংমৈ গুলি অমসুং বোমগী মচীঞ্জাক ওইরবা ঐখোয় কয়া অসিবু ইরাইবক্তা অসুম তাইনজরগদ্রা?'

ঈ কারবা মমীৎ অদু শুকতোক্লকই মশা থক থক নীকলকই। ৱা মখা তানা ঙাঙবা ঙমখিদ্রে।

অসুন্না অমগী মথংদা অমা, তমথীবা মীহাৎতা শিরক্লবা মখোয় কয়াগী পেন্দ্রবা বাকৎ, বারী ময়াম অদু লীনরকই। 'মীনা মীবু তমথিনা হাৎপগী চৎনবী অসি কৈদৌঙে লোইগদগে?' কম্না লাউরকই খোঞ্জেল অমতা ওইনা। অহীংগী মতম লোইশিন্নকদৌরে। অদুনা মখোয়গী খন্নবা মীফমসু লোইশিনবা তারক্লে। মথংগী অহীং অমুক ঙাইবা তাই, ঙসিগী বা ঙাঙবা ফংহৌদ্রবশিংনা। তপ্না তপ্না নীংঙমদ্রবা খোঙথাংদা হন্নখি মাগী মাগী মোংফমশিংদা মখোয়।

হেনগৎলক্লি অহীং খূদীং মখোয়গী মশীং অসুম লোইবা নাইদনা . . .। ◆

*ফেব্রুবারী, ১৯৯৪*

# মহাক্কী মরায়বক

**রাখল** নুংঙাইবক্ত্রবা মতমদা কাঙজৈবুঙগী অৱাং থংবা কাচিন অদুদা ইথন্তা হেক হেক ফম্বসি ঐহাক্কী হৈনবীনি। পুস্নিগী অৱা অনা কবিমতা চঙদবমখৈ অঙাং ময়াম্না বোল শান্নবদু য়েংলগা অঙাং ওইরিঙৈগী পুস্নিদু নীংশিঙলক্তুনা রাখল নুংঙাইতবা খরা ফবগুম তৌই। নোবাব কাওবীদগীনা রবরগী বোল অদুদগী শউনগী বোল ফাওবা শান্নবা ঙম্লকপগী মতমশিংদু কয়াদা নুংঙাইখ্রবা। অমাংকোইবী, অথালি-পথালি, কেলা থুগাইবী, চৈতেক কোৎপী মশান্না কয়া কয়া . . । হৌজিক্কদি কয়াদা খেন্নরিবা! অকিবা য়াওদনা নীং তম্না শান্নজবগী পুস্নি মতেক খরদু নীংশিঙবতদা নুংঙাইরি। অদুবু মতম — মতম্না য়াখিদে অঙাং ওইদুনা সুম লৈবদুদি। লেপ্তুনা চেনবা পুস্নি ঈচেলদা মথং মথং য়ৌরকখি। হৌজিক্তি রাখলগী পোৎলুম ময়ামনা শাউনীংবা নুংঙাইতবা কয়া মথং মথং হাপচিল্লকলি।

অসুম্না ৱাখলগী মঙলান্দা তাউদুনা লৈরিঙেদা কনানো অমনা তুংলোমদগী নংগন্দা খুবাক্কা থারকপদা খংপ্রেক খংই। শাওনিংনা নুংঙাইতনা কনানো হায়না য়েংলুই। অদুগদি কলেজ তম্মিন্নখিবা, কুইনা উন্নখিদ্রবা মরূপ জয়বী ওইরম্লে। মহাক ঐনা খংবদুদা মথৱায় তানা ফাক ফাক নোক্লি।

— করিগীনো চুম্না কৌরকপা য়াদ্রা? ঐদি শাউনীংলুরে। ওহোক্লা কম্না থারকখ্রে। কমদৌরি? নুংঙাইরিব্রা?

— ঐবো - ঐ য়াম্না নুংঙাইরিনা। ঐমুক নুংঙাইবদি কদাইদা লৈরমদোইবা। আই এম দি হেপ্পিএস মেন ইন দিজ ৱার্লদ। হা . . . হা . . . হা . . . নঙদি? হঁ নঙদি ৱারমদৌ মাল্লি। মফমসিদা নথন্তা ফমলমবনিনা। হায়য় করি প্রোব্লেম লৈরে? ঐ সোলভ তৌবিগে। অদু নঙ ঐগী বেড়ী মপুন অমগা মৈখেৎকদি লৈবা তাই। ও,কে,। য়াইদনা। কদাই লুপা মঙাখক পুথোরকউ।

মাগী মতৌদুদা ইঙক ঙক্লদুনা ঐ ঙাইহাক খঙ্গান্দুনা লৈ। কলেজ তম্লিঙেদা ৱা কয়া ঙাঙগনবা মী নত্তে। চুপ্‌টা, বেড়ী, ৱা করিমতা শোকখিদে। লাইরিক্তা পাদুনা লৈখিবা. লাইরিক ফবা ছাত্রনি। ঐখোয়নবু হায়ন হাযন লাং-ফাং খরবু য়াওরকখি।

— ইহে! মতম মাঙহনগনু, শৎ পুথোরকউ। মতমগী ভেল্যু নঙ খঙদ্রমানে। টাইম ইজ প্রেসিয়স। বেড়ীগা মৈখেৎকা মাঙদা থম্লবা মতমদা ৱার্বাসু নুংঙাইগদবনি।

তৌকম খঙদনা ঐ লুপা মঙাখক পুথোক্লগা পী। মদু লৌরগা মহাক থুনা চংখি। অসুক য়াম্না হোংলমগনি হায়বা থাজবা ঙমখিদে। লাইবিক্তা ঙাওজবা মীনি হায়দুনা ঐখোয় ময়াম্না 'বুক মাঞ্জ' থোনবিদুনা লংনখি। হোংনবা কনবা মীনি। মমা লুখ্রাবীনা মখোয় মচীন মনাও অহুমবু বানা য়োকচবদু তত্তনা ৱাবী শাখি। মানা অহলনি। আশা য়াম্না চাউই। মহাক্না মতিক চাবা মী অমা ওইরগা, ৱাজরক্লবী মমা অমদি মচীন মনাও ময়াম্বু নুংঙাইহনগনি হায়বসি মহাক্কী অচেৎপা ফিরেপনি। কলেজ লোইরবা মতুংদা অদুম উন্নখিদ্রে। অচৌবা থবক অমা শোযদনা পায়রম্লগনি হায়না থাজখি। অদুগা ঙসি মানা ওইরম্লিবা ফিভম অসিনা ঐবু য়াম্না ঙকহনখি।

মহাক থুনা অমুক হল্লকখি। বেড়ীগা মৈখেৎকদু লৈবাক্তা থাদরগা ফমথরকই। মখুত্তা ময়োম মচা অমসু পায়রকই। ময়োমদসু হাংদোরকই। চানা অঙৌবনি।

— বেড়ী থকসি। চানা চাসি। অদুগা ৱারী ঙাইহাক শাসি। কুইনা শাবদি য়াদেকো।

ঐ থবক য়াম্না চিল্লি। মতম মাঙহনবা ফত্তে। মতমবু ঐখোয় লুনা খনগদবনি। মতমগী ভেল্যু খঙদবা নুংঙাইথোকপা পাম্বা, ইজি গোইং লাইফ মসিদনি ঐখায়না মাঙলিবা। ইদিঅট - ননসেন্স। হা . . . হা . . . হা . . .।

কল্লক পেন্না থবায় তানা নোকথোরকই। ফনা কুইনা নোকথোক্তুনা লৈখি। হান্না ঙক্লম্বগী মথক্তা অমুক্কা হেন্না ঙক্লকখি। করিনো মাগী মতৌসিবো। করিনো মাগী বাঙাং শাঙাংসিবো। মাথা বেরা লৈববজাংলা? চিংনবা হৌরকই। তপ্না হায়রুই,

— করিগীনো অদুক কন্না নোক্লিবদুবো? মীনা করি করিনো খনখ্রনি।

ঐনা অদুন্না হায়রুবদুদা খংশাউ শাউগংলকখি।

— করি? করি হায়বা? নোকপগীসু পৈশা চাগে হায়রিবা? নোকপফাওবা য়াদ্রবরা লৈবাকসিবো? কনাদসু থৌনা অমতা লৈহনদ্রবা! নোকপফাওবা ইনীং তন্না নোকপা ফং লরোইদবা! ননসেন্স - ইদিঅট . . .

— জয় কবি তৌরবগে নঙবু? মতম কুইনা থেংনরুদ্রগা ঙসিদা থেংনবসিদা ঐবু ইঙক ঙক্লে। নহাক য়াম্না হোংলম্লে।

ঐনা হায়রিবদুগী পাউখুম খুন্নকপগী মহুত্তা ইখঙ খঙহৌদনা হংলকই,

— নহাকপু তোম্বা নৎত্রা? লাই হরাওবদা খম্বা শাখিবদো? থোইবী শাবীদুদি কদাইদা থনম্লে?

মহাক মওং অমা তৌরে হায়বসি ময়েক শেংবা হেন্নকই। ইথক্তা অচিকপদা ফমব্রা হায়ববু ঐ ওন্থোকপা দশা অমা নংগদৌরে হায়বা ভাব তাজরকখি।

— ঐ তোম্বা নত্তে। ঐ রাজেননি। নঙবু কাউরব্রা? অদুঙৈ কলেজদা তম্মিন্নখিবা রাজেনদুনি। অমুক্তং নীংশিঙবা ঙম্ব্রা য়েংঙু।

মহাক ঙাইহাক্তং মমীৎ উইশিন্দুনা লৈখি। নীংশিঙনবা হোৎনবিমানে।

— চুম্মী ঐ নীংশিঙলক্লে। নহাক মংলেমনি। রাজেননি হায়দুনা করিগী নচীন থীরিবনো? ঐঙোন্দা অশেংবা হায়বদা চিংনরিবা করিগীনো? ঐবু কিব্রা? ঐদি পুলিসসু নত্তে। গুন্দাসু নত্তে। বীজয়দৌনা নঙসু থাঙ-তা তন্নুরব্রা? মহাকপু হাৎখিবদো করিগীনো খঙলব্রা? থাঙ-তা হৈরম্বগী। ঐগী ইনাওদুসু মহাক্না পুবিখি। মহাকসু হাৎতোপিরম্মদ্রা করিমতা খঙদ্রে। নঙসু মখোয়গা পুল্লুরব্রা? পুল্লুনু শোয়দনা নথবায় মাঙগনি। শেংনা হায়য়ু মংলেম নঙ হৌজিক করি তৌরি? নঙদি শাম্নবা য়াম্না ফবদাই? স্পোর্টস

দিপার্টমেন্টতা লৈরব্রা?

ঐ অমুক শেংদোক্নবা হোৎনরুদ্রে। মানা মংলেম হায়রিবসি স্পোর্টসমেননি। কলেজগী গেমস এণ্ড স্পোর্টসকী সেক্রেটরী ওইখিবনি। মবানি মতম খরা নকশিন্নদা তিন্নখি। মহাকপুদি ফজনা নীংশিঙলিমাল্লে।

— ঐ হৌজিক স্কুল অমদা ক্লার্ক ওইরি।

— ননসেন্স!! ইদিঅট! স্পোর্টসমেনবু করিগী স্কুলদা ক্লার্ক ওইহল্লিবা! ওইররোই, লমদমসি ওইররোই। পৈশা চাবদি ফংব্রা? স্কুলনিনা চাবা ফংলম্নরোই। অতৈ ওফিসশিং দদি চাবা য়াম্না ফংনৈ হায়দাই। নঙ নরায়বক থী। তশেংনা নরায়বক থী। ঐ হোৎনবীগে। পৈশা চাবা ফংগদবা মফমদা লৈনবা হোৎনবীগে। ঐ নঙোন্দগী করিমতা লৌরোই। বেড়ী মপুন অমগা মৈখেৎ উপু অমগা লৈবীবগা লোইরে।

পৈশা চাবগী ৱাখলনা লায়না ওইববা লমদমসিদা মানা হায়রিবসি করিদবু লাল্লিবগে। অদুবু ঐগী পামজদবা ৱাখলদু ফোঙদোক্লুই।

— ঐ পৈশা চাবা পামদে। ৱাববসু ৱানা অদুম চন্না হিংবা পাম্মী।

ঐগী পাউখুমদুনা মাবু খংশাউ শাউগৎহনখি।

— ননসেন্স! ইদিঅট! লমদমসিদা লৈবগা পৈশা চাবা পামদে হায়রিবা নঙবু ঙাওরব্রা? নঙ মী ওইরোই। মহা বুদুনি। নপুন্দিদু ৱাদুনা অসুম লৈগনি।

— ৱাজসনু। ঐ অচুম্বা থবক তৌনিংই।

— অচুম্বা! হা . . . হা . . . হা . . . ৱাহৈদু পল্লিবা নঙ ইকায়দ্রা? য়েস, য়েস, ঐ নো নঙ লমদমসিদা পোকপা মী ওইরম্লোই। লমলানবা শোয়দনা ওইরমগনি। মীরৈবাক মচা, এ ফোরেন্নর।

ৱাহৈশিংসি হাযরম্লগা অমুক তুমিন্না লৈখ্রে। বেডীদু কন্না কন্না চিংঙি। ৱাখল অমদা তাউদুনা লৈখিবা মাল্লি। ঐ মাগা ঙাঙনবা তনশিল্লক্লে। অরেং অরেং পুখরে। হন্দক্তি ঐগী ৱারী তোকথোক্লগা মাগী ৱারী ওইনা হংলগে খল্লে। তশেংনা পুমঙাও হাউরবা হায়বদুসু নৎতবগুম তৌ, ভাবসু খরা অদুম মতাবা, পুরা হেক তাবসু নত্তবা, ঙাঙনবা য়াম্না ৱাবা খুৎঙাওদুনি হায়বা ঐ ভাব তারকই। ঙাইহাক্তংদি পুমচিক চীকখ্রে। অচীকপদু থুগায়দুনা ঐনা হায়রুই,

— মরাপ জয়দি করি থবক পায়বিরিবগে? অমুক্তা হায়বীয়ুদনা।

— হা। করি তৌরে হায়বা?

— মব্দপকী থবক মফম খঙজনিংই হায়জবনি।

— ওঃ ঙসাইমখৈ ঐবু হাযখিদ্রিববা? ঐ ঐখোয়গী লৈকাইগী এল,পি, স্কুলদুদা ওঝা ওইবি। তলব চাউনা চাবি।

— য়াম্না ফবা ৱানি। নুংঙাইবা পাউনি।

— সিদগী হেন্না' নুংঙাইবা পাউ অমা তাগেবা? প্রাইম মিনিষ্টবনা ঐবু কৌবি। লমদম অসিগী এল,পি, স্কুলশিং কবম্না চাওখৎহনগদগে অমসুং অঙাংশিং কবম্না লোযনগদগে হাযবদু তান্নবা। ঐবু জবমন, জাপান, ইউ,এস,এ,নচিংবা লৈবাক্তসু থাগনি হায।

— শাথীনা নুংঙাইবা পাউনি মদুদি। খোঙচৎ অদু শোযদনা মায পাকপা ওইবীযু।

— নঙসু চৎনিংব্রা? যাওনিংব্রা হাযযু? ঐ হেক্তা পুবিগে। কবিমতা চিং,গনু নঙোন্দগী ঐ কবিসু লৌবোই। ঙসিগী সুম্মাইনা বেডী মপুন অমগা মৈখেৎ উপু অমগা লৈবগা লোইবে।

— হোয়, ঐসু যাওজগে।

ঙাইহাক্তং তুমিন্না অমুক লৈখি। অদুগা মহাক্না হাযদোক্লবিবা ৱাফম অদু য়ানিং লক্তৃবগুম মঙক হাইবদুনা হাযবকই,

— হুঁ নঙ যাওবনু। যাওবা যাদ্রে। নঙদি শান্নবদা থৱায় যাওজবা মীনি। অদুগী শকক স্পোর্টস মিনিষ্টব ওইননবা ঐ হাযনবীবমগে।

— হোয, হোয, হাযনবীবম্মু।

ইখঙ খঙহৌদনা কবিনোমা নীংশিঙলক্লবগুম ফুক হৌগৎলকই। ঐনা হংলুই,

— কবি তৌবে?

— ঐ সেন্ট্রেল লাইব্রেবীদা চৎকদবা মতম যৌশিল্লক্লে।

হাযবল্লগা থুনা যাঙনা অদুম চৎখ্রে। ঐনা মখা তাবা ৱাহৈ অমতসু হাযবা নংহৌদ্রে। লাইব্রেবীদা নুতিগী চংবসি মহাক্কীদি অদুম হৈনবা ওইখিবনি। হৌজিকফাওবা মসিগী হৈনবী মাঙলমদ্রি। ওষ্ঠোক্লা পাম্মুই। অদুক লাইবিক ফনা হৌবকপা মীওই অমগী মপুঙ্গি। মাগী মাগী মবাইবক হাযদুদা তাবে। মাগী ৱাখল নাষ্ঠোকপা ঙমদনা যুমলোমদা হল্লগে হাযনা থোবকপদা কনানো অমনা অমুক ঐবু কৌবকখি। ঈশৈ শকপা মব্দপ

দ্বীজেননি। মহাকসু কুইরবনি উন্নখিদবা। চা গ্লাস অমমতং থকমিন্নখিসি হায়দুনা হোটেল চঙমিন্নে। ঐনা জয়বীগী বারীদু হৌদোকই।

— ভাই, নঙ জয়বীদু নীংশিঙলিবরা? লাইরিক য়াম্না ফরকপা, ঐখোয়না 'বুক মাঙ্গা' হায়না লৌনখিবদো।

— করিগী নীংশিঙদনি। ঐখোয়গদি পংলাপ লাপনদ্রে। মাগী ফিভমদু মওং য়াম্না তাদ্রবনি। নঙগা থেংনরম্রব্রা?

— হৌজিকবাইদা থেংনদুনা ঙাইহাক বারী শাদুনা ফম্মিন্নরম্মী। ঐদি পুমঙক ঙকখ্রে মাগী মতৌদু। করম্মায়না তৌখ্রিবজাৎনো নঙবু খঙব্রা?

— খঙঙি। য়াম্না নুংঙাইতবা বারীনি। করিবু ওইরুনি ভাই, আশা য়াম্না চাউবা অদুগা লাইরবা হায়বদু ওইরুবা। লমদমসিগী অমোৎপা ঈশিং নুংশিৎসিনা ওইহনখিবনি। মহাক এম,সি,এস, কী পরিক্ষাদু থাবা য়াওমানে। রিটন টেষ্টতা য়াম্না ৱাংনা পাস তৌরে শোয়দনা খন্নবা পৈশা কয়ানো পীয়ু হায়মানে। মদু পীবা ঙমদদুনা খল্লক্ত্রবা। মদুদগী অদুম মথম্মোয় শোকখিদুনা ঙাওবা অদুম হৌখ্রে হায়। মনাওনুপাদুসু মফম খঙদনা মাঙখিবা কুইরে। হৌজিক্কালগী নহারোল কাঙবুদুদা য়াওখ্রে হায় য়াওদে হায় মেন তাদে। মমাসু লৈখিদ্রে। মচন্নুপীদুদংদি ময়ুম পালহৌরে। মদুসু য়াম্না নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা নত্তে। মচন্নুপীনা লাইয়েংদুনকাদি খরা হোৎনজবনি। অদুবু উপায় লৈতে। ভাই, নখোয় ঐখোয় লাইরিক্তা কয়া ঙাওদবা আশা অচৌবা তৌদবসি ফরবনি।

— অদু মানদি মখোয়গী এল পি, স্কুল অমদা ওঝা ওইরি হায়রম্মীনে। অদুনা কমদৌরিজাৎনো?

দ্বীজেনদু করি নীংশিঙলক্লবনো খঙদে, নোকথোরকই।

— করি তৌরে?

— কৈসু নৎতেদা। মানা ওঝা ওইরি হায়বদুগী মতাংদনি। অদুনা সুম্মাইনা তৌবজাৎনি — ঙাওরিবা খুৎঙাওদুনা ভাব অমুক তাগুমসু তৌবা খুৎঙাওনিনা, মখোয়গী লৈকাইগী এল,পি,স্কুলদুগী ওঝাকা হেক লাক্লদবা, ৱাৎলকপা মতমদা হেক হেক তাকপা য়াওবজাৎনি। অঙাংশিং লাইরিক তাকপিবদদি ঙাওদবগা চপ মান্ননা তাকই হায়। লৈকাইগী মীশিংনসু ওঝাশিংনসু নুংঙাইতদুনা থোইদোক্লা অথীংবা পীদ্রবজাৎনি। নুতিগী নত্তে। মরক মরকতা মানা হৈনিংলকপা মতমদনি। অদু ওইরিনি মানা হায়রিবদু।

— ওঃ মদুদা মানা থবক ফংলে হায়বগী নুংঙাইজবা অমা লৈরিবা! ওহোকপা মাগী মরায়বক হায়দুনি।

ঙাইহাক ৱারী শানরগা ইবানীসু কায়নরে। ঐগী লম্নাই নুংঙাইতবা ৱাখলদু জয়বীগী ৱারীনা নমহৎখিবগুম তৌখ্রে। নুংঙাইত-নুংঙাইত য়ুম মায়কৈ পাংলকই। শামু মখেং য়ৌরকপগী অদুদা অঙাওবা অমনা ঈশৈ অমুক শক, লীলা অমুক তৌবদু ময়ান্না ৱা ৱা নোক্তুনা কৃম্মে ওইনা য়েংহৌরি। ◆

— ১৯৯৩

# ঐখোয়'ইমুংগী নোংমগী লীলা

নিংঙোল চাকৌবদা তৌগদবা লীলাগী স্কৃপ্ত কন্না পাবা লাক্লরি। 'লীলা মুনবোই মুন্দবোই তৌবসি ভাবকশিংনা য়াম্না শাউই, অদুনা হন্দক্তি মতম লৈরিঙৈদা কন্না রিহর্সেল তৌহৌসি' হায়বসি ঐখোয় লোইনামক্লা হায়নৈ, খন্নে। দিরেক্সনগী পালিসু ঐঙোনদা তারবনিনা চোপ্পা য়াদে হায়বসি পূক্লীংদা কন্না খল্লি। মমানা চা পুশিল্লক্কুনা থমলৈ অদুগা হায়রকই,

— হন্দক্কীসিবু কনানা ইবা লীলানো?

— ঐখোয়গী হোলদা য়াওবা তাঙাং ইবোবীনা ইবনি। লীলাগীবুদি য়াগদ্রা হায়না খল্লি। অদুদা ঐনা খরা শেমদোক শেমজিন তৌদ্রবদি য়ারোইদৌরি। অদুনা খরা মুন্না পাবা তারি।

— অদো থবক তৌরিঙৈদা য়েৎলেদি হায়রনি। ঋা অমা তান্নদবা য়াদ্রে।

— করিনো?

— নচানিপাসি য়াম্না নুংঙাইতবা পাউ অমা তারি।

— করি পাউনো?

— য়াম্না খোয়দৌ শাউনিংবা বানি।

— হেক হায়রো কৈদৌরগে, কোথদ্রবসু।

— মমা মপা কনামতা লৈত্রবী, লাইরিকসু নিংথি নুংঙাইনা হৈত্রবী অমা কোয়রি হায়নে।

ঙাইহাক্তং ইংনা স্কৃপ্তু পাগে খনবসিদা ওম্থোক্লা খোয়দৌ শাউনিংবা বা অমা তমলদুনা ঐগী অশাউবগী মিহুনদু পিং লাউনা কাহল্লে।

— নঙদি নহানমখৈ কৈদৌদনা তমদবগে। তানিংদে তানিংদে চৎলো। ঐঙোন্দা ঙাইহাক্তা য়েৎলনু। কোকফাবী লৌগেরা, অঙাওবী লৌগেরা মানা থোকপা তৌরসনু।

নহানমখৈদি ঐনা শাউরবদি মা হেক হেক হনবনি। অদুবু মচাগী বাফমসিদদি তিং শোক্রমাল্লে। তুমিন লৈখিদ্রে। তাপ ওক্তুনা খুম্লকই,

— করিনো হায়বিরিসিবো। ঐসু নপা তারক্লবদি বা থোক্লরনি হায়দনা, থেমদুনা নৌদুনা হোৎনজরিবনি। অদু পাউ লৌবদা ইহন হন্দোক্ত্রে হায়দুনা তমজরিবসিনি। ইচাদগী লীলানা হেন্না লুরব্রাও? সোমদনা ঐনা ঠিকাদার ইবোহলগী মচানুপীদু হাযদনদুনা লৈরি। সিদবু কমদৌনা তুমিন্না লৈয়ু হায়রিবনো? ঐদা শিজনিংঙেহে সত্য। নচাগী বাদা মাথা শাদৌ শরূক লীলাগী মমায়নানবী ময়ামদুগা গা গা লাঙবদুনা হেন্না নুংঙাইরিনিয়ে।

গাডী ব্রেক তৎখ্রবনা চেনবদৌনা জর জর ঙাঙথরকই। খোয়দৌ শাউনিংমনখিদুনা লীলাগী স্কৃপ্তুনা মমায়দা শেৎ লাউনা থাজিল্লি।

— নঙনা অসুক য়াম্না নচীন কল্লিবসিবু করিগীনো? সিঃ আঃ মমৌ ফং-দৌরকানসিদা ঐঙোন্দা শেরান তুবালনা খল্লদুনা।

— ওঃ ফরে ফরে। বা অমত্তা ঙাঙজররোই। ইচিনসি য়েত্তুমনা ফোৎচিঞ্জরগে।

— নঙ, নঙ . . . ঙসি শিনিকো। বা ঙাঙনবা য়াদে হায়বা নত্তে। মতাং চাদে হায়বগী বানি।

ঐনা হায়বা লোইরম লোইফাৎত্রিঙৈদা মূরূম মূরূম শোল্লগা কপ্তুনা অদুম চঙখ্রে।

ঙাইহাক্তং ফ্রং লাউনা শাওরম্নরগা হঙ্করকপদদি ঐসু নুংঙাইরক্লে। হরাও হন্নাও চাকা পুথোকচরম্নগা, কৈসু নৎতবা ৱাদুদা ঐসু শাউগনগ্রবা হায়দুদা তারে। থেমহৌদ্রবদি ফৎত্রে খন্দুনা ইমুং চঙলুই। ফমুংদা মমায় উপশিল্লগা কপ্পুনা লৈরম্মি।

— ফরেসে, ফরেসে। কপ্পনু তোকও। হোরেল মা লাক্লগা ঐ ভাব তানা ফজনা ঙাঙনগে। চাকতুম থোংদোক্লুরো। চৎলো।

হায়রম্নগা ঐসু অদুম থোরক্লে। মসি পূন্নমকসি হায়বা ইন্দবা মহা পাপী অদুনা থোকহল্লিবনি খল্লুবদা অমুক মিহুনসি নৌনা কাংগে তৌরকই।

নুমিদাং চাক তোক্লবা মতুংদা ইবোচৌবদু কৌশিন্দুনা হায়রুই,

— ইবোচৌবা ইপা ৱা হায়গে। নঙ পাউ জাৎ জাৎ য়াম্না তারে। নমা নপা ঐখোয়না য়ানিংদবা থবক তৌগনু। নশা অঙাং নৎত্রে। ঐখোয়না ফূ-চৈদুনা ৱারক্কদবা মতম অদু হেনগ্রবনি। নমানা নঙ পাবুং ঠিকাদার ইবোহলগী মচানুপী এংগেজ তৌদুনা লৈববনি হায়বা নঙ খঙলম্নগনি। নশানা ভাব তাউ হায়রিবসিনি। নমাদু মথ্বায় য়াম্না নুংঙাইত্রবনি। ঐখোয়না হায়বা ইল্লু।

— বাবা মতম লৈরিঙৈদা ইমাগী অপাম্বদু হায়দোকপিখো। ঐগীদি লেপত্রবনি।

পাউখুম মতাদুদা অশাউবী মিহুর্নসি খিত্তং কাংগে তৌবকই। অদুবু থেম্বনা ফৈ খন্দুনা ফাথরগা হায়.

— তৌনু, তৌনু। ফত্তে। মমা মপানা কৈদৌনুংদসু মচাগী মাঙনবা ফত্তনবা শীন্নদবনি। হয়েং তুংদা নঙ য়াম্না নীংঙমলকওই।

— নচাবু হায়বা ইন্দে হায়না খনবীগনু। কনা লৈজদ্রবী নুপীমচা অদুবু ঐনা নমথাক তৌবীবগী পাপ অদু ঐ পুবা ঙমজরোই।

তাঞ্জাসিদা লুমদুনা তারম্বা মমাদু শৎ পাইশল্লকই। হেক্তা কাপথরকই।

— করি। ইস। পাপ পুবা ঙম্লোই কায়না। করি পাপনো? করিগী পুগদৌরিবা পাপনো হায়বা। জগৎ সংসার অসিদা চৎনদবা থবক্লো? অচৌবা, নত্তে নঙবু ঙাওরব্রা হায়বনি। করিসু লৈত্রবী নুপীমচা অদুনা নমা নপা ঐখোয়দগী হেম্না লুম্নব্রা হায়বা? মহা তৌঙম্বীদুনা ইচাসিবু শেমজিনবীগ্রবরা খঙদ্রেনে তৌরিসিবু।

মখোঙ মখুৎ থীন্দুনা রাগ হৌগৎলকই মমাদু।

— ইমা অদুম্মায়না মীগী মচাদুবু বদনাম তৌবিগনু। পু-পাং শুদ্রে, লাইরৈ নংজৈ

হায়বগী বানি। চমজশ্রবী নুপীমচানি। ঐ অঙাং নৎতে ইমা।

করম্নো তৌরিসিদি নুঙদা ঈশিং চাইবগা চপ মান্নখ্রে। তশেংনা হেক্তা লেপখ্রবা হায়বদু ওইরমানে। খম্বা-থোইবীগী থাক্তগী হেনগ্রবা হায়বদু ওইরমানে মাগীসি। মিহুনসি খরগা হেন্না অমুক কাংগে তৌরকখি। ঐনা হায়গে তৌরিঙেদা মমা মৈকাপ্পীনা অদুম শমথখ্রে।

— নপা দ্রামা য়াওবনিনা নঙসু লীলা দ্রামাগী বাঙাং য়াম্না তৌরেনেকো। নহৈ হৈতবসু নত্তে। থবক হায়র তৌরে। অদুগবু নতিক নপা চানবা অমা খন্দ্রদুনা নঙনা তৌরিবদুবু করিনো হায়বা। নমান্নবশিংগী মমাঙদা নঙবু নমায়দু ইকায়রোইদ্রা হায়বনি। নমান্নবা সুনিলদু কয়াদা চাউনা হোঙখ্রে। নুপাসু নুপীসু মতিক চাবা ঙাক্তনিনা মমা মপানা কয়াদা হরাওজরিবা। ইমুংদা অউনপোৎ থম্ফ ম চন্দদুনা মাঙোন্দফাও থম্মী হায়দুনা লৈকাইনা বারীনরিবা। নঙবু খিত্তংদি খষ্ট্রো কৈদৌরগে।

মমাগী বাদুদা ঐসু অমুক যেনজল্লুই।

— অচৌবা, নমানা হায়রিবসি মুন্না খল্লু। নঙনা খনবতনা, নীঙবতনা অচুম্বনি হায়নসু লৌগনু। ঐখোয়গীদি নথত্তনি। মুন্না খল্লু।

— ঐ সুকঙম ঙল্লোই হায়রিবসিনি। য়াম্না মুন্না খল্লবনি। মখা তানা খন্নিংঙাই অমুক লৈত্রে। ইমা, মীবু মী ওইনা খনবা তম্বীয়ু। পৈশাদা অউনপোৎতা মিকানবগী থবকসি ঐদি পামজদে। ইমানা নুপী ওইবীগী হৌনবা বাখল থেঞ্জরবসু বাবাদি ভাব খজিক্তং তাবিবা য়াবনি। ফর-ফৎত্রবসু সমাজগী অমোৎপা কয়া শেংদোক্লবা লীলা তৌবিরিবনি। ইশানফাওবা চুমথোকচবা ঙমদ্রবা থবক্তু করম্না মীঙোন্দা চুমথোকউ হায়রুগদগে? মীনা লৌনিংগদ্রা? মহাকসু মীনি। লাইরৈ, নংঙি, পু-পাং শুদে হায়দুনা হেক্তা ফৎতবা নুপী ওইরগদ্রা?

ঐঙোন্দফাও পাউতাক পীশল্লকপদুদদি খাঙবা ঙমখিদ্রে। ফজিল্লম্বা মিহুলদু ফদ্রং লাউনা কাপথোরকই।

— হায় বদমাস। বারক্তবা। নঙগীদমক্তা ফনবা হায়রগা নঙনা অমুক ওনশিন্দুনা পাউতাককা পীরিনে। নঙবু চাউননবা য়োক্তুনা নহৈ-নশিং তমহল্লুরিবসিবু ঐখোয়দা ওনখত্তুনা চানব্রাও? চৎলো নঙনা থোকপা তৌরুচো চৎলো। নমা নপাগী করিমতা খন্দবা নঙবু করম্বা মীনো?

ঐনা কন্না শাওগৎলকপদুদা মমাদু নুংশা অমুক থীগৎলক্রমাম্লে। খামজঙ্গরকই।

— হো তোকপিরো। তোকপিরোসে। মীনা তাগ্রনি ইকায়জরে।

— অদুক য়াম্না থম্মোয় কনবীগনু বাবা। ইমাগা বাবাগগী হৌখিবা ৱারীসু নীংশিঙবীয়ু।

হায়রম্লগা নুংশিবদা ঙাওরবা ইচা হেরোদু প্রপ প্রপ অদুম থোকখ্রে। কয়াদা ইকাইবা খঙদ্রিবা! কয়াদা উশিৎখিদ্রিবনো! কাংখিবা মিঙ্গল পাক হম্বরকউ হায়বা য়াখিদে। মমাদা অমুক অশাউবদু হৈথে।

— মসি পূম্নমকসে নঙনা নচানুপা মথন্তনি হায়দুনা কেথোকহনবা, মতম চানা য়েং শিলহৌদবদগী থোকহল্লিবনি।

— হো তাইশিনবিরো, তাইশিনবিরো। ঐঙোন্দা লোইনা তাইশিনবীরো। নখোয় ময়ামগী তাইনফমনি ঐ। অঙাং য়েংশিন্দৌবা মতমদনা দ্রামনি লীলানি অদুনি অদানি হায়না কোয়চৎ চৎতুনা লৈরগা, শোয়রবকান্দা ঐঙোন্দা হেক্তা তাইনবা। ওম্লোকপগী ইরাইবক্লিদকো সত্য।

তৌফম খঙদনা মমাসু ঐসু উংদুনা লৈনৈ। শাউনিংলম্বদগী সুম খল্লুরগা নোক্লিংবসু ফাওরকই। 'ইমা বাবাগী হৌখিবা ৱারীসু অমুক্তা নীংশিঙবীয়ু' কায়না। ওম্লোক্লা হৈনা কনগ্রবা তেন অমা কাপ্রম্মিনে মানা।

মখোয়গী মমা চেনবা মতমদুদা ঐ হৌজিক ওইরিবা ফিভমসি নত্তে। মখোয়গী ইমুংনা য়াম্না লীংবা হেল্লি। ঐদি মতিক চাদ্রবা, লাইরবা, লুখ্রাবী মচা হায়বদু ওইখি। মহাক মতম অদুদা মখোয়গী অহল-লমন্না হায়ন-শীংনদুনা ইনাকখুনবা নীপা অমদা থাজদুনা ৱারোইপোৎ ফাওবা পুখ্রবনি। অদুবু নুংশিবগীদমক্তনি হায়দুনা মমা মপাগী অনীং বগী মায়োক্তা লেপ্তুনা ঐঙোন্দা চেল্লকখিবনি। ময়ূমনা শাউদুনা ইম্লোকখি। অচৌবনা চহী মঙা শুরবা মতমদা ইকুবোকতুনা শিরমদাইগী মতমদা লৌখৎখিবনি। ঙসিদা নৌহৌননা হৌখিবা থৌদোকশিংদু অমমমতা ওইনা ইমাঙদা চেনশিল্লকপগুম তৌরকই। খঙহৌদনা ফাক ফাক নোকথোকলুই। মমানা ইঙক ঙক্লা শাউরংননা য়েংলকই।

— হো ঙাওরব্রো? ঙাওরবা হায়বদুরাও। হৌজিক্তা অদুক য়াম্না শাউরম্রগা নোকথোরক্লিবসিবু লীলা তৌরিবা হায়বদুরো। হো য়ূমনে, নখোয়গী লীলা তৌফম হোলদু নত্তেয়ে।

— লীলা তৌবা নত্তেনে। ঐনা নোক্লিবসিগী মরমদু হায়গে তাও। নচানীপানা ঙসাই 'ইমা অমসুং বাবাগী হৌখিবা ৱারীসু অমুক্তা নীংশিঙবীয়ু' হায়রম্বদু নঙবু তাহৌদ্রবরা? মদু নীংশিঙলক্তুনা নোক্লিবনি। নঙসু লাইরবা পেরুক চাবা খম্বা ঐঙোন্দা নৎত্রবদি হায়দুনা লাকখিবদু কাউরব্রা? ময়াঙদা পায়খ্রে নচানা। অদুগা অমুকসু 'ইমানা ইমানি বাবাদি সমাজ শেংদোক্নবা লীলা তৌবিরিবা নৎত্রা? ভাব খরা তাবিবা য়াবনি' হায়রম্বদুমগা ওন্থোক্না নানা পানখ্রে। কান্নদে মাথা শারগুমসি। মাগী নিংবা থুংজরসনু।

— অদু তামো ইবোহলগী মচানুপীনা কমদৌনা হায়দোক্কদবা?

— হায়নবদা ঙাইরিদনা পুরা ৱা লোইনবসু নৎত্রি। থোকঅবা অমা মরাইনা লাকচরনি।

— হোয়, ফরে। অদু কদাই য়ৌনা চৎখ্রবনো অঙাংদু অমুক্তা য়েংবিরুগেরা।

মচাগী নুংশা অমুক থীরক্লমাম্লে। উপায় লৈত্রবা মতৌদা ইতুক তুকথনা হায়রকই।

— নুংশা থীরুন্নু। মখা থংবগী প্রমোদহোয়দরা করিনো মরাইনা লৈজরমগনি। মফি শেৎখিদে।

— অদু অমুক্তা হংবিরু। মথৱায় নুংঙাইত্রিবনি হায়দুনা . . .।

— কৈকান্দবদা পংখন্দা খঞ্জনগনু। পূকচেল লেপ্পী মমাগী মচানিদনা। তান চাদ্রগনা নুপীমচাদুদা ঙসিমক চৎলসি হায়বদুম চৎলমগদ্রা খঙপোত্তে।

— ফাগি অমুক তৌবিরনু, অমুক্তা য়েংবিরুরো।

মাগী মতৌদুদা অমুক মখা তারুদ্রে 'হোয়, হোয়' হায়রম্লগা ঐ কোম্থোংলোমদা অদুম থোরক্লে। ◆

— ১৯৯৪

# মেজিসিয়ান মোহন

**লম্পাক্তু** মীনা চোন্না তিল্লে। মোহন মেজিসিয়ানগী মিত্রংগী কৃম্মে য়েংগদবগী খৌবাং না ঙাইনরি। চুম্নগী মেজিক তৌবা অমা ওইবতা নত্তনা মোহন মেজিসিয়ান ফাগি তৌবা অমসুং বা ঙাঙবদসু য়াম্না পকচৈ। মসি মহাক্কী থোইদোকপা মগুণ অমনি।

মথং মথং মাগী মেজিক্কী আইটেমশিং হৌরকই। ফাগিগা লোয়ননা পাঙথোরকপদা মীয়াম মমীৎ কৃপ্নদে, ময়া কাদুনা য়েংনৈ।

"ঙসি ফাওবদা ঐ চাক লাম্বগী অবাবা খঙজদ্রি। মরমদি য়োৎতৃম অমসুং চে চাশীল্লগা অদুম পূক থনবা ঙম্মি। ময়াম্না হায়বীরকপা য়াই — মন্ত্রীসু ওফিসারসু শেল চায়, মদুসু চেনি। মখোয়গী খূৎচাগা ঐগী খূৎচাগা মান্নদে। অদুগা মখোয় য়োৎতৃম্মক্তি চাদে। য়েংবিয়ু হৌজিক ঐ য়োৎতৃমশিং অসি মাঙহনজখ্রগে সেক্রেটরিয়েৎতা ফাইল মাঙহনবগুম নত্রগা লৈঙাকপশিংনা লৈবাক্কী লন থুম মাঙহনখিবগুম . . . মথংদা অমুক

য়েংবিয়ু — ঐনা পায়রিবা পাত্র অসি অহাঙবনি। ময়াম উবিরেদনা? অদুবু ঐগী পাত্রশিং না হায়রি — ময়াম ঈশিং ফংদবগী য়ান্না ৱানরে। ঈশিং খজিক্তং পীসি।"

অহাঙবা পাত্র অদুদগী ঈশিং হৈথরকই। খুবাক মখোলনা নিল্লকই। "য়েংবিয়ু — হৌজিক ঐনা পায়জরিবা টুপি অসি অঙৌবনি! মসি করি মচু ওলহনজৌ হায়বগে?" ময়ান্না লাউরকই — 'অঙাঙবা' "ওনহনজরে য়েংবিয়ু" টুপিদু অমুক্তং উরু উরু লৈখি। ঙাইহাক্কী মনুংদা মচু ওল্লকখি। "টুপিগী মচু ঐনা ওলহল্লে হায়দুনা মীগী মচুনা ওল্লকপগীদমক্তদি ঐঙোন্দা তাইনবিগনু। য়েংবিয়ু জ্বারগী চে অসি অমতা শন্নদবনি। অদুবু করিগী মখোয়না শমজিন্নগে হায়রিবনো হায়বদু অমুক্তা খনবীয়ু। মখোয় অমুক তোখায় তাগনি অমুক খঙহৌদনা হেক্তা শমজিন্নখিগনি করিনা হায়বু মখোয় মশাগী কান্নবগী মতাং অদু লাকপননি।" জ্বার চেশিং অদু অমুক তোখাইহল্লি অদুদগী অমুক মরী মরী শন্নবদু উৎলি। মথংদা মমাঙদা ফম্বা লৈশাবী মৌনহা খরদগী খুদোপ খরা লৌই। খুদোপশিংদু ময়ামদা য়েংহল্লি। নুপীমচা পুংকক চাউবী অমা কৌথোক্তুনা লেপহল্লি। "হৌজিক খুদোপশিং অসি রুমাল অসিদা য়োমশিঞ্জরগে। য়োমশিঞ্জরে। নুপীমচা অসিদা মসি পায়হঞ্জরগে।" নুপীমচাদুদা পায়হল্লন্নগা টেবল মথক্তা লৈরিবা শরুগী মী মকোক অদুদা মাগী চৈ অদুনা কাক কাক ফূদুনা করি করিনো খরা মুরুম মুরুম শোল্লি। অদুদগী নুপীমচা অদুদা হাংদোকহনবা মতমদা চেগী লৈ ওইনা য়াওরম্মি। খুদোপ মপুশিংগী মায়থোং লাংশিন্নবগুম তৌরবসু ময়ান্নদি খুবাক খুনরকই। "পাখৎপিগনু। করিমতা নুংশা থীবিগনু। খুদোপ মপু ইবেম্মশিংনা মাঙখ্রে হায়দুনা নুংঙাইত্রিবদু ঐ খঙজে। নুপীনা সনাবু পামজবদি, নুংশিজবদি মন্ত্রীনা ফম কোনবগুম্বনি হায়বা ঐ খঙজে। মাঙখিবা নত্তে চেগী লৈ ওল্লম্বগী ৱাতনি।" চঙশিনখ্রগা হান্নগুন্না শরু মকোক অদুদা ৱারী শারুই। অদুগা নুপীমচাদুদা রুমালদু য়োমশিন্নবা হায়। রুমালদু য়োমশিনখ্রে। অমুক হাংদোকহনবদদি ইহাঙ হাঙনা লৈরল্লে। "ইস। মাঙলেদনা সিদি খুদোপশিংদু মাঙবদা তারবরা! ঐনা শিংবা তারবা!" হায়ঙম তৌঙমদবী মৌনহা অমনা মমায় ঙাংলপ 'খুদোপ মাঙবা য়ারোইকো' হায়না লাউরকই। মোহন মেজিসিয়াননা পাখৎনা কোয়চেন চেনশীল্লে। অদুগা শরু মকোক্তুগী মনাক্তা চেনশীন্দুনা মুরুম মুরুম শোল্লুই। অদুগা নোকফেৎ তৌরকই। অমুকসু হন্না মৌনহাদুনা 'মাঙবা য়ারোই হায়রিসিনি' হায়না লাউরকই। "মাঙদে, খুদোপ করিমতা মাঙদে। ইবেম্মশিংনা অমুক হেন্না ঙকপিখ্রেনে। ঐঙোন্দা করিমতা তাক্লমদনা

ইবেম্মথোয় মপু মপুনা তুমিন্না লৌদুনা ইশা ইশাগী খুৎতা শিজিনখ্রবনি। অদুগা ঐঙোন্দা ইরাল থংজিনবীরিবা। থাজদ্রগা অমুক্তা য়েংবিয়ু — ইশা ইশাগী খুৎতা।" মপুশিংদুনা মশা মশাগী খুৎতা য়েংলুবদা লোইনা অদুম শিদুনা হান্নগী মপোপ ইকায় কায়দনা লৈরম্লে। 'হাইমা চুম্মিনহে চুম্মিনহে' হায়দুনা ইরাঙ লাঙনরকই। ময়ামগী লাঙবা অমসুং খুবাক মখোলনা পুমনিল অমুক নিল্লকই।

"মীৎকুপ খরগী নিংথৌ — মসিনা ঐগী ঙসিগী অরোইবা আইটেম ওইজগে। কনানো অমা হেক্তা থোকপিরকউ। অকক্লবা মতমগী ওইনা অদোম নিংথৌ ওনগদৌরিবনি। নিংথৌ ওইবগী নুংঙাইবা মহাওদু খজিক্তং তংবিনিংলবদি থোকপিরকউ থীম্বিরগনু। কালিফিকেসন থোইদোক্লা দরকার ওইদে। অমা হেক্তা থোকপিরকউ।"

নহারোল খরগী মরক্তগী 'ঐ ওইগে। ঐ ওইগে' হায়দুনা কোইলাঙ লাঙনরকই। "লোইনমক্তি কয়া খুদোং চাররোই। অমখক্তংদনি। নিংথৌ ওইবা হায়বসিদি অমগী মথং দা অমা ওইনগদবনি। নিংথৌ ওইনিংবা ঙাক্তা ঙায়রবদি ফম মুন্নবদা লৈবাক ঈরাং হৌগনি। অদুগা নিংথৌ খুভমগীদমক অমগা অমগা হাৎতোক্লবা হায়বদুসু ঐদি পামজদে। খারৌবীবা য়াদ্রে ঐ হেক্তা খঞ্জরগে।" ময়াম্না লাউরকই 'য়ারে, য়ারে' ঙাইহাক্তং কোযলৈ লৈদুনা য়েংই। অদুদগী টেবলদা থল্লিবা শরূ মকোক অদুদা মাগী চৈ অদুনা কোক কোক ফুদুনা হায় — 'লিকিমা . . . মুকুমা . . . ফ্রু ফ্রু হীং কোক' অদুদগী অৱাংথংবা নাকলদা ফল্লিবা মকোই মরাং চোম্বা অঙাওবা মানবা নুপা অমগী মনাক্তা চঙদুনা হায়রুই: "সোম ঙাইহাক্তং লেঙথোকপিরকউ।" নুপাদু হোয়-মাই হায়দনা অদুম হৌগৎতুনা লাকই। মেজিক শান্নফম ময়ায়দুদা লেপহল্লি। মোহননা হংই —

— অদোমগী মিং অমুক্তা হায়বীয়ু?

— মোমোতোন।

— ইপাগী মিং?

— চাউতোন।

— ইমাগী মিং?

— ফজতোন।

ময়াম খা লাউনা নোকই। নুপাদুদি শুকনোক নোক্তে।

— অদোম য়ুম পানবিরব্রা?

— পানজাত্রি।

— করিগীনো চহী নৌরি। মতম চাদ্রি হায়না খনবীব্রা?

চহী নীফূগী মথক য়াম্থে শুগদবা মাল্লবা নুপাদুদা হংলিবা ৱাহংদুনা ভাবক ময়াম্বু ৱা লাউনা নোকহল্লি। নুপাদুনা য়াম্না ভাব তানা ঈংনা তপ্না খুমলকই —

— লাইরে। ইমা ইপাসু শিগ্রে। থবক ফংদে। থাকপা ঙম্মোই কৈকাম্ননো থিগ্রবসু য়াবা নুপীনু হায়দনা থিদবনি।

— নিংথৌ ওইবসি য়াবিবেকো।

— য়াজরে।

— করম্বা ৱাখন্দগী নিংথৌ ওইবীনিংলিবনো?

— লৈবাকসি পৎলে, পুমলে। মনম নমথিরে। খজিক্তং ফগৎহন্নিংই। অমুক্তং লায়েংনীংই।

মোহনন। মীয়ামদা অমুক লাউথোকই, 'নুপাসিনা হায়রি — লৈবাকসি তমথীবা লায়নানা নারে। অদুনা মানা নিংথৌ ওইরগা অমুক্তং মাইবা শাদুনা লায়েংনীংই।' ময়াম্না অমুক লাউরকই 'য়ারে য়ারে। মানা অপাম্বদু তৌহল্লো। অদু ঙাক্তনি। নিংথৌ ওইদ্রিঙৈদদি অদুন্না হায়বা ঙাক্তনি। হৌনশানে।'

"অদুদি হৌজিক য়েংবিরো। ঙাইহাক্কী মনুংদা নুপাসি নিংথৌ ওলহঞ্জরগে।" হায়রল্লগা নুপাদুবু হীপথহনখি। অদুগা ফি অমনা কুপশিনখি। মাগী শরুগী মী মকোক অদু পায়রগা করি করিনো শোল্লদুনা নুপাদুনা হীপলিবদুগী অকোয়বদা চৎলি। ঙাইহাক্তং অদুন্না তৌরগা ফিদু লৌথোকপদা নুপাদুগী শকফম পূমওন ওল্লম্লে। নিংথৌগী ফিজোন্দা হৌগৎলক্লে। ফিজোন্দা নত্তে মওং-মতৌ, ৱাঙাং শাঙাংসু নিংথৌমক্কি।

নিংথৌ ওল্লবা নুপাদুনা মথন্নতা নুংঙাইরবা লীলা অমা শান্নখৎলকই। 'ইনাইশা। লৈবাকসিদা লৈরিবা শেঙ্গা-থুমজা তৌবা অঙম অথৌশিং, লৈবাক মাঙহন্নবা শীল্লিবা মীওইশিং লোইনা ফাদুনা পুখৎলকউ। . . . ফারক্লব্রা, মখোয় ময়ামদু পরেং শানা লেপহল্লু। নখোয় ময়াম্না নখূৎ পেন্নবা ফূ। অদুগা মরু কোকথোক্লগা শুনু য়াইঙং তৈদুনা সনা সরক লমজাওদা পুদুনা মীয়াম মমাঙদা খোঙ্গোয়নৌ। . . . করি ঙাকপিয়ু হায়বা। ঐ নখোয়বু থাজদে। নখোয়দি নশাগী কান্নগদবা লৈরবদি মীগী মখোঙদা তুদুনা হায়জবগী ইকায়বসু খঙদবা অদুগা তাঞ্জা চাবদনা মী হাৎপগী হালেংবা লৈতবা মীওই ঙাক্তনি।

নখোয়বু ঐনা নপুন্সি চুপ্পা কৈশুমশঙদা থমগনি। নরাল নরালগী মতুং ইম্না শিবগী দণ্ডিসু পীগনি। ইনাইশা মখোয়না হায়জবা তারন্দু। হৌরো, ফুবা হৌরো সে . . . স্বা . . . হা . . . হা . . . অদুনিদনা ফু পেন্নবা ফু। মখোয়না মীবু ওৎথিবশিংদো মদুগী লমননি। কমদৌই, মীয়াম অসিবু নখোয়না হংলাই শান্নবদৌনা অসুম শান্নগনি খনবা। নখোয়গীসু অরোইবা মতম লৈগনি খঙদব্রা? হৌজিক ঐনা নিংথৌ ওইরবনিনা নখোয়গী হিংফম লৈররোই।"

নিংথৌ অদু মথবায় তানা পেন্না নোক্লি। ভাবক ময়ামসু মাগী মতৌদুদা বা বা নোক্লি। মোহন মেজিসিয়াননা চঙশিনখিদুনা নুপাদুবু ফিনা অমুক কুপশিনখি। শরূগী মকোক অদু পায়রদুনা মুরূম মুরূম শোল্লি। অদুদগী ফিদু হাইদোরকপদা নুপাদু হান্নগী মশাগী ফিভমদুদা হঞ্জন্দুনা লৈরম্লে। অদুবু মাগী পেন্না নোকপা খুৎনোক অদুদি মখা অদুম তারম্লি। নুপাদুনা য়াম্না শাউনা লাউরকই, "ঐ পেন্দ্রি। ঐ পেলহৌদ্রি। মীৎকুপ খরদংগা ঐবু নিংথৌ ওইহনখো মখোয়শিংদু অমুক্তংদি চুমথোরূবা লারুখিগে। মীয়ামগী য়াইফনবা খজিক্তং ওইরবসু হোৎনরমখিগে।"

মোহন্না নুপাদুবু তপ্না চিংথোক্তুনা ভাবক মরক্তা অমুক ফমহনখ্রে অদুগা ময়ামদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "উবিরেদনা। কয়াদা কনখ্রবা শক্তিগী ময়াইনো! ঙাইহাক্তং নিংথৌ ওইহল্লুবদা নুপা অসি পূমঙাও ঙাওখ্রে। ঐগী মীৎত্রংনো মাবু নিংথৌ মান্না ঙাইহাক ওইহনবনি, অশেংবা ওইনদি ঙস্বা নত্তে হায়বসি মহাক খঙদ্রমাল্লে। অৱাবনি। ঙসিগী ওইনদি ময়ামদগী কায়ননবা য়াথং নিজরি।"

খুবাক মখোন্না লেপ্পা লৈতনা নিনখি। মোহননা মপোৎ মচৈ লোইশিনবা হৌরকপা মতম অদুদা ইখঙ খঙহৌদনা সিফাইগী গাড়ী অনী অহুম থৌজিল্লকখি। ময়াম ইপা পাখৎনা হন্দোক্লে। ময়ামবু তানখাইরগা অখন্ননা মোহন মেজিসিয়ান অমদি অঙাওবা মানবা নিংথৌ ঙাইহাক ওল্লুবা নুপা অদুগা মখোয় অনীবু ফাদুনা পুখি। ময়াম্না ইঙক ঙক্লা য়েংদুনা লৈহৌই। ◆

— ১৯৯৪

# এক্টিং

**রাইটরস** ফোরমনা অকরুবা মতমগী মনুংদা লাইরিক অমা থাগৎলক্তবা য়াদ্রে হায়রকপদগী রারী মচাগী লাইরিক অমা শাগৎকে হায়দুনা চোইনা তাদুনা লৈপ্লবা রারীশিংদু খোমজিনবা অদুগা মপুং ফাহৌদ্রবা লোইহৌদ্রবশিং অদুবুনা লোইশিন্নবা কল্লা হোৎনরি। চেগা কলমগা মাঙদা থমদুনা ঐনা ঙসিগী উংলক্লিবসি ফনা কুইরে। পূর্নীং লুপশিনবা ইঙম ঙমদে। ইরা ককঅ ইরা ককঅ তৌদুনা অসুম লৈরে। তাইনফম খঙদনা ইথন্তা খোয়দৌসি শাউগৎলকপগুম তৌরকই। অসুন্না উংদুনা লৈরিঙৈ তাঞ্জাসিদা ইচানুপা অতোম্বদুনা 'বাবা মী লাকই' হায়দুনা পাউ পীরে। কনানো হায়দুনা থোক্লুবদা পাখঙ মচা অমা ইশুক শুকথনা লেপ্তুনা লৈরম্মি।

— করি হায়গে ইবুংঙো?

— তামো ঐবু খঙবিদ্রবরা? ঐ খুরাইগী মাইপাককী মনাও শান্তিদুনি।

খঙনিং নীংশিঙলকই। কলেজ তম্লিঙৈদা য়াম্না লুনা তিন্নখিবা মাইপাকপী মনাও। পীশক পীক্লা লৈহৌবনি। ঙসিদি পাখঙ ফারম্লে।

— ইহে, ইহে ঐদি ঙাইহাক্তং ঙাওরুরেদনা। ঐখোয়না নখোয়দা য়াম্না তোয়না লাকপা মতমদুদদি নঙদি অঙাং ওইহৌরি। পাখঙ ফাদুনা চাউথোক চাউনা লাকপপসিদদি ইঙক ঙক্লুরে। লাউ লাউ ইমুংদা চঙলকউ। কুইরে ঈ-পাউ তানখিদবা করম করম তৌরি?

ইমুংদা কৌশিন্দুনা ফম্মিন্নরে।

— তামো ঐ এলাং লৈকাইদা লৈবা ইমান্নবা অমগীদা চৎচরুবনি। তামোগসু কৈনোমতা তান্নজনিংদুনা চঙজরক্রিবনি।

— য়াই য়াই তাম্নসি কৈদৌগে। ঐসু ঙাইহাক্তা চৎথোরপা ঙমদে। করি প্রোব্লেম লৈরবগে নঙবু ইশুক শুকনা উবসে?

স্বব অশাংবা অমা হোন্দোক্লগা মানা য়াম্না নুংঙাইতনা হায়রকই,

— তামো করি হায়গদবনো খঙদ্রে। তামোখোয়না নহা ওইবিঙে ঐখোয় তাই'পাকহোয়গা তিন্নরিঙৈদা নুংঙাইরম্বা ঐখোয়গী ইমুংগী ফিভমদু হৌজিক ওইদ্রে। য়াম্না বারে তামো।

— নখোয় তামোদুবু উখ্রুলদা পেষ্টিং তাই হায়খিগুম তৌই। শুকথোক থোরকখিদ্রবরা? মানা ইমুং পুদ্রবরা হায়রিসিবো?

— চুম্মি তামো। অদুবু করি হায়গদবনো খঙদে তাই'পাকসু লমদুগী নুপী অমা লৌদুনা লৈদ্রে। শুকলাক লাকখিদ্রে।

— এঃ অদুদি হৌনদেদনা মাসু। ইমাখোয়দি কমদৌরি না-য়েকপা তৌদেদনা?

— ইমাদি মখ্বায় নুংঙাইখিদবদগী অদুম অনা লাইওইরবনি তামো। হৌজিকসি তঙাইফদবনিনা ঐনা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনদুনা লৈরি।

— নখোয় তামোদদি পাউ থাখিদব্রা নত্রগা নখোয় চৎলুদ্রবরা?

— চৎলি, তাকউই। অদুবু লাক্কে হায়রগা শুক্লাক লাক্তে। লুপা য়াম্বে চাম্মা পীরগা অদুম থাদোরকই। হেক পোকমিন্নবা মনাও অমনা ময়াম্ববু হুন্দুনা ঙাওবা হায়বসি হৌনদবনি। অদুবু তামোদি কনাসু নত্তে হায়দুনা সুম পেন্দবা নুংঙাইতবসি তমজরবা হায়বদুনি। ঐ য়ুমদগী মাথাসি ঙাওদুনা থোরক্লুবনি তামো। ইমাগী হিদাক লাংথক

লৈগদবা ময়াম অমা, ইমুংগী অবাৎ অপা মেন্নগদবা কয়া অমা. . .। এলাং লৈকাইদগী ইমান্নবদুদা ঐগী লুপা চামঙাখক লৈখিবনি। মদু থৌগে হায়দুনা চৎলুবনি। অদুবু মাসু থবক চৎখি হায়দুনা লৈরমদ্রে।

মাইপাক কলেজদা ওল্ডোক্লা লুনা তিন্নরমগ্রবা মরূপনি। য়াম্না ইনাক খুনবা হায়বদু য়াদ্রগসু য়াইমরপ ওইনা নুংঙাইবা ইমুংনি। মচীন মনাওসু য়াম্বা নত্তে। মাগা মনাওনুপাসিগা মচম্নুপী অমগদনি। নুংঙাইতবা অমতং হায়ববু বি, এ ফাইনেল থারমদাইদা মখোয়গী পাবুংদু লৈখিদে। মানা অহলনিনা ইমুং য়েংশিনবগী ভার লৌখি। মহাক অহল লমন্না হায়বা ইনবা, মচা মনাওগী খনবা মীশক অমা ওইখিবনি। ইমাদুনসু মচানুপা অহলনি হায়দুনা বা তাথোক তাশিন তৌনদুনা য়াম্না নুংশিননা লোয়নজবনি। কলেজগী পুল্সি লোইরবা মতুংদা য়ুমগা খরা লাপ্নখিবগা, ফিভম অমসুং মতম্না য়ারক্তবগা খরা থাপথোক্লখি। নুংশিরবা হৌখ্রবা কলেজগী পুল্সিবু ঙসিদা অমুক নৌহৌননা নীং শিঙলকখি। পুক্নীংসে ইনৌ নৌথোরকই। মদু পুম্বদু হৌজিক্তি মতম অমগী বারী ওইদুনা লৈহৌরে। মহাক. মপূক-মপাও ফবা, মীনুংশি চাউবা মীনি। ময়ামগী তা মাইপাকনি। অদুবু ঙসি মনাওনুপানা তম্নরিবা বারীসি তাবদা ইঙক ঙক্লা থোকই। প্রপ প্রপ উন্নদুনা 'করিনো নঙনা তৌরিবসি ঙাওবব্রা?' হায়দুনা চৈনিংলকখি। ঐসু ওল্ডোকপা হায়বদুনি। থবক মযাম্না ননশিল্লকপনা নোংমতসু চৎলুবা ঙমখিদে।

— চা লৈরে। চা থকসি ইবুংঙো।

ঐখোয় নুপীনা চা পুথোরক্তুনা টেবিলদা থম্লে। লোয়ননা নীংশিঙবগী বাখলগী ঈচেলসু লেপখ্রে। ঐনা মাবু মশক তাকই,

— ঐগা কলেজদা য়াম্না লুনা তিন্নরম্বা খুরাইদগী ইমান্নবা মাইপাক; নীংশিঙল্লিব্রা, মাগী মনাওনুপানি।

— ওঃ তামো মাইপাককী মনাওনুপা ওইরেকো। সুম উন্নখিদ্রবনিনা ইকাউ কাউনরে। মরক মরক্তা হেক কোইথোরকউ ইবুংঙো। ফম্মুকো, ইতৈমা ইমুংগী থবক ইনখাং লোইশিল্লুখিগে।

হায়রম্লগা মহাক চঙখ্রে।

— অদু নঙগী বারীসি তাবদা ইয়াম্বা য়াম্না নুংঙাইতে। ঐ নখোয় তামো উন্নবা উখ্রুলদা চৎলুচো হায়ব্রা করিনো নঙগী অপাম্বদু হায়যু।

— তামো কৈকান্নবনোদা। মদু ঐ পামজদে। মশানা জ্ঞান তারকপা নুমিৎ অমা মরাইনা লাকচনি। থোইদোক্লা খনবীরুরনু।

— ফরেনে, ফরেনে। নঙনা য়ানিংদ্রবনিনা। অদু ঐদি মতাং চাবদা করিগুম্বা থেংনবা থোক্লবদি বা খরদি মঙোন্দা শোয়দনা হায়গনি। ওহ্লোক্লা থাজখিদ্রে। মাগী থম্মোয়না অদু য়ৌনা কনখিগনি হায়বা। ইমাদু মাগী ব্বাখলদা নাবা হেঞ্জিনবা শোয়দনা ওইরম্লগনি। ঐসু চৎথোরক্কে। ঐগা তান্ননিংই হায়বদুনা করিনো?

মহাক ঙাইহাক হায়বা ঙমদনা ইক-আক তৌদুনা লৈ।

— তামো . . . আ. . .ঐগীসি. . .

— হায়য়ুনে করিমতা চিংনগনু।

— তামো ঐগীসি তামোদি কনাসু নত্তে হায়দুনা ইকায় ইকি থাদোকচরবনি। ঙসি নোংমা নীনিসিদংগী ইমাগী হিদাক লাংথক অমদি ইমুংগী অব্বাৎ-অপা মেন্ননবা লুপা চামঙা খক্তং পূজগে। ইমান্নবদুদগী লৌরগা য়াম্না থুনা অমুক শিংজগে।

— এঃ অদু হায়বদু করিগী হঙ্গোইরিবনো? ঐসু পাউ তাদদুনা তৌরিবনি। তারবদি হেক্তা লাক্কদবনি। অদুদা লুপা চামঙাদি শুরম্লরোই। চহুমখক্তি লৈরমগনি, মদু পায়খ্রোকো।

অলমিরাদগী লুপা চহুমদু লৌথোক্লুরগা পী।

— য়াম্না নুংঙাইজরে তামো। উপায় লৈমন্দবদগী ইকায় ইকায় হায়জরবনি। অমুক য়ৌজরগে।

— ফরে ফরে, য়ৌরো। ইমাদু করিমতা পূক্নীং শোহ্নগনু ঐসু লাক্কনি হায়হেহৈ হায়না তম্মুকো।

— ফনি তামো।

মানা চৎখ্রবা মতুংদা ফমথদুনা কলম পায়বা হৌগৎলি। অদুবু পূক্নীং চঙবা ঙমদে। মাইপাককী ওনখ্রবা পূকচেলদু খল্লুবদা শাউনিংবা, নুংঙাইতবা হেল্লকই। কলেজগী পুস্সিদা ঐনা খঙজখিবা মহাক্তুগা পূমওন ওন্নরবা মীশক অমগী পাউ তন্নবগুম থোকখি। মমা-মপা, মচীন-মনাওবু লায়না লায়না কাউথোকপা ঙম্বসিবু হৌনরিব্রা। নুপীদুনা শেমজিনবীখ্রবজাৎলা? মওল মওল খল্লকই। ইমাদুনা চাক্লমগদবা খাংঙম্লম্লোইদবদু খল্লুবদা য়াম্না নুংঙাইরক্তে।

— ওজা. . .ওজা রাজেন লৈত্রো?

বীরকুমারগী খোঞ্জেলনি। ৱাখলগী নুংঙাইতবদু পাক কোকপা ঙমদবনা শোম্থাংননা ঐনা খুমখি,

— লৈ। ভায়, ইমুংদা চঙলকউ।

— কৈদৌরে নঙনা ইশুক শুকথনা লৈরম্মিসিনা? ৱারীগী মচাক শুংঙিবা হায়বদুরা নত্রগা ইবেম্মগা খৎনরব্রা?

— কৈসু তৌদে। ওম্থোক্না নুংঙাইতবা ৱারী অমা তাই ঙসিসে। অদুগীনি।

— ঐঙোন্দা হায়দোকপা য়াদবজাৎলো? করিনো?

— হেরা, ঐখোয়গা কলেজদা তম্মিন্নখিবা মাইপাকতো খঙঙিদনা, খুরাইগীদো?

— হোয়নে খঙঙিনে। মা কৈদৌরগে?

— মাগী মনাওনুপাদু লাক্লম্মি মানা . . .

হায়বা লোইফাৎত্রিঙৈদা বীরকুমারনা খঙহৌদনা মরক থৎখি,

— আঃ মহা বদমাসতু সিদসু য়ৌরক্লম্লব্রা? খদ্রক্কী অঙাংদো। লৈরক মচীন হাইজিল্লকপদা মা হাইফেৎ মানবা অমা চৎখি হায়না নীংঙিনে। ঐনা চিংনবদু চুপ্লেদনা। পৈশা কয়া লৌখ্রে?

— করিগীনো অদুক ৱানা মমা অনাবগী কোইচেন চেঞ্জরিবা মীদুবু নঙনা শাউরিদুবো?

— মাগী এক্টিংদা, মাগী ৱারীদা নঙ পঙথরুরে নৎত্রদো? ঐ লোইনা খঙঙি, য়াম্না মুপ্না খঙঙি।

— করিনো ভায় নঙনা হায়রিসিবো! ঐবু ইঙাও ঙাওরে। মাইপাকতু উখ্রুলদা নুপী অমা লৌদুনা লৈখ্রে। শুকথোক থোক্লকখিদ্রে। মমা নাবসু হন্না য়েংলকত্রে,মানা কোইচেন চেন্দুনা হোৎনরিবনি হায়দুনা ওম্থোক্না নুংঙাইতনা তম্লম্মিনে। অদুগা নঙনা হায়রিসিবু করিনো?

— কোম্না হায়গে পৈশাবু কয়া লৌখ্রবগে হায়য়ু?

— লুপা চামঙা পীয়ু হায়বনি, লৈতদনা চম্থমখক পীখি।

— চম্থমখক্তং মাঙঙিবদু ফরবনি। ঐঙোন্দগীদি ঙৌরোক ঙৌনা চামঙানি শেৎতুনা লৌথ্রিবা। মহা ফৎখিদ্রবা অঙাংনি। মাইপাকনা মপান্দফাওবা লাইরিক তম্বা থাবীরুরবনি।

ওইদনা তোক্লবনি। দ্রগ এদিষ্টনিনে, দ্রগ এদিষ্ট। ইমাসু মাইপাকসু মাগী হাক্তক্তা য়াম্না বারবনি। হৈত্রা এক্টিংদো। করম্বা ড্রামাগী ওজাদবু তম্মুরিবা এক্টিংনো খঙদেনে। চৈ অমুক্তং ফজনা পীজরগা খঙগদবনি মা।

মানা মথং মথং ঙাঙশল্লকপদুদা ঐ ভাব মেন অমতা তারক্তে। হৌজিক্তা মমীংতা পিগী ঈরা চেল্লদুনা হায়রল্লিবা ময়াম অদু পুন্নমক মীনম্বা ওইরগদবা। বীরকুমারনা লম্নাই নুংঙাইতবা অমা লৈবদগী পণ্ডহায়দা হায়জিল্লবজাংলা? অদুবু বীরকুমারসু মচীন থীগনবা, ওইদবা ঙাঙগনবা মীতা নত্তে। করিনো ঙাইহাক্তংসিদা ঐবু পুমঙাও ঙাওহল্লরে।

— ভায় নঙনা হায়রিসিবু শোয়দ্রবরনে?

— ওহো, ওহ্নোকপনিদকো সত্য। মাগী এক্টিংদুনা পুমশুম শুম্মৎখিদুনা নঙ ঐনা হায়বা থাজদ্রবনিনে। থাজদ্রগা থাংমৈবন্দগী বুখি, মাইপাকহোয়গা মরী মতা থোক্লেসু হায়বদো মঙোন্দা হংঙু। মাদি য়াম্না মুন্না খঙবনি। ঐঙোন্দগীদি অমুক মঙোন্দনা হাল্লিবনি। ঐ থেংনরিবসি ফরবনি নঙ, মতুংদদি নমীৎ ননা খরা শিংনবা। ঐ চৎলগে নহানগী ঐনা হায়বা লাইরিক্তু অমুক্তা পীয়ু।

— ঙাইখো চাকা থকখিসিদনা।

— হুম, ঐ থকলরোই। অতৈ থবক খরসু চৎলুগদবা ৱাৎলি।

লাইরিক্তু লৌথোক্তুনা পীববা মতুংদা মহাক চৎখ্রে। অমুক ইথক্তা ফমথরে। হৌরম্বা মীনুংশিগী পিগী ঈরাদু শাউনিংবা নুংঙাইতবরোমদা ওহ্নোরকই। ঙসি নুমিৎ সিমদি থবক পায়বা ইয়া য়াদৌবা মানশল্লকত্রে। তৌফম, তাইনফম খঙদনা খোয়দৌসি শাউগৎলকই। তাঞ্জাসিদা অমুক কনানো অমনা 'ইবেম্মা, ইবেম্মা' হায়না কৌরকই। ইনে ঙায়োনবীগী খোঞ্জেলনি।' থোক্তুনা হংলুই,

— করি হায়গে ইনে?

— ইবেম্মদি?

— ঐঙোন্দা হেক্তা হায়বীয়ু য়ানি ইনে।

— তলব ফংনবা মতমবুদি ওইরম্মোই। অদুদা ঐসু উপায় লৈতদুনা হায়রবনি। লুপা চনীখক্তা পীবিগেরা? অঙাং অমা মশা ঙমদদুনা লৈহৌরবা। ঙা শোংপগী লৈনবা পৈশাবুদি চনী য়ৌরম্মোই কেন্না অমুক শকচিন্নসি।

ঐ ঙাইহাক খুম্মক্ম খঙদে। থম্মোয় শেংনা চমনা কোইনদবগী হায়ররিবনি। অদুগীসু

মথক্তা পীগদৌবা লৈরবা পৈশানি। থিক্তং মাঙজৌননা হায়রকপগী বাদনি। মহা বদমাসতুদা পঙথরুবদগী লোইনা পীথোকখ্রে, উপায় লৈতে।

— ইনে পীবুদি য়ামনা পীনিংঙি। অদুদা হৌজিক্তা ইমান্নবা অমগী মনাওনুপা লাক্কুনা মমা য়াম্না কন্না নারে হায়বদগী লুপা চহমখক্তং লৈরম্বদু লৌথোকখ্রে। ঙসিসি কনাদীনো য়েংবীরুরো ঐ হয়েং শোয়দনা পীজগে।

— হোয়, হোয়, লৈত্রবদি কমদৌনি।

শোম্বাংননা হায়রম্নগা নুংঙাইতনা চৎখ্রে। অশেংবা এক্টিং অমসুং শাশিন্নবা এক্টিং অনীগী খেন্নবা খঙবা ঙমহৌদবনা তৌফম খঙদ্রবা ফিভমদা ঐসু নুংঙাইতা নুংঙাইতা যেংদুনা লৈহৌরে। ◆

— ১৯৯৪

# পান্থোইবী এক্সপ্রেস অমসুং কুমগী নোংহৌ

**খুহিরম্বন্দ** কৈথেলগী লল্লোনবী নুপী ময়ামবু কৃক কৃক ইন্নরা ময়ুমদা পুরদুনা হল্লক্লি তপ্পা ঈংনা নিংথৌখোঙ টু ইম্ফাল চেনবা 'পান্থোইবী এক্সপ্রেস'। মমিংতা মঙাইরে। য়াংনা চৎপা ঙমদ্রে। মশাগী কায়াৎ খূদীংমক অহল ওইশিল্লরুদুনা চৎপদা মঙম শান্দ্রে। অয়ুক নুংথিল থবক চৎপা, ওফিস চৎপা কাঙবুশিংনদি তোংনিংবা ফাওদ্রবা বস অদু লল্লোনবী নুপীশিং অসিগীদি ওন্থোক্লা নুংশিজখ্রবা বস ওইরি। মাতনা নোংমগী চর তাঞ্জরিবী মখোয়বু মশাইকোন্দা অমুক পুবিরক্তুনা মচা-মশু, মপুরোইবগী মনাক্তা য়ৌহনবিরক্লি। তপ্পা চেল্লিবা মহাকপু কনানসু তথি তথিনা হায়বা তৌদে। মখোয় মশেল বারী শানবা, লাঙমিন্নবা অদুনা অবা পোখোক্লরি। বারীদি অমতা তিন্নদে। বারী শাবদুদা য়াওদনা তুমিন্না উইদুনা চৎপসু য়াওরি। বাখলগী মঙলান কয়াদা তাউদুনা চৎপসু য়াওরি। অহল ওইরবী অমনা থাইনা মখোয়না লৈশারিঙৈগী হৌখ্রবা মতমগী বারী কয়াদু নীংশিঙদুনা লীবদা

নহা খরনা থরায় য়াওনা তারি। বা বা লাঙই, নোকই। খুলং ঈশৈ শরুৎলকপসু য়াওরকই। তোঙান তোঙানবা পুন্সিগী ঈচেলদা তাউথনরবসু ঙাইহাক অসিদদি পাম্ষোইবী এক্সপ্রেস অসি মখোয়গী অপুনবা ময়ুম অমা ওইরকই। হেন্দিমেন ইবোমচানা লাউই, "লাঙমল্লে লাঙমল্লে খিগৎমল্লে, লৈশাবীশা।" অমনা খুমলকই "করিনোহে খরা লাঙদবা নুং ঙাইথোকতবা য়ারিব্রা চৎনা চৎনা দোম দোম তূদুনা শিনরবা মতমসিদা" খরা অমনসু ৱাপাংশিল্লকই — "মানি মানি অফাউ শাজনুহে ইবোচা নঙ। নঙগী লুহোংবদা ঐখোয় লোয়না য়াওগদৌরিবনি।" উপায় লৈতনা খূন্নকই ইবোচা — "হো লাঙঙো লাঙঙো। নখোয়গা ঙাঙনবা ঙম্পোৎ নত্তে। ঐনা হায়বদি লাঙঙবসু মখোল থোক্তনা লাঙঙু হায়বে ৱানি।" হায়ঙম তৌঙদবী অমনা শৎ অমুক হায়রকই — "ভালোহৈ, শিংঙেদকো পিকত্রু। মখোল থোক্তনা ৱারী শাবা হায়দুদি মতাং মতাং লৈবনি। অঙাং নঙদি ভাব তাখিরোই।" ময়াম ৱা লাউনা নোকই। মখা তাখিদে ইবোচাসু।

ময়ামদুনা লাঙলিবদু করিমত্তা য়াওদনা ৱাখলগী ঈপাক্তা ঈরাক্লরি ইবেমহল। ফম্মিন্নরিবী তৌম্বীনা উংদুনা লৈরিবা মাগী মতৌদুদা হায়রকই,

— কৈদৌরগেনে ইবেমহল নঙবো? নশা নুংঙাইত্রবরা? নশা নহা ওইরিবনি, খরসু মনুংঙাইথোকউ ইবেম্মা।

— কৈসু তৌদে ইচে।

— তৌনুদা, ৱাখল নুংঙাইত্রবসু ফুমজিন্দুনা থমগনু। মীঙোন্দা খরা লীথোক্লগসু মফবনি। নত্তে নঙবু পুন্সিগী ওইনা চাউবগা খাইনগে হায়না খল্লব্রা? নচা অনীদুগী য়েং লগা হঞ্জিন্নবনা ফৎত্রনে ইবেম্মা।

— মাগী ৱাসি তোক্লসিদা ইচে। অদুক ফৎতবা নুপাদুবু। অঙাং অনীগী খনবদা ঐসু খাঙবা য়াবা খাঙলম্বনি। উপায় লৈতে। মাগী মতৌদু মীনা খাঙবা লাকপা ঙম্বজাৎ নত্তে। নোংমতা, ঙাইহাক্তা, মীৎকুপ খরদং ওইরবসু হরাও হরাও সেগা মাইগা হায়দুনা মতৈ-মনাও ওইবগী তাথোক তাশিন তৌমিন্নদুনা লৈবা হায়বদু ফংখিদ্রবনি। য়ু থকচিল্লগা খৎনবা হৌবা, ফূবা চৈবা, মসিনা মহাক্কী নুতিগী মথৌনি। অতৈসু থক্লরি চানরি; মাদৌনা তৌবা য়াওদে। অসুক থীনা ঙম্মি হায়দুনা নুপীবু ওৎপসিবু করম্বা নুপানো খঙদে। হায়রুদুনা কান্নদে ইচে। অঙাং নাবগী হিদাক লৈবা চৎখ্রগা, মথীবোং য়ু থক্তোক্লগা লাকপা ঙম্মিবা মীনি।

— খঙত্ৰেদা ইবেম্মা। নুপা ফৎতবা হায়বসিসু। ঐখোয়না ঙক্লিবদি হান্না অদুক য়াম্না ওক্তনা হৌরকপদি নত্তমাল্লে। করম তৌনা অসুক য়াম্না হোংথ্রিবনো খঙদেনে। সঙ্গ ফৎতবদগী তৌথ্রিবা জাৎলা!

— ইচে, কনাদবু তাইনরুনি। ঐগী ইরাইবরুনি।

চহী অমরোম ফারক্লে ইবেহলনা মপুরোইবগা খাইনদুনা মপামদা লৈরক্লিবা। লুহোং বা নৌরিঙৈ মতম খরা অদুদি মাবু লুনা তৌবিবা মীশক অমা ওইরম্মি। অদুগুম্বা মীকুপশিং অদুদনি মহাক্না তুংগী নুংঙাইরবা মঙলান কয়া শাগৎচখিবা। থবক ৱানা শৃজরুরবসু মপুরোইবগী পাম্বোমখাদা নুংঙাইনা পোখাবা ফংজদুনা অৱা অনা কয়া কাউথোকচবা ঙমজখি। অদুবু চহী খবগী মতুংদা মাগী শাজৎ হোংলকখি। য়ু অমসুং নুপীদা লাইচুরকখি। য়ু থকচিল্লগা মরম লৈতনা মাবু খৎনবা হৌবা, ফুবা চৈবা তোয়না তৌরকখি। লমচৎ নাইদবী নুপী কয়া তাঞ্জা য়েংলগা ময়ুমদা পুরক্তুনা মাগী মমাঙমক্তদা পাদোংমিন্নবা ঙম্লকই। খা-চীক্তুন কপ্পা কপ্পা খাঙবা নত্তনা মাগী করিসু উপায় লৈখিদে। নুমিত্তুদি মহাক খাঙবা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈখি। অঙাং অতোম্বদু নাবগী হিদাক লৈবা চৎথ্রগা য়ু থকচিন্দুনা ঙাওরগা হল্লকপদুদা অশাওবা ফাজিনবা ঙমদনা পেন্না চৈখি। 'মহা চন্দাল, য়ু ঙাওবা নঙদা শিখ্রো . . নঙদা শিখ্রো। নচাফাওবা নুংশিবা খঙদবা নঙবু করম্বা মীনো। শা ফাওবা মচা নুংশিবা খঙবনে. . .।' ঙাঙবা লোইদ্রিঙৈদা চেনশিল্লক্তুনা মমায় মমীৎ খঙদবমখৈ থাজল্লকখি। মহাকসু মখূৎ হন্দুনা ফুনখি। য়ুমলোন কৈরোম্নবনা লাক্তুনা খামদোক্লমদ্রবদি য়ুগী ময়াইনা লাকহৎখ্রবা মপুরোইবগী মখুত্তা মহাক মথৱায় থারম্বসু য়াই। থম্মোয় শোকমনখিবদগী নুমিৎতুদগী মচা অনীদু পুদুনা মপামদা লাকখি।

— হৌখ্রবদি হৌখ্রে ইবেম্মা, কৈসু খল্লুরনু।

ফম্মিন্নরবী তোম্বীনা মাবু থেমজিনবীবা ওইনা হায়রকখিবনি। চুম্মি, খন্দবনা নীং শিঙদবনা খ্বাইদগী ফরবনি। অদুবু পেন্দবা, নীংঙমদবা ৱাখলসিদগী লাপথোক্লবা হোৎনবা হায়বসি মঙোন্দা অৱাবা অমা ওইরি। মখা অমুক তারকই তোম্বীনা,

—নচা অনীবু মী ওইনবা শেম্নবা হোৎনরো। মখোয়না চাউরক্লগা নঙগীসু নুং ঙাইবগী মতম মরাইনা লাকচখিনি। মীবু অসুম ৱাদুনা লৈবা হৌনদে।

— মখোয় অনীগী আশাদনি ইচে, ঐনা তূম্বা চাবা চঙদমখৈ হোৎনরিবসি।

মখোয় অনীগী ৱারীদু থুগাইদুনা নাকন্দা ফমলিবী ইবেমচানা হায়রকই,

— ইবেমহল নঙগী নচা নুপাদুনা হয়েং চাউরগা ঐগী ইচানুপীগা লৌনহনসিহৈ মরী তৎনদনবা।

— হোয়, হোয় ইচে।

ইবেমচানা মখা তারকই,

— অদুগনে নঙ খরা চেকশিহৌহৈ। নঙোন্দগী হেক হেক পোৎ লৈবা ফাগি তৌগনবা নুপাদো মীৎয়েং নায়েং অমা চুমদেকো . . .।

— ইবেমহলগী হেরো অমা লৈরবরা হায়রিসিবো?

তমুরৈন অদুক নোক্তুনা নোকশিল্লকই।

— লৈরেয়ে লৈরেয়ে মী মশক ফজবনিনা হেরো য়ামখৎলকইবা।

অমনা অমুক 'লাইবক ফৈদকো হা চেক্লা ইবেমহল . . .' খুৎলং ঈশৈ সুরদা থোক ওক্লকই। ময়ামদু ব্রা লাউনা নোকই। ফাগিদুনা ইবেমহলগী থম্মোয়দদি তাশোন্না থিনবগুম থোকখি। চীনবান্দা কংনোক অমা নোক্তুনা ফাগিদুদা শরুক য়াবা নৎতনা উপায় লৈখিদে। মমীৎ উইশিন্দুনা ময়ামগী ব্রারীদুদগী লাপথোক্লবা হোৎনজরকই।

. . . . 'ইবেমহল নঙ হৌজিকফাওবা ঐবু শাউবা ফৎত্রিবরা? ঐ য়ুসু থক্তে। নুপীসু কোয়দ্রে। নঙ লৈতবসি ঐ য়াম্না নুংঙাইতে। ইচিক চিকই। ঐ নঙোন্দা য়াম্না লানখ্রে ঐবু ঙাক্পিররোইদ্রা?' 'অদুক তমথীবা নঙবু করম্না থাজগদৌরিবা! মোইথেম তৌদুনা, পুরগা ঐবু হাৎকে হায়রিব্রা? থাজদে ঐ শুকথা থাজদে। চৎলো চৎখ্রো। ঐগী ইপুরোইবা লৈত্রে, শিখ্রে হায়না খল্লবনি। ইচা অনীসিদং মী ওইনবা হোৎনজগে। অমুক খুরৌ থাং বীরনু।' 'হায়হৈদে, তৌহৈদেনে ইবেমহল, নঙবু ঙাওরব্রা? নুপীনা মপামদা লৈবা হায়বসে ফজবা থবক নত্তে। মীগী মীনোক চঙলক্কনি। নুপা কযানা মিতারক্কনি। ঐনা হায়বা থাজদবা তৌগনু। উম, চুম্মি। থাজফম থোক্তে। ঐনা মমাঙদা চৎখ্রিবা শাজৎ লীচৎশিংদু খল্লুরবদি থাজফম থোক্তে হায়বা ঐ খঙই। অদুবু নহাক অমুক্তংদি হংঙু য়ুমলোন কৈরোন্নবদা লৈকাইগী মীশিংদা। ঐনা নঙোন্দা লানখিবা ময়ামদু নীংশিঙলুরগা ইথন্তা নীংঙমদনা কপ্লিবনি। হৌজিক্তি থবক কম্না শূরগনি। ইচা অনীবু মী ওইনবা হোৎনবদা ঐসু থৌদাং চপ চানা লৌরগনি। করিগী নঙতগী অততায় ওইগদগে। নঙ ঐবু অমুক্তদি ঙাকপিয়ু। শা ওইরুরবা ঐনা মী অমুক ওইনবা হোৎনরকপদা নঙনা অমুক্তা মতেং পাংবিয়ু। চৎসি য়ুমদা।' 'ঐ ঙম্মোই ঐ থাজদে। থাজদে . . . থাজদে . . .

থাজদে . . . ।' খাংঙমদনা লাউই অদুগা হীক্লা হীক্লা কপ্পি।

— ইবেমহল কৈদৌরগে নঙনা কপ্লিবদুবো?

ফম্মিন্নরিবী তোম্বীনা ইঙক ঙক্লা হংলকপদুদা জ্ঞান তারকই মহাক মঙ মঙলুরে হায়বা।

— কৈসু তৌদেদা ইচে।

— সে, সে নপোৎ নচৈ লোইশিল্লো য়ুম য়ৌরক্লবনি।

ইচীক চীক্লবা লম্মাংদোং কৈথেলনা মখোয়বু ঙাইদুনা লৈরমখি। বসতগী কুমথবদা মপুরোইবগী মনাওশিং থোকপা খোমৈদু লৈরম্মি।

— খোমৈ কদাইদা চৎলুরিবা নঙদি?

— ইতৈমা, ঐ ইতৈমবু ঙাইজরম্লিবনি। আ . . . .

ৱা মখা তাবা ঙমদনা ইক-আক তৌদুনা লৈখি খোম্মৈ।

— করি তৌরে হায়য়ুনে।

— ইতৈমা তাদদু য়ু থকফমদা মীগা ফূনৈ হায়, খরা শোক্লমাল্লে। ডাক্তরদা পুখৎকনি তৌহৌরি। তাদনা ইতৈমবু শোলহৌই। অমুক্তং চৎপিবনা ফরোইদ্রা?

— কয়াম থীনা শোক্লবগে খোমৈ, হিংঙরোইদবা জাৎলা?

মীৎতা পি থুন্নাৎলকই।

— কা হেন্না থীনা শোকপদি নত্তেদা ইতৈমা। অদুদা ইম্ফাল য়ৌহৌবনা ফগদ্রা খন্নবগী ৱাতনি।

— ইচে তোম্বী নঙনা থোকপা ঐগী পোৎসে য়ুম য়ৌবিরো। লাকও চৎসি খোমৈ।

চেনবোই চৎপোই খোমৈগী মমাঙ থাগৎখি।

পাম্বোইবী এক্সপ্রেসসু ঙুং ঙুং ঙংলগা চৎপা হৌরকই। ◆

— ১৯৯৪

# মহাকতুনা ঐ ওইরম্লবদা

**মীয়াম্না** ঐবু সমাজগী থবক তৌবা, ভাষন য়াম্না হৈবা, অফবা মীনি হায়না শীংথাবিদুনা য়াম্না ইকায়খুম্নবী। সংস্থান কয়ানা শীনবা মীফম কয়াদা ঐবু ৱা ঙাঙনবা হায়বীরকপা করিগুম্বদা চিফ গেষ্ট নত্রগা প্রসিডেন্ট ওইনবা ফাওবা হায়বীরকপা য়াওই। ঐসু অদুম হরাও হরাও চৎলি। তাঞ্জা চাবা মতমদা ঐখোয়গী নুপীফাওবা পুদুনা চৎলি। খবরদা ঐনা ঙাঙখিবা ফজবা ৱা কয়া য়াওরকপদা ঐখোয়গী নুপীগা ঐগা অয়ুক্কী চা থকপদা হরাওনা নোকমিম্নৈ। ইঞ্জিনিয়ার, ডাক্তর, অচৌবা ওফিসার নত্রগা মন্ত্রীফাওবগী নুপী ওইবা ফং হৌদ্রবসু ভাষন হৈবা নুপা অমবু মপুরোইবা ওইনা ফংজবসিগীদমক মহাকসু চাউথোকচৈ। অসিদবু অচৌ-অশাং, ফম্লাই-তুনাইবশিংগী নুপীদি কয়াগী মতিক নুং ঙাইরমগদগে হায়বদু হায়রুদুনা কান্নদে।

নুমিৎতু — নহারোল চাউখৎ-খোঙথাং লুপকী মীফম অমদা ৱা ঙাঙবা চৎলুবনি।

ভাষন ফজনা পীবগী নুংঙাইদুনা খুরকখিবা খুবাক মখোলদুনা ঐবু ময়াই কাহনখি। ঐসি বা ঙাঙফাওবদি ফজনা হৈরবজাৎনিহে হায়না খঞ্জরগা ইথস্তা পংনুংদা নুংঙাইজখি। নুমিৎ অদুগী খোঙচৎ অদু মরূপ ইবোবীগী কারদা চৎমিন্নবনি। মহাকসু ফজ-ফজবা মরুওইবা মানখ্রবা বা ঙাঙবদা লাম্বা খরা বাগদৌবা মীনি। তৌবতবু মাগা ঐগা কনানা হেনবগে হায়বসিদা ঐনা খরা হেল্লি হায়বসিমদি অয়াম্বগী মোৎ ওই। মীফমদু লোইরগা চান থরুবা খরা শীল্লি হায়দুনা সংস্থানদুগী সেক্রেটরীনা য়ুম অমদা পুশিল্লি। য়েন থোংবা, অঙৌবা. ঙা অতাউবা, সলাকনচিংবা টেবল অমদা ফজনা থেন্দুনা থন্নম্মি। হেক উবদা খল্লি — 'হাইস। মসিদি মওং অমনিনা, ষ্টেন্দর্দ লৈবা অঙাং ঙাক্তনিনা। মহীফাওবা অঙাঙবা ওইরম্নি শোইরোইসে।' সেক্রেটরীদুনা হঙ্গোইরপ তৌনা হায়রকই,

— ওজা, ব্যবহারদি থোক্ত্রে। খজিক্তং চাবা য়ানবা শীনজবনি। হান্নসু ওজাহোয়দা পায়বা পায়দব্রা হায়নসু হংজহৌদ্রে . . .। খজিক্তং তৌবা য়ারগদি . . .

— হা। করিনো নখোয়না হায়রিসিবো ? চাবগীদি কৈসু কায়দে, অমদুদি ঐবু —

'অঙাংশিংদুনা উশিৎখিরোই হায়দুনা পান্নবসু হৈনদবা, তৌদবা শাদুনা খুমখি।

— ওজা অদু ঙসিদংদি চাক চাবা নুংঙাইনবা পেগ মচা অমা অনীদং হেক পায়বীরো।

— হোয়দা, খরা হেক পায়শিল্লসি। নোংফাদোকপু কৈদৌএ হায়বগে। অদো ইনাওশা মী খঙহনবকাদি য়াদেকো। ইজ্জৎ মাঙবা য়াদে। মতমগা ফৎতবসিদা।

মরূপ ইবোবীনা বাপাংশিল্লকই।

— ওজা মদুগীদি কৈমতা নুংশা থীবিগনু। কনামতা খঙঙোই। য়াম্না লোন্না শীঞ্জরিবনি। ওজাহোয় মশক নাইবা ঙাক্তনি। চোপ্পা য়াবা নত্তে হায়বা ঐখোয়সু খঙজে। ওজাখোয়না ঐখোয়বু পুক্লীং থৌগৎপিবগী সেবা খজিক্তং তৌজনিংবগী বানি।

— হোয়, হোয়। ফরে, ফরে। হায়দোক্লদ্রগা লোইরে।

চানবদুনগা হাউবনে পেগ অমা অনীদগী মশীং খরা হেঙ্গৎখি। বং বং হাইগৎলকই। য়াম্না বানা কন্ট্রোল তৌনবা হোৎনৈ। ইবোবীদি য়াম্না জ্ঞান তানা থৌপুবা নহা অমা অনীদুগা নহারোলনা তৌগদবা থৌদাংগী মতাংদা বারী কন্না শানরি। খরা খরা পানখৎনবনরা করিনো বারীসু ভাব তানা শাবা হেঙ্গৎনরকই। ঐদি মরক মরক্তা থেৎপা নৎতনা য়ারিবমখৈ বা ঙাঙলুদ্রে। কোক্তা হাইগৎলক্লিবা অঙাঙবা মহী মহাক্কী এটেক

অদুগা কন্না লাহ্ৰেংনবা হোৎনরি . . .

নুপা নুপী ময়াম অমনা, "ফু, ফু, হাৎলো হাৎলো" হায়না লাউদুনা নুপা অমদা তান্নরমবদু উরুই। "করিগীনো করিগীনো" হংনৈ। অমনা খুমলকই — "মশক লোম্পা মী ওইরমানে। করিনো মরাল শোয়দনা লৈরম্মনি। মমায় হাংদোকউ য়াদে হায়। চিংনদুনা ময়াম্না তান্নবনি।" -— "মাগী মরাল করিনো হায়বদুদি নখোয় তশেংনা খঙলবরা?" — "মরাল লৈবদুনবু তান্নরিবনি। ময়ামসু অঙাওবদি নত্তেদনা।" অদুবু য়াম্না ঙকপদি নুপাদু খোঙনাং পাম্বী অমগী মরুমদা লৈশিনখিবদগী অদুম মাঙখ্রে। থিবা খঙখিদ্রে। ময়ামদু য়াম্না শাউনা হল্লকই। হায়নরকই — "কয়াদা মাঙবা হৈখ্রবা হুরানবনো। মহাক্কী মমায়দু অউপ্পনি। হেক ফংলম্নবদি অশেংবা মশক্তু খঙলমগদবনি। ওহোক্না লায়না নাহোকখিদা সত্য। অদুবুদি হুরানবগী তরানি মপূগী নোংমা। নোংমদি শোইরোইদনা মা।" ময়ামদু শাউনা শাউনা হন্নখ্রে। গাড়ী ষ্টার্ট তৌদুনা থৌরকই। খোঙনাং পাম্বী মপাদু য়ৌরকপদা নুপাদু ফৎ লাউনা থোরক্তুনা গাড়ী খাম্মি। গাড়ীগী ব্রেক মথন্দা ফাজদুনা লৈরম্লে। গাড়ী ষ্টার্টসু হৌখিদ্রে। নাহোক্লবা হোৎনবা উপায লৈখিদ্রে। অকিবা ফাওবকই। মীরা লাইরা মথোং খঙদ্রে। তম্নরিবা হায়বদুরা। মীযম্না তান্নরকপা হুরানবদুগা করম্না চৎমিন্নগদগে, ঐসু দশা তাবা য়াওরনিদকো খল্লুবদা হমাং কাঙলকই। গাড়ীগী থোঙ হাংদোক্তুনা ঐগী নাকন্দা ফমলকই। ময়াম্না হায়বদু চুম্মি। মমায়দু অহাপ্পনি। গাড়ী থৌরো হায়দুনা ঈঙ্গিৎ তৌরকই। গাড়ীদু ষ্টার্ট তৌরগা অকিবা পাখৎপগা লোয়ননা থৌরকই। ময়াম্না য়েংনিং লিবদুদগী শরুক চাম্মা হেন্না ঐনা মশক খঙনিংবা হেঙ্গ্যলকই। মখুৎ-মশা, মখোঙ মথং মথং য়েংনবা হোৎনৈ। নুপাদু ফিভম মুর্ত্তি ঐগা মান্নবগুম্নসু তৌই। লমহাং মপা অমা যৌবকপদা গাড়ী খান্নবা ঈঙ্গিৎ তৌবকই। গাড়ী খাম্মি। করি তৌরক্লদগে খল্লদুনা ইশাসি ইতাউ তাউনা লৈরম্মি। "করিমতা কিগনু" হায়বগুম মখুৎনা লেংজুমদা পোপ পোপ ফুরদুনা মহাক্কী মমায় অহাপ্পদু লৌথোরকই। ঐ ঙকপদা খম থেংখ্রে। কিবনসু লোইরে। নুপাদু ঐগা চপ মান্নবা অমা ওইরম্লে। ঐনা কিনা হংই,

— নঙ কনানো?

— ঐ নঙনি।

— করম্না ঐ ওইগদৌরিবা?

মহাক হৌনা নোকথোরকই অদুগা হায়রকই,

— নঙনা উপ্লিবদুনা মপাম্বোংগী অফবা শাদুনা চৎলিবা মমায়নি। নঙনা খঙদ্রবননি। ঐনা উপ্লিবা অসিনা নঙগী অশেংবা নুংগী ওইবা, অরানবা কয়া তৌরিবা অদুনি। তাম্নরক্লিবা মীয়াম অদুনা ফারম্লবদি নহাক্কী ইজ্জৎ লোইরগদবনি। ঙসিদি নরাইবক ফরবনি।

— নঙবু ভূটলা প্রেতলা? ঐবু তম্নরিবা হায়বদুরা? ঐবু মিংদা থিহনগদবগী য়েক্লবা কনাগুম্বনা থারক্লিবরা? অশেংবা হায়বীয়ু।

— কয়াদা নোক্লিংগ্নবনো নঙসে। অফবা শানিংমনখিবদগী নশাগী অশেংবা নশকতু শেংনা খঙজবা ঙমদ্রে। নঙনা মীঙোন্দা মীনম্বা য়াই, নমথাক তৌবা য়াই। খঙদবশিংনা অদুম থাজদুনা লৈগনি। অদুবু নশানা নশাবু মীনমজবদি খক ঙম্মম্ম থোক্তে। নীংশিঙদুনা য়েংউ নঙনা তৌখিবা অরানবা, ফৎতবা থবকশিং . . . কনাসু খঙলরোই হায়দুনা লোম্না তৌখিবশিংদো।

ঐ খুমফম খঙদনা তুমিন্না লৈরম্মি। মহাক্না মিংশেল অমা পুথোরক্লুনা ইনাঙদা থম্লকই।

— য়েংঙু, মিংশেলদুদা মুন্না। নহাক্না নীংশিঙনিংদ্রবসু লোইনা থোরক্কনি।

মথং মথং মথং সিনেমাগুম্না উহল্লকই। ঐ খাঙবা ঙমদনা মীৎ উইশিল্লম্মি। মঙোন্দা হায়জবা নক্তনা উপায় লৈতে।

— ঐ য়ারে। খঙজরে। নঙ কনামতা হায়দোকপিগনু। মীনা ঐবু থাজরিবসিগা ঐগী অমোৎপা কয়া অদু খঙখিবা থোক্লবদি ঐ শিবনা ফরে। নঙনা পীয়ু হায়বা পৈশা কয়ানো পীগে কনামতা হায়দোকপিগনু। চানবীদুনা প্লিজ . .  ।

মহাক হন্দকমুক্তি হান্নদগী হেন্না হৌনা পেন্না ফাক ফাক নোকথোরক্লে।

— নত্তে নঙবু ঙাওবব্রা? নশানা নশাদা পৈশা পীজগদৌরিবা! ঐ ফাখিবা নুমিৎতা নঙদি লোইরবনি।

— অদু অদা খঙদে। নঙ ফাহনবসু য়ারোই। কনামতদসু হায়দোকপগিনু। ঐগী অরোনবা খুদীংমক খঙলবা নঙনি। নঙনা ঐবু কনবিয়ু। অমুক্তা কনবিয়ু . . .

হন্না হন্না ৱাহৈশিংসি হায়বদুনা মখোঙ কোম্বনা কপ্পম্মি।

. . . 'ওজা, ওজা রাজেন।' কন্না নোমদুনা কৌরকই। মরূপ ইবোবীনি।

— কৈদৌরে অমুক কপখৎলকইদুনা? খরা হন্দ্রিবরা? চৎসি, মতম ফৎতবসিদা খরা

ঙন্না য়ুম য়ৌহৌসি। পায়দে, হৈনদেদি হায় কৈদৌবগী নশাগী চাং খঙদনা হেঞ্জল্লুরিবনো? নমায় নমীৎ তাথোক্লুরো।

হকচাং খরা ঈংনবা মায় তাথোক্লুরে। অঙাংশিংদুগা ফম্মিন্নদুনা চা অমমম অমুক থকমিন্নরবা মতুংদা ইবোবীগী গাড়ীদুদা য়ুমলোমদা হল্লক্রে। ইবোবীদি মোন্দা নুংঙাইনা ঈশৈ ঙংদুনা গাড়ী থৌরি। ঐদি ঙাইহাক্কী ওহ্নোকপা মঙ অদুগী ৱাখলদগী ইলাপ লাপথোকপা ঙল্লক্তে। ইতন-তন্থরকই। ইশানা ইশাবু তুক্কৎচবগুম তৌবকই। অকিবসু ফাওরকই। ◆

— ১৯৯২

# দ্রামা য়াওবী নুংশিতোম্বী

**মীওইবগী** পুন্সিদা মায়পাকপগী মীৎকুপ লাকপদা নুংঙাইরোইদবা কনা য়াওবগে? মানি, ঙসি অসি মহাক্কী নুংঙাইরবা নুমিৎনি। চহী কয়া চুপ্পা মতাক্তা কলাদা ঙাওজবকপগী মহৈ য়াম্লে। রাজ্যগী থাক্তা মনা কযা ফংখ্রে। হন্দক অমুক সঙ্গীত নাটক একাদমী এৱার্দ ফংলকপগী ঙসি ময়াম্না হৱাও তরাম্না ওকলি। চহী হম্ফুতরা শুরবী মহাক্কী খুইরবা মায়থোংদা অরংবা মঙালনা ফুদোংবগুম তৌরি। সমাজগী মীনোক-মীচৈ, য়ুম্বনাবগী পুন্সিদা ফাওবা অকায়বা থোকখিবা, মদু পুন্নমক খাঙলকখিবগী অৱাবা নুংঙাইতবগী শীঙ্খিবা পিগী ঈরিকশিং অদু ঙসিদি হরাও নুংঙাইবগী পি ওল্লরে। "... মহা অফাওবী, লীলা য়াওবী জগোই শাবীসিগা তিন্নরম্নু। নখোয়সু মাঙজরক্কনি।" লৈকাইগী মমাম্নবীশিংগী মবুং মৌপ্পাশিংনা মাগা তিন্নদনবা হায়খিবা বারক ৱাহৈশিং ঙসিসু নীংশিঙলি। মাবুসু মবুংনো থীনা থীনা ফুখি। লীলা য়াওবা য়াদে হায়দুনা থিংখি। অদুবু করম্বা নেশাগী

ময়াইনো খঙদে, মানা কুমজরম্বা লীলাশিংদা ভাবকশিংনো পেনবীদুনা খুরকপা খুবাক মখোল অদুনা পুন্নমক নমহৎতুনা চৎখি। য়াররোই খঙদুনা মপাবুংদনদি পুক্নীং থৌগৎপিখি। নুংশিবীবা মতমদুগী অহল-লমনশিংনো হায়নখি — "নুংশিদা মশক মতৌসু বাৎপা নত্তে, নুংশিতোম্বীসে ময়ুম পানবা খঙগুরোইদো।" মহাক্না খঙখি — 'য়ুম্ পান্নবসু য়াই, পামজরিবা কলাগী লম্বী অসিদগীদি নাথেদুনা চেন্নরোই।'

"... পুন্সিগী অরা-অনা, মীনোক-মীচে কয়াবু থওইদনা মাগী পামজরিবা কলাগী লম্বী অসিদা কৎথোক্তুনা লাকপগী মহৈনি ঙসি শক্লাইরবী কলাকার নুংশিতোম্বীনা ফং লিবা মনা অসি। মসিনা তৌগদবা থবক্তা মায় ওনশিন্দুনা অখাঙ কন্না হোৎনবগী খুদম অমা ওইদুনা তুংগী মীরোলদা থৌনা শোয়দনা হাপ্পগনি।"

ঙসিগী থৌরমদা শক্লাইরবা মীওই কয়ানা মহাকপু থাগৎতুনা বা ঙাঙলি। ময়াম্না খুবাক খুরি।

করম্বা শোঙ্খিবা মীৎকুপতনো খঙদে মহাক্না মপুরোইবা লুখোইদা ময়ুম পাল্লকখিবদু। তশেংবগীদি মহাকপু খুদুম চনবা য়ানবা কন্না তক্নরখিবনি। "লীলা য়াওবদা করিমতা অথিংবা পীরোই" হায়না কন্না বাশক্তুনা হায়খিবা অদুদা থাজদুনা মতুং ইনখিবনি। অদুবু মখূৎ চল্লবা মতুংদদি মহাক্কী বাখল হোংলকখি। মচানুপা ইবোচৌবা পোক্লবা মতুং অদুদা লীলা য়াওবা য়াররোই হায়দুনা কন্না থিংলকখি। "নঙ তৌঙম্বী ওইদুনা অসুম নৈরগে হায়রিবরা? নুপা নহাগা লীলা কুম্মিন্নরিবনি হায়দুনা সঙ্গ তৌবদু করম্বা মপুরোইবনা য়ানিংগদৌরিবনো? মীনা ঐবু অধামোরা হায়না করেন্নরিবা চিবোন চিবোন ঙাঙনরিবসি করিমতা খল্লরোইদ্রা?" বাহৈদুনা মাগী থম্মোয়বু কায়হনখি। "মীনা হায়বনা হায়জবনি। মীবা ঙাঙনবা তাইবংনি। ঐদি ঙসিফাওবদা করিমতা অকায়বা চৎচদ্রিবরা খল্লি। মখোয় পাবুংসু খজিক্তংদি থিজিনবীয়ুদনা। মীনা হায়বা ঙাক্তসু লৌবীগনু। লীলা য়াওবদা অথিংবা করিমতা পীরোই হায়দুনা ঐ ননাক্তা লাকচখিবা নৎত্রা? করিগী অদুক থুনা পূকচেন ওনবীরি।" থৌনা অমগা লোয়ননা বাকৎচখি। "লীলা য়াওবী অফাওবীসি চীহুক্তবু খুম্মিনে। নঙগী অদু অদা ঐ খঙদে। পামদে, য়ানিংদ্রে হায়রিবসিনি। ঐসে নঙগী নবানিনে নবা। ঐনা পামদ্রে য়ানিংদ্র হায়বদি তোকপা তাবা। হান্না হায়খিবা হায়খিদবা ভুকা থিফম থোক্তে। মতমদুদদি তৌজসনু খল্লম্মি। হৌজিক্তি মিনোক-মীচে ঐ খাঙবা ঙমদ্রে। ঐনা হায়বা য়াগেরা, নপুন্সিদু মাঙগেরা অপাম্বা খল্লু।"

কল্লবা য়াথং অদু তাউথরকখি। মখা তানা খুম্বা ঙমহনখিদে। শীঙ্গরকপা মীৎকী পি অমসুং খা-চীক্তুনা তনিক তনিক খাঙজবনা পাউখুম ওইজখি।

পামজত্রবা লীলাগী পুন্সি অদু মপুরোইবগী কল্লবা য়াথং অদুনা মতম খরদি লেপ্তুনা লৈবা তাখি। অদুবু ঋুলোন, কাং অমদি অতৈ হরাও কুম্মৈ কয়াগী ঈশৈগী মখোলনা তৎতনা য়াকাইহল্লকখি নমশিন্দুনা থমত্রবা থম্মোয়গী ঈহলবু। যুম্বনবগী পুন্সি অদু মহাক্কী ঋাখলগী নীংতম্ববু মৎপীরবা, কৈশুমশঙদা নমশীন্দুনা থম্বিরবগুম খল্লকখি। 'করিনুংগী য়ুম পাঞ্জরব্বনো' হায়দুনা মথন্তা নিন্দা তৌজে। চহী মঙা য়াম্না ঋানা খাঙদুনা লৈরবা মতুং দা লৈজবা থৌনা পুম্বা ফূদোক্তুনা মপুরোইবগী মফমদা হায়জখি — "ঐবু চিংনবিরবসু মখোয় পাবুংনা কুপশেন শেন্নবিয়ু। পামজরিবসি অমুক্তদি থুংহনবিয়ু। ইরাল অমতং ফং বদা পীনিংবা দন্দি পীবিয়ু।" পাউখুমগী মহুত্তা খুপাকনা থাজিল্লকখি। মখুৎ পেন্না ফুখি — "ওক্তবী লমশাসিগা! চৎলো নঙনা পান্নগা নপামদা কুশি তৌরুরো। ঐগী য়ুমসিদদি য়াররোই হায়রিবসিনি।" ইমুংদুদা পীক্লিবা মচানুপা নত্তনা মাগী মীচং অমতা লৈখিদে। মনম্মগা মনেম্বোকনা কল্লক পেন্না হায়খি — "লীলা য়াওবী অফাওবীসিদা চৎত্রবদি ইমুং সি ঋাই শংলনি। মহা ওলক্ষী, ও-মঙ্গলসে . ." নুমিৎতুদগী অকনবা ঋারেপ অমা লৌদুনা মপামদা লাকখি — মীগী মীনোক-মীচৈ করিমতা থওইদবা ঙম্বগী থৌনা অমগা লোয়ননা। মচানুপাদুদি পুবা য়ারোই হায়দুনা মখোয়না মুলহৌখি। মচা কয়ানবগী মৈচাক অদু ফংলবসু, মীনা থীনা ঙাঙনরবসু, মহাক্না তৌজরব্বা লীলাগী এক্টিংদা ভাবক ময়ামগী থাগৎ ঋাহৈ, খূবাক মখোল অদুনা খরগী মখৈ পোত্থাফম ওইবা ঙমজখি। খরা লৈরগা তৌগে মতাগুম মপুরোইবা নুপী অমা থিগ্রে। মচানুপাসু মাগী মনাক্তা চেল্লক্তুনা লৈররে। অদুদগীদি মচাগা লীলাগনা মাগী পুন্সিগী অমতা ঙায়রবা আশা অমসুং মরল ওইদুনা থেং নরকখি হিংনবগী লানফম।

হৌখিবা পুন্সিবু নীংশিঙলুরগা মমীৎতগী ফোং ফোং শাবা পি অরৎপা লৈতনা চেঙ্গরকখি। য়ুম্বানবগী পুন্সি অদুদি মায়থিহৌরে। মায় পাক্লিবা অসিনা পামজরব্বা কালদুগীনি। লৌরব্বা অকনবা ঋারেপ অদুনা মতমদুগী সমাজগী মীনোক অমসুং বদনাম কয়াদি নোক্লা নোক্লা লৌশিনবা তাখি।

". . . নুপীলক্তগী অথোইবী কলাকার অসিগী নহা ওইরিঙৈ মতমদা হেরোইনগী শক্তম লাংদুনা কুমখিবা লীলাশিং, নুংশিরবা খোঞ্জেলনা শকখিবা ঈশৈ, তৌথোরকপা

ঙাঙথোরকপা খুদীংমক্তা পকচখিবা, থবায় য়াওনা তৌখিবা কূপ্পবা এক্টিংশিং অদুনা ভাবকশিংগী থমোয়বু কয়াগী মতিক শুম্বাংখিবা হায়রুদুনা কান্নদে। হৌজিক নীং শিঙবদফাওবা নুংঙাইরি। মদু উবা ফংহৌদবা হৌজিক্কী মীরোলদি অমরোম্নদা লাইবক থীরবনি হায়বা য়াই। কলাকার অসিগী থোইদোকপা গুণদি অখাঙ কনবা, নাপল য়াওদবা, নুপী ওইবীগী লমচংকী মগুণ ঙাক্লা চৎপা ঙম্বা অসিনি। ঈশে জগোই তৌবী, লীলা য়াওবীশিংবু তুক্কচ্চনা খন্নবা, মমি ফাউবা নেৎনিংদবা, ওক্তবী ওইনা লৌনবা মতমদুগী সমাজগী খুরবা মীৎয়েংবু মহাক্লা শীংনখি। ঙাওজরিবা কলা অসিদা মপুন্সি কৎথোকপা ঙমখি। করিগুম্বা কলাকার অসিনা অচৌবা লমদা পোকচবা ওইরম্লবদি পৃথিবী শীন থুংনা মমিং থম্বা ঙম্লমগনি। মহাক্কী মগুণদি শীংথাবতনা বাৎলগদবনি।'

. . . কদোমদগীনো মী অমনা মাইক্রোফোন মুল্লগা বা ঙাঙগদবগী চঙশিল্লক্লিবসিনা . . . মাগী মপুরোইবা লুখোইনি। ওহোক্লা থাজদনা করিনো মানা তৌরিবসে। "ঙসিগী নুং ঙাইরবা নুমিৎ অসিদা ময়াম্না ইকায় খুম্নবীরবী কলাকার অসিগী মতিক চাদ্রবা, কলাগী গুণ খঙদ্রবা মপুরোইবা ঐনা বাহে খরদং ওইরবসু ফোঙদোকহৌদ্রবদি পুন্সিগী নীং ঙমদবা হায়বদু ওইরগনি। ময়াম্না ঐবু বারৌবীগনু। মহাকপু ঐগী ওইনিংবদগী য়ুম পাল্লবা মতুংদসু লীলা অদুম কুমহনগনি হায়দুনা ঐনা বাশকশিন্নদুনা ঐগী লোইনবী ওইবা ফংজখি। অদুবু অতোপ্পা নুপাশিংগা লীলা কুম্মিন্নবদু কল্লকপা, খম্বনবা, চিংনবনা ঐবু পোত্থাফম খঙহল্লদে। অদুনা লীলা কুমদনবা ঐনা মাবু থিংখি। মাবু য়ুমদগী তাহ্নোকখি। মতুংদা অতোপ্পা নুপী লৌদুনা মহাকপু হন্না ফাওবা য়েংবীখিদে। ঙসিদি মদুগী নীং ঙমদবনা ঐবু ওৎলরে। ঐ লানখ্রে। কলাদা ঙাওজবী কলাকার অসিগী মফমদা ঐ য়াম্না লানখ্রে। ঙাকপিফম থোক্তুবা ইরাল অসি ঙাকপিনবা ময়াম মমাঙ অসিদা ঐনা মাগী মফমদা হায়জরি।" ময়ামগী খুবাক মখোল অমুক নীল্লকপগুম তৌরকই। মপুক্লীংদা হায়ফম খঙদবা নুংঙাইবা অমা ফাওরকই, 'করিনোনহে ইকাই খঙদবা, মায়থাবা হনুবসিনা তৌরিসিবো। ইকাইখ্রেদকো মী ময়াম মমাঙসিদা। ঙাওবু ঙাওব্রা করিনো।' থং ননা ফম্মিন্নরিবা মচানুপাদা হায়রুই,

— ইবোচৌবা, চৎলু নপাসি অমুক্তা খামলুচো। করিনো মানা তৌরিসিবু ঙাওরব্রা? মীনা বা ঙাঙঙুমু হায়দনা মানা তৌরিসিবো।

মচানুপা ইবোচৌবনা ইঙক ঙক্লা মমাদা য়েংই। ভাব তারকই, বাখল অমদা শোয়দনা

উংঙুবা ওইরম্মনি।

— ইমা করিনো নঙনা হায়রিসিবো? পাবুং কৈসু লাক্তেনে। বা ঙাঙলিবসিদি চিফ গেষ্ট ওজা মনিকান্তনি।

— হা! নপা নত্তে হায়বা?

— করিনোনো ইমা মী তাখিনি ইকায়ঞ্জে। পাবুংদি ইমাতোনগা বৃন্দাবনদা চৎখি হায়বনি।

মঙ মঙলম্বদগী মঙফাওনরকপগুম, নুংঙাইরবা মঙলান অমা নীংখায়খিবগী চৈনা ফংলবগুম বা মখা তারক্তনা মরু লৃক্না তুমিন লৈখ্রে। মপূক্নীংদা খল্লকই 'ঐগী মায় পাকপা, মনা ফংবগী পাউ অসি তারগা মহাক শোয়দনা বৃন্দাবন্দা নীংঙমদনা কপ্লমগনি। শ্রীগোবিন্দনা মদু ঐগী ইফমদা খঙহল্লকপনি।' মাগী নুংঙাইবা মায়থোংগী মঙাল অদু ইনৌ নৌনা অমুক হেন্না লংখৎলকপগুম তৌরকই। ◆

— ১৯৯৪

# লিলিগী থৱায়, লিজাগী হকচাং

**ইলিজাবেথ** মমিংদা নত্তে মশকসু ফজে। চীংগী লমদম অদুদা ঙাম্থোইরশ্মি ইংনা চীক্লা মহাক্লা। লৈশারৈঙেদা শোযদনা পাখঙ ময়াম্না ঙাওনরমগনি। অদুবু মাগী নুপা রোবার্টনা শিংবদগী চহী তবাত্তরুকতা ঙাসবিঙেদা মাগী ময়ুমদা পুরক্লুনা মপু পাল্লবী ওইহনখ্রে। মচানুপী অহুমগী মমানি। অদুবু অঙাং অহুমগী মমানি হায়বা কনানা থাজরুগদগে, ইনখৎলকপী লৈশাবী মচা অমগুম তনৌ তনৌরি। মাবু হেক উবদা নুপা ওইবা কনানা মীৎকুপ খরদং ওইরবসু য়েংদুন। লৈনিংঙোইদগে। মশক ফজবতা নত্তে ৱা ঙাঙবদসু রাশি যাওই। তুম্বক তুম্বক ঙাঙলদুনা তাবদা য়াম্না নুংঙাই। মাগী নুপা রোবার্টসু মবুক মপাও য়াম্না ফবা, নুংঙাইবা মীনি। লমদমদুদা মীয়াম্না পান্নবা শৈশকপনি। মতম চুপ্পদা গীতরগা শাগোম্নদুনতা লৈ। ইলিজাবেথনসু মাগী মপুরোইববু য়াম্না থাগৎচৈ। মাগীদমক্তা চাউথোকচৈ। মবানী ওস্থোক্লা নুংশিননা লৈমিন্নৈ। মখোয়গী য়ুমদনি ভারাদা ঐনা লৈরিবসু। চীংদা পোষ্টিং তারকপগী অহানবা এক্সপরিয়েন্সনি। থা অমুক্তা ঙাইরি। অদুবু মবানী লৈরম্বনা ঐগী পোৎথাফম হায়বদু ওইখি। য়ুম থাদোরকপগী হৈনদবা, ইচীক

চীকপদু তপ্পা তপ্পা খরদা ওইরবসু ফহল্লকখি। মমা অমসুং অঙাংশিং,পুরক্কদবসু ইমা মথন্দা ঙাইহৌগদবা অদুগা মখোয়গী স্কুল হোংদোক হোংজিনগী জন জান অদুগা খল্লুবদা পুরক্তে। ইলিজাবেথকা রোবার্টকা নুংশিননা লৈমিন্নবা উরুরগা য়ুম অমুক অমুক কন্না নীংশিঙহন্দবদি নত্তে।

মখোয়নীগী নুংঙাইতবা অমতং হায়ববু মচানুপা অমফাওবা য়াওদ্রি। মচা য়াম্বদি পাম্বা নত্তে, নুপা অমতং য়াওরগা পোক্তনবা তৌরগে খনবদা ঈশ্বরনা হৌজিক ফাওবদি থৌজানবীদ্রি হায়না খঞ্জে। ঐগীনা অমুক ইচানুপা ঙাক্তা অহমনি। ইচানুপী য়াওদবগী ঐখোয়না নুংঙাইদ্রি। ইচানুপী অমতংদি পাম্লম্বনি, ঈশ্বরনা থৌজানবীখিদ্রে। মমাদা অঙাং মখা অমুক তানবা লম্বী ককখ্রে। ওন্ন তৈনবা মওং অসি য়ারী শানরগা ঐখোয় নোকমিন্নে। ইলিজাবেথনা হায়,

— ওয়া নঙগী নুপীদি করন্না মচানুপা ঙাক্তা পোকপ্রা?

— খঙদেদা।

ঐনা নোক্নুনা খুমখি। রোবার্টনা অমুক হায়রকখি,

— ওয়াগীনা নুপা ঙাক্তা, ঐখোয়গীনা নুপী ঙাক্তা। করিনোনে মসিবু। লাইসিসু খরা খরা য়েল্লবদি ফগদবনিনে হা ওয়া। ঐদি করিসু খল্লবনিদা অদু লিজাদি (মাগী নুপীগী মিংবু শমজিন্দুনা মানা লিজা কৌই।) য়াম নুংঙাইতবনি। নুপা অমদি পাম্মিদা হায়বনিনে। ঐনা শেম্বা ঙমদে, লাইনা তৌবনি হায়য়েনে ওয়া ঐনা। মাদি নুপা পোক্লবনি হায়দুনা লাইকাসু য়াম খুরমবনি।

— নুপা হায়বা লৈতে, নুপী হায়বা লৈতে, ফবু ফরবদি অমহানিদা। ঐখোয়গী অদুদা মচানুপা তান্নবদা মচানুপী ঙাক্তা তরুক পোকই। লোইনা মতীক চাই। নুংঙাইনা অদুম লৈ। মচানুপা পোকপা কয়ানা দ্রগ চাবা য়াও, অমা তৌবা য়াও জুগোৎ চাদদুনা মাঙবসু য়াওই। ঐ ঐগী লাইবক্লনি হায়দুনা খন্দোকপা নত্তনা উপায় লৈতে। ঐখোয়গীসু মমানা মচানুপী অমতং য়াওজরম্লবদি হায়দুনা শোন্দুনতা অদুম লৈ। ওজা রোবার্ট, খাসি নুপীশিংদি মচানুপাদগী নুপীনা হেন্না পাম্মি। করিনা হায়বু মখোয়গী চৎনবীগী মতুংইন্না নুপাদি ময়ুম পাল্লগা নুপী ময়ুমদা চৎখিগদবনা।

ইলিজাবেথনা শাউরংনেনা ঐগী বা মরক থৎখি,

— ওয়া নঙগী বা ঐ য়াদে। নচানুপা ঙাক্তা পোকপা নঙনা, নুপাসু নুপীসু অমতনি

করিগী হায়রা। নঙগীসু নুপী ভাক্তা ওইরবদি য়াম নুংঙাইরোইদবনি। রোবার্টসু মচীন থীবনে। মাসু নুংঙাইতবনে। নুপা ফৈয়ে। নুপা পাম্মে। অমা শোয়দনা পোক্কনিদা ঐ। ওয়াগী নুপীনা নুপা ভাক্তা পোকলগা ঐদি করিগী ঙমলোইদ্রা?

— ওয়া তোকশে। লিজা শাউরে। পোক্কনি পোক্কনি। ঐ নুপা অমা শোয়দনা পীগনিকো।

— ফরে, ফরে, লিজা শাউরনু। সতী গান্ধারীগুম নঙসু নচানুপা চাম্মা পোকচরো। ঐনা নোক্লা নোক্লা ফাগি তৌদুনা হায়খি।

— করি হায়বনো অদুদি?

— হেরো মহাভারত হায়বা হিন্দুগী বারী অমা লৈয়ে। মদুদা গান্ধারী কৌবী নুপী অমা মচানুপা চাম্মা পোকখি হায়য়ে। অদুগুম্না নঙসু চাম্মা পোকচরো হায়বনিদা।

— এঃ য়াম্বদি পামদেদা। অমা অনীগী বানি। চাম্মা পোকপদি শিবনা হানগনিদা . . কিবু কিএনে, চাম্মা, হন্ড্রেদ . . . ।

পঙনোক্তা নোকখি মথন্দা, মশা পুম্বা ঈপোম লাংলদুনা। রোবার্টতা মখুৎনা নুংশিনা থারগা নোক্লা নোক্লা হায়,

— রোবার্ট, হন্ড্রেদ সন্স . . . নঙ পীবা ঙমগদ্রা?

মানা থবায় তানা নোকপদুদা ঐখোয়সু অদুম য়াওশিনখ্রে।

নুমিৎ নীনী-হুম্নিগী ওইনা রোবার্ট খুল লাম্না ঈশৈগী প্রোগ্রাম অমা চৎপা তারে। মাগী নুপীদা করি করিনো বা য়াম্না শীন্নরি। রোবার্টকা ঐগা ইমুংগী ফিভম ফনবু য়াম্না মান্নে। ঐগীসু ইপা লৈখিদ্রে, মাগীসু। মনাওনুপা অমা শিলোংদা লাইরিক তম্লি হায়। মপানা মরল মথুম য়াম্না থনম্মি। অদুনা থোইদোক্লা বাদনা হিংঙি। মমাবু য়াম্না লুনা তৌই। চৎথোক্লমদাইদুদা মমাবু, অঙাংশিংবু মূম্না য়েংশিন্নবা শীন্নবা ওইরম্বা য়াই। মাগী নুপাগী খজাইদা নুংশিনা চুপ্পগা 'গুদ লক' হায়দুনা য়াইফ মঙ্গল পীজরি ইলিজাবেথনা। ঐসু হায়রুই 'রোবার্ট, গুদ লক' রোবার্টনা "থেঙ্ক' য়ু" হায়রগা মখা তারকই,

— ওয়া, নঙনসু খরা য়েংবীয়ো, ইমা অঙাংশিং।

— করিগী য়েংদনি। ঐসু হৌজিক্তি, ইমুংসিগী ফেমিলি মেম্বর অমা ওইরবনিদা। মচানুপীশিং অদুসু ইলাং লাংলি। করি করিনো য়াম্না হায়রি মপাদা। মপানা অমুক

অমুক চুপ্পি। মচাশিংদুনসু মপাদা অমুক অমুক চুপ্পি। অদুদগী এয়ার বেগতু য়ানশিল্লগা গীতরদু লেংজুমদা থোঙ্গৎলদুনা চৎখ্রে রোবার্ট।

নুমিৎতুসু হাম্না হাম্নগুম ঐখোয় পুম্না ৱারী শারি। রোবার্টকী ইমাসু য়াওই। ইলিজাবেথনা কদোমদগীনো খঙদে ৱারী অমা হৌদোরকই। ৱারী অদুদি — য়াম্না নীংঙমদনা শিখ্রবী, লিলি কৌবী মশক মতৌ য়াম্না ফজবী, লুহোংগদবা মতম লেপ্পদুনা লৈরবী, মখোয়গী খুলগী লৈশাবী অমা ময়াং সিফাই কেপ্টেন অমনা নমদুনা ইজ্জৎ মাঙহল্লগা হাৎতোক্তুনা হন্দোকপিরম্মি। মদুগী ঈরাং থোক্লখি। মাগী নুপা ওইগদৌবদুসু মথৱায় নুংঙাইতবদগী মফম খঙদনা অদুম মাঙখ্রে। খরা লৈরগা কেপ্টেন অদুসু মশক খঙদবশিংনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। থা খরগী মতুংদা খুলদুদা কন্না হায়নরকই, নুমিদাং অথেংবদা ফিঙৌ শেৎপী অমা হেক হেক তেংথাই। মদু শোয়দনা লিলিগী থৱায় ওইবমগনি থাজনে। ইলিজাবেথতি মশামক থেংনরে হায।

— ওয়া, নুমিৎতু রোবার্টসু ঈশৈগী প্রোগ্রাম চৎলে। ইমাসু, অঙাংসু তুম্বা। ঐদি তুম্বা য়াদে। নবেল অমা পাবা। নোং কন্না তাবনে। নুংশিৎসু য়াউদুনা থোঙনাউসে য়াম লাঙবনি। থোঙনাউ লোনবা চৎপা। থোঙনাউদগী হ্বাইট দ্রেসতা মানা লাপ্না চৎপদু উবনে। ইমাদসু ঐনা তম্বনে।

— ওয়া, চুম্মে লিজানা হায়বা। ঐঙোন্দা তম্বনে।

কয়াদা অশেংবা ওইনা, থৱায় তানা লীবিবা ৱাবীনো। থাজসিন্না থাজগুর্মাসিবা? নীংশিঙলকই, চহী কুন্নমুক্কী মমাঙদা শিলোংদা লৈরিঙৈদা সেবলিন্দানা ঐঙোন্দা লীখিবা ৱাবীদু, নুমিদাং অথেংবা ফাওবা মখোয়দা ৱারী শাদুনা মৈ তিক্রিঙৈদা। 'অহীংদা নুপা অমনা বরা বজার তান্না চৎপা লম্বীদা নুপী মশক ফজবী অমা থেঙনৈ। নুপীদুনা মথন্দা চৎপা কিজরে খোঙবু ওইমিন্নসি হায়। সুম চৎপদা য়োগদৌবা খজিক্তা ঙাইখ্রবা ববা বজাবদু সুকযৌ। য়োঁবা ঙর্মাখদে। নুপাদু নোংঙাল্লগা অশিবগুম বাহ্বদুনা তারম্বা মীয়ান্না থেঙর্নাখি। জ্ঞান তারক্লবা মতমদা মানা ৱাবীদু লীবনি। খরা লৈরগা নুপাদু শিখি।' ঐবু নুমিদাং অথেংবদা চৎতনবা, কিন্নবা লীবা ৱারীনি খন্দুনা থৌশাখিদে। মহাক্কদি য়াম্না থৱায় য়াওনা থাজনা লীখিবা ৱাবীনি। থৌদোক অমা থোকখ্রগা মদুগী ৱারীদুদা ভাবনা শাগৎতুনা তোকঙাগী ৱারী মগাম

অমা থোরকপা হায়বসি অনৌবা নত্তে। ঐনা হায়খি,

— ঐনা করিগুম্বা লিলিগী থবায়দু, থেংনরবদি মাবু কিদুনা চেনবা নত্রগা নাহোরুবা হোৎনবগী মহুত্তা মাগা ফজনা বারীদুম শাগনি।

— ওয়া, নচীন থিগনু। ঐনা হায়বা বা থাজদবা মাস্রে। কিন্ন শাগনু। অমুত্রবনে।

বারী কয়া শারবা তুংদা, থেঙঙে তুম্নরসি হায়দুনা ঐসু ঐগী কাদা অদুম লাক্রে। থাজবা ঙমদ্রবসু লিজানা লীখিবা বারীদু ঐগী বাখলদগী নাহোকউ হায়বা ইয়া য়াখিদে। মীৎতা অসুম উরকই, ফিঙৌ শেৎপী মহাক্কী পিরাংনা পিরোয়নরবা চাক্লবা মায়থোং। অমুক হিঙৎতুনা মাগী চান্নবগা থুংনজরবদিকো হায়বা বাখনগা ঈরোইনরবা মহাক্কী শক্তম। নীঙথিরবী মহাক্কী তোংশাবু মচেৎ মচেৎ শেগায়দুনা শান্নরমগদবা তমথিবা মীৎকুপশিং . . . অসুম অসুম ঐগী মীৎমাঙদা চেনশিন্নকখি। কয়াদা থম্মোয় শোক্লা খাঙলমগদবা মীৎকুপশিংদুদা মহাক্লা। তুম্বা ময়ারক্তবদুদা কান্নররোই খল্লদুনা লাইরিক অমা পুথোকলগা পানবা হোৎনরুই। পুক্লীং লুপশিনবা ঙমদে। পরেং খরা পাই; অমুক হেক্তা মাঙখি। তুম্বা য়ানবা হোৎনবদা ঐঙোন্দা হায়ফম খঙদ্রবা অবাবা অমা ওইরে। করম্বা মতমদা তুমথখিবনো হায়বা ঐ খঙহৌদ্রে . . .।

.

কুইনা উন্নরুদ্রবগী হৌনবা ঐগী নুপীনা ঐগী নাক্তা চঙলক্তুনা শুরু শুরু নৈরে। ঐনা লাইরিক অমা পাদুনা লৈরিঙেদনি। মহাক্লা শাউনিংদুনা লাইরিক্তু মুল্লগা খুমজিনখি। "নঙ মঙাইরেহে লাইরিক পাবদা থবায় য়াওরিবা। মেট্রিক পরিক্ষা থাগদবা অঙাংদু মঙায়।" ঐনা খুমদনা তুমিন্না লৈবদুদা শাউরমাস্রে, মশাদা মকি অমতা য়াওদনা পাইদুনা চৎখিবগুম তৌই। ঐসু পাখৎতুনা তান্নরম্মি। খঙহৌদনা নহা পাখঙ অমগা থেঙনস্রে, মবানী নোকমিন্নদুনা পাইমিন্নগে তৌখি। ঐসু পাইরগা তান্নদুনা মহাকপু ফারুই। নহা পাখঙদু ঐনা চৈ অমনা কনবদগী চেনস্রে। লমহাংগী উখা অমদা মাগা ঐগা ছিপংথমিন্নরম্মি। মহাক্লা শাউদনবা ঐনা কন্না থেমলম্মি। মীনা উখিনি হায়দুনা মাগী ফি থোংদ্রবা হকচাংবু ঐগী ফি অমনা কুপশিনবীরম্মি। মহাক্কী অশাউবা মাঙখিবগুম তৌরে। নোকমি নোকমিনা য়েংলদুনা ঐবু মুংশিনা কোনশিন্নকই . . .।

ঐবু মঙফাওনবগুম তৌখিবন্না। মীৎ পাঙথোকখি হায়না খল্লি। য়ুম নত্তে চীংলমদমগী ঐনা লৈরিবা কা অদুনি হায়বসু খঙলকখি। অদুবু ওইরমলিবা মতৌ অদুনদি

ঐবু মঙ অমদগী মঙ অমদা পুরবগুম থোকখ্রে। নুপী অমগী হকচাংনা ঐগী ইথক্ত ননশিন্দুনা লৈরম্নে। ঐগী নুপীগী থোৎলবা হকচাংনি খল্লুবদু ওইরমদ্রে। লিজানা লীথিব বারী অদুগী নুপী অদুমক লাক্তুনা ঐনা থাজখিদবদু থাজনবা লাক্লিবরা। থাওমৈ লেমটা অদুসু পীক্লা লৈথদুনা লৈরম্নে। মোন মখাদা লৈবা মৈখেৎ অদু লান্নবা হোৎনরুই, লৈরমদ্রে। ঐনা খোঞ্জেল নীক্লা হংখি — "নহাক কনানো?" পাউখুমগী মহুত্তা ঐগী চীনবান মাগী থোৎলবা চীনবাননা মেনশিনখ্রে। ঐগী খুৎনা লাক্তুনা ইম্থোক্লবা থৌরাংলুই। অদুবু ঐগী খুৎশাশিংনা মাগী থোৎলবা ফি থোংদ্রবা থবাক্তা শোক্লুবা মতমদা ইশাগী থৌনা অপুম্বা মাঙখিবগুম তৌখ্রে। নাকোং ময়াদা শুরু শুরু নৈদুনা মরোল ইখোই খোইনা হায়রকপগুম তৌখি — "কিগনু, নঙ নুপা নৎত্রা?" — "নহাক লিলিগী থবায়দুরা?" মহাক হাইফেৎ নোকখিবগুম তৌমাম্লে। নুপীদু লিজা মাল্লকই। খঙলকখি, মানবা নত্তে লিজামক্লি। মথোং মরম খঙলক্তে, ইশাসি ইতাও তাওরকই। মঙলা তাইবংলা মফম খঙলক্তে। ঐগী পুন্সিগী ইতিহাসতা অঙকপা থৌদোক অমদি হাপচিল্লগনি খন্ন খন্না য়োৎচাবীনা চীংশিনবগুম্না মহাক্লা ঐবু খুদুম চনখ্রে।

করম্বা মতমদা মহাক চৎখিবনো হায়বা খঙহৌদ্রে। থোকখ্রিবা মঙগুম্নবা থৌদোক অদুনা ঐবু বাহং কয়া হংহন্দুনা ককঙাওননা থনম্লে . .

— ওয়া, ওয়া . . হৌগৎলো থেংলে।

কন্না থোঙ থিন্দুনা হৌদোরকই। ঘড়ী য়েংলুবদা অয়ুক্কী পুং ৭ হেল্লম্লে। অমুক মখা তারকখি,

— ওয়া, হৌজিকফাও করিগী তুমব্রনে? ব্রেক ফাষ্ট লৌসি লাকওনে।

তন্দে মান্দে হৌগৎতুনা থোঙ হাংলুই। মহাক্তি ময়া ইহী হীগৎতুনা নোক্তুনা লৈরম্মি।

— ওয়া, নঙ য়াম পঙঙে। ঐগী মঙ ফৈএ। ঐ নুপা পোক্কনি হায়য়ে। ব্রস তৌরো। ব্রেক ফাষ্ট রেদি তৌরে।

হায়বম্নগা অদুম চৎখ্রে। অয়ুক্তুদা মীৎ পাঙনা পাঙনা মঙ অমুক মঙবগুম তৌরকই। ◆

১৯৯১

